


অহানবা কোঙবা : ডিসেম্বর ১৯৯৫





নম্ফম :

**শঙাই ওফ্‌সেট প্রিন্টর্স,**

সেগা রোড, থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল— ৭৯৫০০১

মমল : লুপা ১২০/-( লাইব্রেরী এডিসন )

সুনন্দা,

ইপাগী ইবেমা।

বারীশিংসে ইচানা পাখিকসু য়াওরি

পাখিদবা কয়াসু য়াওরি,

ইচানা পাননবা হায়দুনা

ইচাদা পীরিবসিনি।

ইচানা পারগা

ইপানা পেনবা ওইগেকো।

**অইবা অসিগী লাইরিক থরা ঃ**

| | |
|---|---|
| চেৎখিদ্রবা ঈচেল | (ৱারীমচা) |
| ইলিশা অমগী মহাও | (ৱারীমচা) |
| থবানমিচাক অমনা কেনখিবা | (ৱারীমচা) |
| জি-ডি-আর ডাইরী | (লমকোয় ৱারী) |
| সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরী | (বাংলাদগী হন্দোকপা উপন্যাস) |

# বাহৈ খরদং

বারী মচাগা ঐগা মতম খরা কায়নরুরে। সন্ন্যাস লৌরুবা হায়গদ্রা? অদুবু কুইনা সন্ন্যাস লৌবদি য়াখিদে। অমুক সংসার ধর্ম্মদা হল্লিল্লকপা তারকখি, বারীমচাগী সংসারদা।

নাচোম অসিদা য়াওরিবা লৈচন অয়াম্বা, হায়বদি —— বসন্ত মমৈগী কোকিল, বিপাশাগী তোর্বান্দা, মিরাং, লাই অদুগী বারী, চেক্লেং অমগীদমক্তা, অতিয়াদা মংলিবা নোংসে, শিব-চণ্ডবগী লংদাইদা, পাউ ঙাইবা, ইথৌরাংবা অমসুং খণ্ডহন্নীংদবা বারীমচাশিংসে ১৯৯০ গী মমাংদা ইবা ঙাক্তনি। অয়াম্বনা মিংশেন, মৈরিক, সাহিত্য, ঋতু, বাখল অমদি লৈ-লাংবনচিংবা সাহিত্য পত্রিকা কয়াদা ফোঙথ্রবনি নত্রগা রেডিওদা পাথোকখ্রবনি। লাইরিক ওইনা পুথোক্লমদাই অসিদা অম-নি খরা শেমদোক-শেমজিন তৌবসু য়াওখ্রে। অদুগা অতৈসিনা ১৯৯৫ দা ইবা ঙাক্তনি। অদুনা অপাবশিংনা তাংকক অনী অসিগী বারীমচাশিংদা খরা খেন্নবা থেং নবা য়াই – খুৎইদা লোন্দা পুদাদা। মসি ঐনা খঞ্জবগী বানি, চুন্নমদবসু য়াই। অপাবশিংগী মফমদা থমজরি।

মতম কুইনগী মতুংদা লাইরিক অনৌবা অমা পুথোকপগী নুংঙাইবদুদি অইবতনা খঙই। অপাবশিংদসু মসিগী নুংঙাইবা খরতং ফংহনবা ঙমজবদুনি পামজরিবা।

লাইরিক্কী মেলা ১৯৯৫ নংনবা শঙাই ওফসেট প্রিন্টর্সকী প্রোপাইটর শ্রীসাপম নিশিকান্ত সিংহ অমসুং মহাক্কী ষ্টাফনা থবায় য়াওনা হোৎনবিবগীদমক মখোয়গী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল,

ডিসেম্বর ১৫, ১৯৯৫ এন. কুঞ্জমোহন সিংহ.

## মাওরিবা মায়েক্তাশিং

# বসন্ত মমৈগী কোকিল

তোর্বান্দা নুমিদ্দাং-বাইরমগী নামিবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎলি। করোমদগীনো কোকিল অমনা লাপ্তরুনা খোংলকই, — কুউ কুউ। নহানমখৈ নীংশিংলুদে ফতিমা, কোকিলনা খোংবা তাবদা নীংশিংলকই, মৈতেগী য়াউশঙ হায়বদো কুইদ্রমারে। নিংথম-থা লোইশিল্লকপগা উপাল-য়াপালনা য়েন্নিং হন্নকপা, নামিবা মলয়া নুংশিৎনা লিরি লিরি হন্নকপা, কোকিলগী নুংশিরবা খোঞ্জেলনা মাইকৈ খুদিং ঈথক-ইরাং হৌহনবা মতম, — মতম অদুবাইদনি য়াউশঙ হায়বদো।

অদুদি মচানা লাকদবসি কুইদ্রে। য়াউশঙ লোইবগা লাকনি হায়রম্বনি মচাদো।

হিদেনদা লৈকাইগী মৌশিং ঈশিং শোকপা কুম্মরম্লে। মৌ খরদি হেক-হাক কাখৎখিরোই, বারী জাৎ-জাৎ শাদুনা লৈথিগনি।

মহাকপু উবদা মৌনহা অমনা কৌরকই, "ও ইগী, তান্নিসিবু চুম্বন্না হায়মি?"

হংলক্লিবা বাকম অদু করি ওইরমগদে হায়নবু মহাক হাইকেং খঙদি, অদুবু খঙশিন্নদবা শাদুনা ওনশিন্নগা হংতি, "করি তান্নিবগেনে?"

"মীনা অসুম ঙাঙনবনিদা, তা-নুরজমান অদু মণিপুরদা, করি, নুপী অমা ওঙলে-কা হায়বা । চুম্বরনে ইগী নত্তবু?"

"ওঙনীংলগা ওঙজবা হায়দুনি, মবাচানি। ঐঙোন্দা হংলকনুদ্রা নহা-নুপীশা!" শাউনীংবোই নুংঙাইতবোই ফতিমা লৈথোরম্বা হোৎনে।

পাউ অসি তাববুদি কুইরবনি। নহানমুক পাথোইনা লাক্লম্বা অদুদা তূমিন্না মঙোন্দা হাইফেৎ তন্নম্বনি। তশেংবো বাদি মহাকসু হায়রমদে। মহাক্না য়ানীংদে হায়বদৌ কন্না হায়খিবনি মচানুপান্না তন্নুনবা, "মণিপুরগী নুপী-কা পুরক্লবদি ইমা-ইচা কায়নরে হায়য়ুকো, ঐ ঙমজরোই মণিপুরগী নুপীগা লৈমিন্নজবা।"

পাথোইনা মচানুপাদা পাউ অদু তন্নমগনা তন্নমলোইদ্রা খঙদে। হন্দক মহেরেদিন লাকপদগীদি পাউ অসি বা বা লাউনরকপনি। মচানুপানদি চিঠিদা খঙদে অমদা খঙদে বাকম অসিগী মতাংদা বারোল অমত্তা হায়রকপা তৌদ্রি। মমানা য়ানীংদে হায়বগী পাউ তাবদগী ওইরিগন্না খঙদে। অদুবু থা-থাগী ওইনা মশূ-মবেলগী চান-শেংনবা নুপা য়াংখে য়াংখেদি থারকপা লেপদ্রি। মণিপুরদা শেনদি কজনা তানবা ঙম্মি হায়, পাথোইনসু হায়রম্মী, অমুনসু তন্নম্মী। মখোয় অহম অদো হৌনদুনা পুন্না চৎমিন্নখিবনি। অহম্মক রিক্সা থৌরি হায়। পাথোইগা অমুগনা তন্নম্বদা কাছাড়গী পাঙন ফনা য়াম্মি হায় মণিপুরদা রিক্সা থৌদুনা লৈরিবসে। বাগা-তারাপুর অসিবাইতগী নত্তে, হিংগাৎ, খোরগান্দি, শঙ্গোমশুম্বী, লালং, সাপরমৈনা, সিরগাং অসিনচিংবা খুল অতৈদগীসু ময়াম অমা মণিপুরদা লৈ হায়। মখোয় অয়াম্বনা রিক্সা থৌরি। বারসু বানা পৈশা তানবদি খরা অদুম ঙম্মি হায়।

পৈশা তানবা ঙন্নবসু মচাবু মণিপুরদা কুইনা লৈহনবদি পামদে মহাক। কুইনা লৈথপ্রবদি মফম অদুগী নুপী-নহা লৌদুনা অদুম লৈগ্রনি, মমানা বারিক্স হায়রবু অসিনি।

"করি, তা-সুরজমল অদুবু ঙাওবরা হায়মি, ইস্কান?" মৌনহা অমনমুক হায়রকই, "ঈশিং শোকপা-কক্না পুংথম য়মখিগেদা। শাস্ত-নীংঙি হায়মি, অসুক চাউপ্রবা কাছাড় লৈবাক অসিদা নুপী লৈখিপ্রবদৌনা — মণিপুরগী নুপীনা, ইয়াম্না, কয়ামুক হেন্নদুনা!"

"হেল্লি হেল্লি," অমনমুক ওক্লকই। "মণিপুরগী নুপীবু হেলারনে। মখোয়নবু তৌগে হায়রবদি নুপা-ককা দোরীনা খুং উঙবদৌ উঙহনবা জাৎনি। নুপা ফানবা মহৈ-ককাসু ওহোক্লা হৈপ্রবা জাৎনি।" মশানা উত-উক্লম্ববা থেংত-থেংনেক্লবা অদুমঙাই।

"ঐদি, অন্নাই কসম, ঐখোয়গী নুপা-কক্‌তা মণিপুরদা য়াজরোই।" মৌনহা অমনম্‌ক হায়রকই।

মৌনহাশিংগী বাখী-বারেম তারক্‌কদৌরে হায়বা উরদুনা ফতিমা পুন অসো পায়দুনা তুরেলদা কুমথে।

নিংথম-থা লোইশিল্লকপগী নুংফৌ তুরেল কংবমখে কংলে। অসোম নাকন্দা শেক্তাই পাক্লা তারে, আসোম নাকন্দসু ঈশিং খুকউমক্তা ঙায়রে, খাং য়ৌবা মফম ইল্লাও য়াওদ্রে। মৌনহাশিং অদুদি অনকপদা নুপা-নহা লৈবা উদকদুদা মখি-মরোল থাঙৎপা য়াবমখে থাঙৎলগা খরা লুবা মফমদগী ঈশিং শোক্লনবা কুমথনদ্রে, খরা লুবা মফমগী ঈশিংনা লুবা হেল্লি। ফতিমাদি মদু য়ৌনা চৎদ্রে, অথেনবা মফম অদুবাইদগী শোক্লগা অদুম কাখৎলক্রে।

তোর্বান্দা নুম্মিদাং বাইরমগী নামিবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎলি। লম্বী মপাদা হৌরিবা চাউরবা হৈনৌ পাম্বী অদোমদা য়েংখৎলুই, নহানমখে উবু উরুদে, মপাম্না পুংয়োম য়োম্লম্লে। ঙসাইগী কোকিল অদু ওইরিগদ্রা অতোপ্পা অমা ওইরিগদ্রা হৈনৌ পাম্বীগী মনা পুংলবা মশাদগী খোংলকই, — কুউ কুউ, কুউ কুউ। শোয়দ্রে য়াউশঙ হায়দো কুইদ্রে। মচানুপাদো লাক্লনি,, কুইররোই। য়াউশঙদা শেন খরা কজনা তাল্লগা য়াউশঙ হেক লোইবগা লাক্লনি হায়বনি। চৎখিবদগী অমুক্তা লাকত্রিবনি। হাকুম অমগী ঈদ হেক লোইবগা চৎখিবনি, কুমসিগী ঈদ থারগা ঈদ অনী চৎদ্রে। কয়াতা কুইরবা মহাক্লা চৎত্রিরসি।

"ও বৈ," মৌ অমনা তুংলোমদগী কৌরকই। ফতিমা তুংলোমদা য়েংথোকই, নুপী ময়াম অদু মরী মরী কাখৎলক্লি, শেগাদা পুন য়েগতুনা খরনা, অদুগা খরনা মকোক্তা কোকঙৌগী ভেকসি মরোল মরোল হাপতুনা। "করি, নচানুপা অদুবু হন্দক লাকপদা নুপী অদু য়াওরক্লনি হায়বরনে?"

"কনানা খঙপোৎনো হায়মি? মদুগী বাদু ঐঙোন্দা হংলকনুদা।" শাউরবনেনা ফতিমানা খুমই। অদুগা মপুক্লিংদদি খল্লি, - পুরকত্রদি ফজ্ঞনিদ্রা, হন্দকপু লাক্লবদি নুপী অমা কোক ওঙজিলবিরগা লোইরে, মণিপুরদা অমুক হন্না চৎহল্লরোই। অাং অাংনি মণিপুরগী মরমদা তারিবা বারী, — লৈমিনবা মবা মপুরোইবা হাত্তোক্লম্লগা অতোপ্পা নুপা অমদা চেনদ্রে,

মমা অতোপ্পীনা পোক্তবা মচা হাংতোক্লম্লে। জাং-জাংনি অচুম্ববু ওইরিগদ্রা অরানববু ওইরিগদ্রা! অদুগা তোংজে মরীনদা গাড়ী কাওরকপদগীদি মণিপুরগী ঈ-পাউ পুন্নমক শুন্নক খুদক্কা লৌরক্রে। খল্লকই কতিমা, হয়েং নুপী অদুনা লাক্লগা মচাগা মপুম্বদা অলুম হায়নক্না তৌরদি। বাখল অদু হেক খল্লুবদা মশাপুম্না তু থ্যাউ চুংখি: "ইয়াম্না, তোবা তোবা।" মমায় মমিং নাম্লোকই।

য়াওশঙ হায়বদো চপ-চানা কয়াম বাংলিবা খঙনীংবনা ঙাইবা ওম্লক্তে অহিঙ চুম্না ফত্তিমা। নোংঙাম্লগা থংনবা শুন কালিয়বোলগী কৌ-বানবী মখোয় অনীম্ন লৈরক্তা লাকপা উবদা খোজানদা খোঙ্লনা হংখি, "ও থাবম্লে, নখোয়গী য়াউশঙ হায়বদুবু কয়াম বাংলিবগেনে?"

থাবম্লেদো খরা করেম-কথাইনগল্লি, খুম্লকই, "করিগীনোনে ইনম্মা নঙবু। কুমশি থাবল চোংবা য়াওগে হায়রিবরা? তাদ-দুনা অঙ্গমানদগী য়েংথরক্লবদি নঙ হিংবগী বা লৈতে।"

"তু, মাগী হৌনবী তৌরক্লবনি! মীনা হংলিবসিদি খুমম্রদুনা।"

"শাউরবরনে ইনম্মা নঙবু? শাউরগনা মতুং মনাও কৌনম্রগা লোইরে।"

"শাউদেদ্র। করিগী শাউগনি হায়গে? ঐগী ইচানুপা নুরজমানদো য়াউশঙ হেক লোইকগা লাক্কনি হায়য়ে, অদুগী হংবনিনে।"

"অদুদি, ঙসাইনা অদু হায়বা কৈদৌগে! অদুবুরা, হন্দক্কী থা অসি শিন্নগা মথংগী থা পানথংলকপগী পূর্নিমাদো অদুদনি য়াউশঙ। লমতা থাগী পূর্নিমাদা। থা অমা ফাবাংত্রে।"

থা অমা ফাবাংত্রবা মতম অদু ঙাইবদদি কয়াম্না বাঙ্গে ফত্তিমাগী মফমদদি। থল্লকই হয়েংমক থা অসি শিন্নগা মথংগী থা পানথংলকপগী পূর্নিমাদো ওইরবদি নুংঙাইম্রনিদা! নহানমথেদি থনবু থল্লুদে, নোংম-কা হায়বসে য়াম্না শাংবা মতম ওইরম্লে।

ঙাইঙমদ-ঙাইঙমদ্রনা নোংমা নোংমা হায়বদো অদুম হৌখি। থা শিথখি, অদৌবা থা পানথংলকই, হায়-হায়না লমতাগী পূর্নিমাদো য়ৌরকই। মৈতৈ-শুন পুম্নমক ঈথক-ঈয়ানা পুমনিল নিল্লকই। য়াউশঙ মৈ থারকই,

'হরিবোলা' লাউদুনা নুপী অঙাং চেঙ-পৈশা নিবা চৎলকই, আবীর তৈমরকই, হোলি চৎলকই, লৈশাবী-পাখং খবিল চোংনরকই।

য়াউশঙ হেক লোইবগা লাকনি হায়বনি মচানুপাদো। অদুদি লাক্লনি শোয়দনা নোং-নিনি অসিদা, ফতিমা মথবায় নুংঙাইজরকই।

অদুবু নোং-নিনি অদু অদুম হৌখি। মচাদো য়ৌরক্তে। কৈদৌরবা জাৎনো? অনায়েক য়াওরবা জাৎলা? মমাগী মপুক্লিংদা চিংনবমুক পোক্লকই। মমা লৈহৌরি, মচানুপা পিশক অমসু লৈহৌরি হায়বা কাউরবা জাৎলা।

কনা শাংনা তৌবা য়াউশঙগী হরাও-কুম্মৈগী ঈথক-ইরাং অদুসু ঈংথগ্রে। অদুবু মচানুপাদু লাকপদি লৈখিদ্রে। হরাও-কুম্মৈ অমমুক লাক্লুনা পৈশা তানবনি হায়দুনা লৈথক্লবা জাৎলা। মৈতৈগীদি হরাও-কুম্মৈ লোইবা নাইদে। শজিবু-চৈরাওবনি হায়দুনা অমুক লাক্লনি। মণিপুরদদি অমুকসু য়াম্না হেন্নি হায়নৈ। অদুদি হরাও-কুম্মৈগী ঈরৈদুদা পৈশা তানবনি হায়, অমনি হায় মচানুপাদু লৈশিন্দুনা লৈপ্লবা জাৎলা।

ঈরৈদুদা লৈশিন্দুনা লৈবমক্তি লৈরমদ্রমাক্লে, নোংমদি নুমিদাং ইথা-থাজদনা, মৈতৈগী শজিবু চৈরাওবগী মতুংদা, শূমাং মতোন্দগী কৌরকই, "ইমা ইমা।"

মচাগী খোঞ্জেল তাবদা থোঙ গে হাংদোক্লুনা থাউমৈ মুখু অমা পায়দুনা চেহোরকই। মচা উবদা মশা পূম্বা শ্বাউ লাউই, খঙহৌদনা মিৎলু অমীদগী হরাও-তুজুংগী পিরাং চদুম চদুম শিম্বরকই। মিৎকুপ হেক মতুংদা মচাগী তুংলোম্নদা য়েংথোকখিবদা উই কিরক খুমদুনা নুপী অমা লেপ্লিবদো। খঙহৌদনা মশাদা নোংথাং কুপ্লদৌনা তৌখি, করি হায়সিগে করি তৌসিগে, ঙাইহাক অদু খনফম থোক্তে।

নোংঙাদবগা খুনকোকতগী খুন্দোন ফাওবা চীন অমদগী চীন অমদা বা বা লাউনরকই; — নুরুজমানদো লাক্লে হায়রে, ঙরাং নুমিদাং থুংলমাক্লে, মুপীদুসু পুরকই হায়রে।

নোংম-নিনি অদো নুপীমচাদগী হৌদুনা লৈশাবী, মৌনহা, ইনুবী ফাওবা খাক্তনা মরী মরী মৌ য়েংবা লাকই। ফালিরবোনগী মৈতৈ-নুপী

কৌ-বানবীশিং অদুসু, কাঙলুপ কাঙলুপ নাহনা চঙশকং। থনেরিবা খুম্নিনা মৌ অনৌবী য়েনবনি খরা খরা অদুম চথনে। মৈতৈ পুনদা কনাগুম্বগী ইমুংদা মৌ অনৌবী লাকপদসু পাঙমুপীশিংনা য়েংবো চথনি। কা চায়, হিদাক থকই, বেড়ি থকই, মৌ অনৌবীদা নুপা-পৈশা-কাসু পীরম্মি,- য়াম্বা য়ামদবগী বা কনাসু খনদে, কৈরোই-লৈকাইগী নুংশিনা লৈমিন-চামিন্নবগী হৌনবী অদুগী বানি। মৌ য়েংবো লাক্লিবীশিং অদুদা থোইনা কোইবদি তৌদনা অদুগা লোনচং-ব্যবহারদি কায়দনা মৌ অনৌবী অদুনা কা লাম্লি। মৈতৈ-নুপীশিংনা তোঙাম্না পোঙফক অমদা ফমই। মখোয়দসু শেঙ্গা অমদা কা পানা লানশিল্লি, শুনুদি য়াওহন্দে। য়ুমলোম্নবী মৌনহা অমনা তাকপিবদগী খঙবনি, মৈতৈনুপীশিংদি পাঙনগী শুনু মাংতি হায়দুনা চাদবনি।

ঙাইহাক ফম্নম্নগা চৎনখিবসু য়াওরি, খরমনা কা মতপ অমা লোইবগা অমমুক শায়দুনা লৈথে, বারী জাৎ-জাৎ শাদুনা হৌগৎকনি কাউরি, বেড়ি অমুক চিংথে। অদুদগী অনৌবা খরগমুক লাকই।

থোক্লুনা চৎনখিবশিংনা লম্বীদা ঙাঙনবসু য়াওরি—

"হৈ ফজেনেহে। মশম-মনানা ফরিবা, শাওং-শাদা চুং-ফিরান থোইনা বাস্তেদা।"

"বাহে খোম্ফন্না নুংশিরিবা।"

"অদুবুদি মণিপুরগীনিদনা।"

মৈতৈ নুপীশিংনা থোরকপদা কোম্বোংদা নুরজমান মমাগা খেংনে, মনেমদা মমৌবু থাগথলি "ইন্দোল, নঙগী নমৌ অসিদি ওহোল্লা ফজরেদা, রাশিনা রাশি লৈরিবা, কুচু-কুমেনসু বাস্তে। মঙিংসু থম্বাল কৌরি হায়রে, থম্বালতা থম্বালনি।"

"ইবেম্মা, নখোয়না শংথাতা থাগৎলি। ঐদি ঙা ঙাইরমগম্রা ঈশিং ঙাইরমগম্রা খনকা কনকম খঙদ্রে। পুরক্লমনিনা অংলেকপা য়াদদুনা তৌবগী বানি। ঐদি মণিপুরগী নুপী সুকপাম শামজদবনি।" মমানা মপুক্লিং জাজুদবসো কোঙসোল্লকই।

কুইহৌদে, মৌ অদুগী মরমদা মন্নাম শাঙনবা হৌরকই, অচুম্বনি খঙদে চুমদবনি খঙদে। নুপী অসিগী হান্নবদা কনায়তা লৈজন্রে। নুপা অমদা অমুক ওঙলুরবনি। নুপা অদু য়াম্না ফত্তমান্রে। নুমিৎ চুপ্পা য়ু ঙাওদুনা লৈবা, থবক শূনীংদবা, নুপী ফুগনবা নুপা অমা ওইরম্বদগী খাঙবা ঙমদদুনা তালাক তৌন্নবনি হায়। অদুদগী রিক্সা থৌদুনা হিংনবা হোৎনজন্নিবা মপাগী মনাক্তা লৈরবা ওইরমান্রে। নুরজমানগা নুপীসিগী মপাগা য়ুম অমত্তগী তোঙান তোঙানবা কা অম-মমদা ভাড়া তৌদুনা লৈবনি। মরাইবক থীবা হায়দুনি, মপা অদু নোংমা টাটা-গাড়ী অমনা তুংলোমদগী রিক্সাগা কোন্নদা থোমজিন্নম্বদগী লাইয়েংবা নংহৌদনা লৈখিদে।

বারী অদু তারগা লৈকাইগী মী অয়াম্বনা নুপী অদুবু হেন্না নুংশিরকই। নুরজমান মমাসু মাবু নুংশিদবা নত্তে, অদুবু করিগীনো খঙদে মমৌ ওইবতদি পামদে। মশূবু লুনা তৌবিরোই হায়বগী চিংনদুনা তৌরিবরা নত্রগা মচানুপাদু মঙোন্দগী শেংতুনা পুথ্রনি হায়বগী অকিবা লৈবনরা? অদুবু নকশিন্নবা লৈমিন্নবা হায়বসিগীসু মশক উদবা মগুণ অমা লৈ,— খঙনরমদবদো খঙনরকই, খঙনরবদি নুংশিনরকই।

নোংমা নুংথিল মশূনুপা নোংয়াই অদো শূমাং মতোন্দা শান্নরম্বদগী ইখং-খঙহৌদনা ও-খোংনা কপখৎলকই। মবোক্পা চেনশিনখিবা মতমদা মৌ অদুনা হান্নমা মশূগী মনাক্তা লৈরম্রে। অঙাং অদুগী খোঙবী অদো নুংদা থেংজীন্দুনা ঈ ফু-ফু থোক্তুনা পূমঙাং ঙাংলে। মৌ অদুনা অঙাং অদো পমখৎলগা শোক্লিবা খোঙবী অদু পায়শিন্দুনা মাঙ্গোন্দা পুখৎলক্লে। মবোক্পা পাখৎপা অমগা লোয়ননা ইমুংদা চেনশিনখি, অদুদগী শুনুগা থাউমৈ মুখুগা পুথোক্তুনা থোরকই, "সে সে হিদাক তৌসি।" হায়দুনা শুনুগা হবাগা তোৎলগা অশোকপা মফম অদুদা থোমই। খাঙবা ঙমদদুনা অঙাং অদু ও-খোংনা কপখলকই, "অয়ো ইমা অয়ো ইমা!"

খঙহৌদনা মমা ওইবীগী থম্মোয়দা খোঞ্জেল অদুনা তাশোন ওইনা পাল্লুরম্রে, — মিৎলু অনী খঙহৌদনা লাইজ ঈহৌরকই। খনীং-নীংলকই লৈখিদ্রবা মচানুপাদো। নুপামচা অদুনা লৈখিদবদো অঙাং অসিগুম্না চহী অহম-মরি হান্নরকপা য়াম্না নুংশিরকপা মতম অসিবাইদনি।

ঈহৌরক্লিবা মিৎলু লাইজদো ফীজিনা তৈথোকপা ঙমদনা ঈরা ওইনা শিনথরকই। মবোক অদু চংঙক-মায়ঙক্লসুনা ঙাইহাক লেপতুনা লৈরম্বদগী তপ্না তপ্না চৎথোকখি, মহাক্কীসু মিৎলুদা ঈহৌরক্লিবা পিরাং অদু উহল্লীংদদুনা তৌবসু ওইরম্বা য়াই।

নুমিদাং নুরজমান থেংলপ্না হল্লিল্লকই, মমানা ঙাইদুনা লৈরম্মি। অদুক থেংলফাও করিগী ঙাইরল্লিবনো হায়না মচানা হংঙি। মমানা খুম্মি, "ইবুঙো, হয়েংমক পাউ পীখো থাকমারাদা, নহাগী মপূ-মকেনখোয়দা, হংচিৎ নহাগা মৌগা পুদুনা ঐ লাক্কনি হায়খো।"

নুরজমান পূমঙক ঙকপ্লে, হায়রকই, "করিগীনো ইমানা অসুক হাথু-হাথু ... ... ... ...।"

"হে, তপথবা য়াত্রা সিবু? ঐবু হয়েং মীনা ঙাইশেন মরী-মতা মশক খঙদে হায়খিরোইদ্রা?"

বসন্ত মমৈ অদুদা কদোমদগীনো কোকিল অমনা নুংশিনা খোংলকই, - কুউ কুউ, কুউ কুউ ........।

ঈচিক হল্লগে তৌরুরবা নুমিদাং অদু ঈথক-ইরাং হৌহল্লকই।•

# বিপাশাগী তোর্বানদা

অমৃতসরগী সনাগী মন্দির মনুংদা ফমদুনা ঐসু ঙাইহাক ভজন তারম্মী। ভজন তারিবা ময়াম অদু পঞ্জাবী ঙাক্তনি হায়বা য়াই, অয়াম্বনা শিখনি, হিন্দু খরসু য়াওরি, অদুগা ঐগুম্বা মীতোপ অমনিসু। কোক্তা কোকয়েৎ য়েৎত্রবদি মন্দির চঙবদা ফি মচা অমনা নত্রগা রুমাল অমনা কোক অসি য়েৎশিনবা নত্রগা কুপশিনবা তাই। ঐসু কোকয়েৎ য়েত্তবনিনা রুমাল মচা অমা কোক্তা য়েৎলম্মী।

লোন খঙত্রবসু ভজনগী নুংশিত্রবা শৈশক অমদি সুর অদুনা পুক্নিং অসি নৌথহল্লম্মী। ইনাক্তা ফল্লিবা অহন-লমনশিং অদুনা পিরাংনা থুম্মাৎলক্লিবা মিৎলুশিং অদু তৈথোকপা উবদা বাখল অসি অমুক্তা হেন্না নৌথরম্মী।

নাকন অমদা নুপী-অঙাং ময়াম অমা ফল্লি, মরু ওইনা হনুবী অমসুং মৌ-নহাশিং। মৌনহাশিং অদুগী মরক্তগী অমনা ঐবু মূনা মূনা য়েংবগুম তৌরি। ঐ করি থোইদোকপা খল্লুদে। ময়ামদগী ঐনা শক্তা-চুদা খরা তোপ্পদুদা য়েংলিমাল্লে খল্লম্মী। তশেংবমকসু অবাং নোংচুপ ভারতকী আর্য্যশিংগী চারোন-শুরোন মরক্তা অবাং-নোংপোক্কী মোঙ্গো-লোইদ্ শক অমা য়াওবদুদি ময়ামগী য়েংনীংঙাইনি।

ঐদি ভজন তাবা লাকপা নত্তে, চুম্নতগী মন্দির য়েংবা লাকপনি। অদুনা কুইনা ফল্লমম্রে, মন্দির মনুংদগী থোরক্লে। লাইজনা নিক নিক চোল্লবা চাউত্রবা পুখ্রিগী ঈয়ায় অদুদা লৈরিবা সনাগী মন্দির অদু য়েংনা য়েংনা পুখ্রি মপান অদুদা ময়ামগী মতুং ইন্দুনা চৎলম্মী। মশা-মরেং তাশিন-খোমজিন্না হৌরিবা চহী লিরবা বোরোই পাম্বী অমগী

মখোঙদা লেপতুনা অহন ওইরবা নুপা অমা মন্দিররোমদা ওনশিন্দুনা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী, মচিন্দা করি করিনোস্নু মুরুম মুরুম শোল্লম্মী। হেক লৈথোরকপদা মনাকমক্তদা ঐবু উবদা চঙশিল্লক্তুনা লেংবান্দা পোপ পোপ থাদুনা হায়রকই, "মালুম হোতা হৈ আপকো পরদেশী।"

"হা," ঐনা খুমই।

"হিন্দী মালুম হোতা হৈ?"

"থোরা থোরা।"

অদুদগী অহন অদুনা মখা তাথরকই, "য়েংঙু, মন্দির মতোন্দা ঙাল্লিবসে।"

হায়গুম্মদুনা, গুসাইমখৈ উরমদে, অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্লা য়েবদা অরংবা সনাগী মন্দির মতোন অদুদগী অঙকপা মঙাল অমা ফুদোরক্লি।

অহন অদুনা মখা অমুক তাথরকই, "মঙাল অসি ঈশ্বরগী মঙালনি। অদুগা পুখ্রি অসিগী লাইজ-ঈশিং অসি নখোয়নদি ইচম-চন্না থল্লম্বা য়াই। তশেংবদি, ঈশিং নত্তে, অমৃতনি। পুখ্রি অসি অমৃতকী পুখ্রিনি, — অমৃত সরোবর। অমৃত সরোবর অসি লৈবা মরম্না সহর অসিগী মমিং অমৃতসর কৌথিবনি। অমৃত সরোবর অসিদা অমুক্তং ঈরুপচরবদি লাইথুং পুন্নমক ......"

অহন অদো ঙাঙখিগদৌরিবা জাৎনি। অদুদা তুংলোমদগী নুপা অমনা অকায়বা পীররে।

"হেলো ব্রাদর," তুংলোমদগী নুপা অদুনা কৌরকই। "এক্সকিউজ মি, ব্যরৌবা য়াদে। করিগুম্বা অমতং হায়জগে।"

ফনদুম ফরে। অহন ঙাঙবিয়া অদুদগী নাম্বোকপা য়ারে, অঙাও-অফৈরা করিনো খঙদে।

খরা চখোরক্লগা ঐনা হংঙি, "করি ওইবিরবনো? হায়বিয়ু।"

লাপ্তক তৌনা লাক্লিবী মৌনহা অদুদা হাইফেৎ অমুক য়েংলগা হায়রকই, "অদোমবু মণিপুরদগী ওইবিরব্রা?"

"মানি। করিগী ওইবিরবনো?"

পাউখুম অদু তাবদগী অত্তাংমচাদৌনা তৌখ্রে। ঐগী বাহংগী পাউখুম পীগনিকা নীংশিংখিগ্রে। মখুৎ কয়া হৎলদুনা লাগুক্লা লাক্রিবী মৌনহা অদুবু ঙাইঙমদনা কৌরকই, "থুরকউ থুরকউ, পুনম, থুরকউ।"

করিনো মহাক্লা তৌরিবদু ঐ ভাব তাদে। ঐ ঙাইহাক অদু ঙকচানদুনা লৈরে।

মৌনহা অদু য়ৌরকপা ঙাইঙমদে, নুপা অদুনা হায়রকই, "চুন্নম্মে, নঙনা হায়বদো চুন্নম্মে, মণিপুরদগীনি।"

"ঐনা হায়ব্রা, শোয়দনা ওইরমগনি হায়দুনা।" পরীক্ষা হায়দোরকপদা মায় পাক্লকপগী মায়থোং অদু মঙাই মৌনহা অদুগী মায়থোং অদু। "নঙনা নেপালী ওইরমগনি হায়বদাই! কদায় কমদৌরে? ঐদি খঙবা মণিপুরীগা নেপালীগা শক খেন্নবনি।"

নুপা অদু মৌনহা অদুগী মফমদা মায়থীরে হায়বদি য়ারে, অদুবু হরাওবগী চাংদি খজিক্তং ফাওবা হয়দে। ঐঙোন্দা ওনশিন্নক্লগা হায়রকই, "ঐগী নুপী অসি মণিপুর নিঙোলনি .....।"

নুপা অদু লোইশিনবা নংহৌদে, মৌনহা অদুগী মচীন্দগী থোরকই, "তামো! তামো উনবসি ঐ করিমুক হায়গনি, হায়নিংঙাই লৈতনা ......।" মৌনহা অদুগী মচীন্দগী মৈতৈরোল থোরকপদুদা ঐ পূমঙক ঙকখ্রে। খোইতক খোইতক তৌরবসু লাপথ্রবা লমদম অসিদা তান্নাগী সুরদগী হেন্না নুংশি না থোকখ্রে।

মৈতৈরোলগী মনম ফাওবা নমখিব্রবা ভারতকী অবাং-নোংচুপকী খম থেংবা ঙমখৈ লমদম অসিদা পঞ্জাবী মৌনহা অমনা 'তামো' কৌরকপা অদুগা মৈতৈরোলনা বারী শারকপা - ঐঙোন্দা হরাও-তুজুংবা অমা ওইনা থোকখ্রে। পুনমগী মপুরোইবা অদু বা-লাং অমত্তা ঙাঙখিদ্রে। মহাক্কী নুপীনা ঙাঙলিবা লোন অদু তাবদা পুংপং পংথখিবগুম তৌখ্রে।

পুনমগা ঐগা বারী শার-শারা থোরক্লে, মপুরোইবনা মীতোপতৌনা ঐখোয় অনীগী তুং ইন্নরি। বারী শানা শানা মন্দিরগী কম্পাউণ্ড চঙফমদা লৈরিবা দলানগী অনীগুবা মথোলদা লৈরিবা শিখ মিউজিয়মদা চঙদুনা

জাতি অসিগী ইতিহাসকী শক্তম অমা পীননবা হোৎনরিবা অদু হাইফেং য়েংলুরে।

মিউজিয়মদগী থোরক্লগা পুনম-মতৈমনাওনা হোটেলদা পুশিল্লে। 'মাই' হায়বা গুম্বগী শক্তি লৈতে। পুনমগী মপাম লমদমগী মীনি, উন্নরগা চা চখোম অমা ফাওবা থকমিন্নদ্রবদি করি বানো!

চৌকিদা ফমথবগা পুনমনা হংঙকই, "তামো উরিপোক্কীনি হায়রদি মেম্মা খঙবিরমগনি?"

"কনানো মেম্মা হায়বদি?" তু খ্যাউ চুংনা ঐনা হংঙি।

"মণিপুরকা বারেমে কুছ বোলা তো, দিস লেডি ইজ কমপ্লিটলি মেড।" পুনমগী মপুরোইবনা হিন্দী মতেক ইংরাজী মতেক ঐখোয়গী মরক থংলকই।

কাউবু কাউরুরে ঐখোয় অনীনা বারী শান্নরিবা লোন অসি খঙদবা মী অমা য়াওরি হায়বা। করি খল্লমগদবা মহাক্না' ব্যবহার ওইনা ইকায়রপ তৌনা ঐনা হায়, "বারৌবা য়াদে।"

"কোঈ বাত নহী," পুনমগী নুপাদুসু ঐখোয়না বারী শাবদো তাবদা নুংঙাইজরম্রিবা জাৎ ওইরে। "চালাইয়ে চালাইয়ে। ইমানা হেক পোকপদগী তাদ্রিবা লোন অমা তাবসিসু মনুংঙাই অমনি। লেকিন ......।

"লেকিন ক্যা?" পুনমনা ওক্কুনা খুম্মি। অদুদগী মৈতৈরোলদা অমুক মখা তাথরকই, "নুংঙাইত্রনে তামো। ঐ মণিপুরদা পোকপনি, মণিপুরগী ঈশিং-নুংশিৎতা চাউরকপনি হায়দুনা হায়বগী বা নত্তে। মণিপুরগুম্বা লমদমবু কয়াম লৈবগে। থোইনসু শাদবা থোইনসু ঈংদবা হরা-নুংশিৎ, চারু-চারুবদা হাউবা চাক-য়েনশাং, চহী চুপ্পা হরাও-কুম্মৈ— অতৈ কদায়দবু লৈবগে? থাবল চোংবী-কাদুবু নুংঙাইত্রনে?"

"নঙবু থাবল-কা চোংলকপ্রনে?"

"করিগী চোংলক্লোইদৌরিবা? চৈরাপ লম্পাক্তা চহী খুদিংগী চোংবদো, ঐসু অনী-হন্নক য়াওরকই — অতৈ অনকপদা . চোংবদসু, মেম্মনে ঐখোয় ....। মেম্মদো, খঙম্রসে তামো?"

"করম্বা মেম্মনো, কৈয়ুমনোনে?"

"য়ুম্নাকতো চপ চাবদি কাউখ্রে। এল মেম্মা ওইম্নমান্রে, লাইগ্রম, লাইতোঞ্জম......।

"মী পিস্তক তৌবা, কুচু শৌরোক শৌবা, মশম-মনা ফবা, নোকপদা ডিম্পল হাইফেস্তং খজাই অনীদা ......।"

"মানি মানি, ঐখোয় সিক্সটি-এইটতা বি-এ তম্মিন্নবনি। চৈরাপ মনাক্তগীনি।"

থম্মোয়দা করিনো অমনা তীং লাউনা পান্রে। করি হায়না খুমগদবা ঐ খনফম থোক্তে। মেম্মনা চিঠি ইরকপা মতমদা মমান্নবী কয়াগী বাসু মরক মরক্তা য়াওরকখি, মখোয়গী মরক্তা পুনম কৌবী অমগীসু। ঐ নীংশিংলক্রে। মেম্মগী মমান্নবী পুনম অদুমক ওইরিগদ্রা ঙসি ঐগী ইমাঙমক্তদা ফমদুনা বারী শামিন্নরিবসে!

"অদুদি মেম্মনা নোং-ফাদোক বোম্বেদা এম-এ তম্বা সমরেন্দ্র কৌবা কনাগুম্বা অমগী বারী-কা তৌখি-লাকখিবরা?" ঐনা হংঙি।

"তৌখি, য়াম্না তোয়না তৌখি, নীংশিংলক্রে। অদুদি তামোরা সমরেন্দ্র?"

ঐ খুমদে, অদুবু ইঙ্গিৎতা ফোঙদোকখি।

"কয়াতা ঙকখ্রবনো!" অদুদগী মপুরোইবরোমদা ওনশিল্লি, "কয়াতা ঙকখ্রবনো, তামোসে অতোপ্পা ওইরমদ্রে, য়াম্না মুন্নদি খঙনবা, শকতি অমুক ফাওবা উনখিদ্রিবা অদুগুম্বা মীশক অমা ওইরম্রে।" ঐঙোন্দমুক ওনশিল্লকই, "করিগীনো, মেম্মদো লুহোংবগী বার্তোন তৌরক্তেনা!"

খল্লি, পাউ অদু মঙোন্দা তমসিরা তমগনুসিরা। তমলুরগনা করি কান্নরিবা? তারগা নুংঙাইরোইদগী শরুকপুদি তাহন্দবনা ফংত্রা?

ঐ ঙাইহাক বাখলদা লুপলুরমান্রে, পুনমগী মথা তাবা বাহংদা জ্ঞান খংতা তারকই, "কৈদৌরে তামো, তুমিন্না লৈরিদি। মানিনে, মেম্মদো বার্তোন তৌরকফম থোকপনি। হোয় তৌরক্রম্বসু য়াই, ঐনা ফংদবসু ওইরমগনি।"

"তৌখিদে, বার্তোন তৌবগী খুদোং চাবা ফংখিদে।" হায়গে হায়না তৌদবা বা অদো চীন্দগী খংথোক থোকখি।

মেম্মগা ঐগা ঐখোয় অনীতা য়ানবা নত্তে, নাকন অনীগী অহন-লমনশিংসু য়ানবনি। অদুনা ঐনা কোলেজ ওজা হেক ওইবগা অহন-লমনশিংনা, 'শুভস্য শিঘ্রম্', অফবা কর্মদি থীঙ্গুরোইদবনি হায়দুনা অফাওবা পাঞ্জিদা য়েংহন্দুনা ঐখোয়গী লুহোংবগী নুমিৎ অদু তমখি। অদুবু মীনা তম্বনা অমা, লাইনা শীনবনা অমা। লুহোংবগী বার্তোন নম্নমদাইদা পাউ অদু লাকখি, মেম্মদো হোসপিতালদা পুখৎখ্রে। ডাক্তরশিংনো ফনা কন্না হোৎনবনি। অহানবদদি চুম্নগী মেলেরিয়া ওইগদমাগ্নে খল্লম্বনি, অদুবু কাইনথংদদি এন্সিফেলাইটিসনি হায়বা খঙখি। অদুদগীদি নুমিৎ মরি-মঙানিতনি লৈরম্বা।

বারী অদু তানা তানা পুনমগী মিৎলু অনী পিরাংনা থুন্নাৎলকখি। ঐগীসু খঙহৌদনা মিৎলু ঈরা ঈহৌরকখি, থিংনবা হোৎনদুনসু থিংবা ঙমখিদে। ঐখোয় অনীমক ঙাইহাক বা ঙাঙবা ঙম্নখিদে।

"কৈদৌরে নখোয় অনীগীদুবু?" পুনমগী নুপানা অচিকপদো থুগাইরকই।

"তামো, বারৌবা য়াদে। হংলমদবনা ফরম্বনি, খঙলমদবনা ফরম্বনি।" পুনমগী মথরায় অদু য়াম্না শার্থীনা নুংঙাইত্রে হায়বদু ঐ খঙবা ঙমই।

"কৈসু কায়দে। ঐসু অহানবদা পাউ অসি তমসিরা তমগনুসিরা খল্লম্বনি। অদুবু পাউ অসি নঙোন্দা তম্নমদ্রবদি ঐ নঙোন্দতা নত্তনা মেম্মদসু লংজবা তাই, চাউরবা পাপ অমা ঐ পুবা তাই, অদুনা নঙোন্দা তম্বগী বানি।"

"কৈদৌরগে নখোয়গীদুবু? নুংঙাইবা বারী-ককা শাউবা।" পুনমগী মপুরোইবনা খঙজদবনিনা হায়রকই।

"খঙদে তামো, তাইবং মীওইবগী পুন্সি হায়বসে কনাসু তম্বা ঙমদে। ঐগীসু য়েংবিয়ু, ইমা বাবা দাদা — ঐগীনি হায়বা কনামতা লৈজদ্রবনি।" মপি তৈথোক তৈথোক্না পুনমনা তম্নকই, "ঐখোয়গী লুহোংবা লোইরগা ঐবু পঞ্জাবতা থম্নম্নগা মখোয় ইম্ফালদা হনখিবনি।

অদুবু ইম্ফাল য়োবা ঙমখিদে। লম্বীদা ডিমাপুর য়ৌরমদাইদা ট্রেন এক্সিডেন্ট থোক্তুনা মখোয় অহন্মক পুক্লপ লৈখিদে। লালহৌবশিংনা বোম ফুক্লমদুনা এক্সিডেন্ট অদু থোকখিবনি হায়না খবরদা য়াওখি। অমনবু ওইরবসু ঐঙোন্দদি মাঙজবা অদো করিমতা খেন্নবা লৈখিদে। ইপামলোমগীনি হায়বা হৌজিক ঐগী কনামতা লৈজয়ে।"

"করিগী? ঐবু নুংশিরবদি ঙসিদগী নবুং অমা লৈরে হায়না খল্লু, ঐবু নুংশিজ্রবসু মেম্মবু নীংশিংবা ওইনা।"

খঙদে, ঐগী বাহে অদুনা মঙোন্দা ঙাইহাক্তং ওইরবসু নুংঙাইবগী ঈথিল অমা পীবা ঙম্লিগদ্রা।

"নখোয় অনীগী বারীদুবু লোইশিনবা য়াদ্রিবরা?"

মপুরোইবদো তুমিন্না ফমদুনা ঙাইবা ঙম্লক্তুমাম্লে। "নুপীগী হৌনবী থাইনগী বারী হৌদোক্রবদি লোইশিনবা হৈতবনি। পিরাং-ককাসু হেক্তা শিম্থবনি।" মহাক্তি খঙজবা পোৎ নত্তে, করিগীদমক্তা শিম্থরিবা পিরাংনো হায়বা।

"চৎলসি থেঙলে," মহাক্না ফিভম অদু থুগাইনবা হায়রকই।

হোটেলদগী থোরক্লগা ইরাপ-লাপ্তুনা লৈবা দুর্গা-মন্দির অদু য়েংলুরে। সনাগী মন্দির য়েংলুরগা দুর্গা-মন্দির উবসিদি নুংঙাই-য়াইফবা ইমুং অমা য়েংলুরগা লাইর-খাংপোক অমা উবগুম্বনি।

অদুদগী জালিয়ানবালা বাগ। অমৃতসরদা লাক্লগা জালিয়ানবালা বাগ চঙলমদ্রবদি মহাক অদো মরৈবাক নুংশিবা খঙবা মী নত্তে। চেকপন্না কোয়খা খাজিনবা লম্পাক অসিদনি ইংশোক ১৯২০ দা জেনেরেল ডায়ার অমদি মহাক্কী ইংরাজ সিফাইশিংনা খুৎলাই পায়দবা মীয়াম্বু নুপী-অঙাং খাক্তনা নোংমৈনা কাপত্তুনা হাৎখিবদো। ঙসিসু চেকপন্দা নোংমৈ-গুলি পানবগী দাগফম লৈরি।

পুনমগী মপুরোইবদো ঙসাইমখৈদি পংলাংতা লাংলম্বনি, মফম অসিদা চঙবদগীদি তুমিন লৈম্রে, য়াম্না চীং-লেমম্রে। খঙদে, চহী কয়ামুক মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অদুদা ভাবনা শাগৎতুনা মমিৎতা শং-শং উরকপগুম তৌবরা। তাবগুম তৌবরা মশীং লাকঙমদ্রবা নোংমৈগী মখোল

অদো। ঙাইহাক লৈরগা শহীদ মিনার মমাঙদা মায়থোংদা চাউথোকচবগী মকারাম্বা অমা ফাওগংলকই, হায়রকই, "ঐখোয়গীসু ইপুশিং অমা মফম অসিদা শহীদ ওইখি।" হায়রগা খুরু খুদক কুন্দুনা য়াম্না ইকায়খুম্নবগা লোয়নননা মখুংনা লৈবাক শোক্তুনা মরায়বক কংলি শহীদ মিনারদা।

জালিয়ানবালা বাগতগী থোরক্লগা ঐখোয় কায়নরে। হোরেন পুং অনীগী অদুবাইদা রেল-ষ্টেশনদা উম্নসি হায়নরগা মাগী মাগী হোটেল পাংনরে।

পোংচৈ খরা লৈরগা ঐসু মতম চানা ষ্টেশন তাম্না চংলে। পুনম মতৈ-মনাওদি হান্নমা প্লেটফোর্মদা লৈরম্লে। ট্রেনদা ঐগীসু য়াওনা মখোয়না সীট কন্দুনা থম্বিরম্লে।

মতম চানা ট্রেন থারে। পুনমগা ঐগা মৈতেরোলদা বারী শান্নরি। মহাক্কী মপুরোইবা নরীন্দরনা লাপ্তক্না মরূপ অমগা বারী শান্নরি। ঐখোয়গী ইমাঙমক্তদা নুপা অমা ঙসাইমখৈ ঐখোয়না ঙাঙনরিবা লোন অদো মুম্না তারম্বদগী তুমিন্না লৈবা ঙম্নকত্রমাম্লে, হংলকই, "হুইচ কানট্রি ডু ইউ বিলোং টু? করি লৈবাক্তগী ওইবিরবনো?"

ঐগী পাউখুম ঙাইবা তৌদনা মহাক্না অদুম মখা তাথরকই, "ইন্দোনেশিয়া, সিঙ্গাপুর, থাইলেণ্ড ........?"

"নো," ঐনা খুমই। "ঐ ফোরেন্নার নত্তে, ঐ ইণ্ডিয়ান্নি ভেরি মাচ এন ইণ্ডিয়ান।"

"ইণ্ডিয়ান!" নুপা অদু ঙকম্রে।

"মানি ইণ্ডিয়ান্নি। মণিপুরীনি, মণিপুরদগীনি।"

"মণিপুর! মণিপুর হায়বদি কদায়দা লৈ?"

পুনমদো শাউনীংলমাম্লে, ঐনা খুমম্রিঙৈদা মহাক্না অদুম খুমম্লে, "মণিপুর খণ্ডদি পঞ্জাবতি খণ্ডবিবরা?"

নুপা অদো ইকায়রমাম্লে তুমিন লৈম্রে।

ঙসাইমখৈ পুনম উরমদবা জাংনি, ঐগী মায়-মিং পোমখংলক্লিবদো, মিং ঙাঙশিন্নক্লিবদো। তোয়না তোয়না হাকথিং খনবা উবদগী হংলকই,

"তামো কৈদৌরে, হকচাং নুংঙাইত্রবরা? ইহৈ-হৈনদবগুম তৌরি হায়না খনবসিদি .....!"

মখুৎনা ঐগী লাইবক পায়দুনা য়েংলগা পাখৎপোই করিবোই তৌদুনা হায়রকই, "ইস্ টেম্পারেচর অসিদি! ঙসাইমখে হায়বিবা কৈদৌগে?"

"কৈসু তৌরোইদা।"

"কৈসু তৌরোই হায়বা! অসুক শাথীনা শারসিদবু!"

ঙরাংদগী মনিল খরা খরা ফাওরক্লবনি। ভক্রা-নাঙ্গলদগী অমৃতসর ফাওবা শাংব্রবা লম্বী বসতা উফুল-খাইফুল মরক্তা নুংশিৎ-নুংশা য়েদুনা লাকপদা মশানা খাঙবা হৈনদবা হকচাং অসি ঙরাং নুমিদাংদগী বারৌবা হৌরবনি। ঙসি অয়ুক অমুক থিৎলি থিৎলি নোংদা পুথোকপিরুরে। মদুগী চপ-চাবী মহৈ অদু হৌজিক ফংবা হৌরক্লে।

পুনমনা মপুরোইববু তংকৌ কৌরি। নরীন্দর পাখৎতুনা চেনশিল্লকই, "করিনো করি তৌরে, হুরান-চীষ্টী য়াওরব্রা?"

"হুরান-চীষ্টী নত্তেয়ে। য়েংঙুনে তামোগী মরাইবকসে পায়দুনা।"

নরীন্দরনা ঐগী লাইবক তাপ পায়রকই, "ইস্ সিদি মৈ হৌরেদনা।" অসুক শাথীনা শারমগনি হায়বসে মহাক খল্লুদবা জাৎনি, পুনমলোমদা ওনশিল্লগা হায়রকই, "মোলোম য়াওরকপদাই?"

"হোয়নে হোয়নে, য়াওরকপগুম তৌবনি।" হায়রগা সুটকেস হাংদোক্তুনা মোলোম অদো কোয়থি থি।

ট্রেন কয়া চেল্লি। থোঙনাউদা উরি পাক্লবা লৌবুক। লৌফম অমত্তা অরেম্বদা হাঙদুনা 'লৈতে। হৱাই-চেংৱাই মনা-মশিংনা লৌবুক অয়াম্বা ইশং শংদুনা লৈরি। মহৈ-মরোং লোকপা লোইখিবতা ঙায়রিবা লৌফমশিং অদু ট্রেক্টরনা অমুক তংখোই খোইগাইরি, - মরা-মরাং অমুক্তা হুনদৌরিবা, মনা-মশিং অমুক্তা থাগদৌরিবা। ঈশিংগী ৱানীংঙাই লৈতে, লৌখোংদগী ঈশিং তত্তনা লাক্নি। ঈশিং-খোং মরাং কায়না লৈৱদগীনি ঙসি পঞ্জাবনা লৌউ-শিংউদা ভারতকী রাজ্য অতৈদগী চাথোক-ফৌথোক হেল্লিবসি, চাওখৎলিবসি।

পুনমগী ৱারী লেপ্তে, মরক মরক্তা ৱাফম অমতুদা হঞ্জিনবসু য়াওরি, "নুংঙাইনেকো মণিপুরসে তামো, ঈংবসু থোইনা ঈংদবা, শাবসু থোইনা শাদবা - এয়ার কণ্ডিসন্নি। অদুগা অসিদদি ঈংলগা তরৎ-তরৎ, শারগনা মৈ হৌবা - ঐদি অহানবদা কয়াম ৱায়। হাউরিনে শিংজুদো! কোলেজ কাবদা খোংনাং মখোঙ ফম্বিদগী ঐখোয় ময়াম চামিন্নবদো, হেক্তা নীংশিংলকই। অসিদদি কদায়দগী।"

মপুরোইবসু ঐখোয়গী ৱারীদা মরক মরক্তা য়াওশিল্লকই, মতাং চাবা চাবা য়েংদুনা। ঐগী হকচাং নুংঙাইতবদো উবদা মহাকসু চাননা নুংঙাইত্রবা জাৎনি, ঙাইহাক কাংদনা লাইবক পায়দুনা য়েংলে। "ইস, মৈ হৌরে তৌরিসিদি," লাইবক পায়বা খুদিংগী হায়।

খুঙ্গং কয়া সহরমচা কয়া লৈহৌরে, ষ্টেশন কয়া লাম্থোরক্লে। নুমিদাং-ৱাইরম ট্রেন অদো অমুক তপথরক্লে। থোং অমা লানগদগী তৌরি। বিয়াস তুরেলগী মথক্তা শাবা অচৌবা থোংনি। বিয়াসকী অর্থদি নীংবা কায়নবা হায়বনি। মতম অমা লৈরম্মী, লাক্ল-ফানবা য়াদবা তুরেল অসিনা তোয়না ঈচাও থোকহন্দুনা লৌমীশিংগী নীংবা কায়হনবা। তুরেল অসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা বিপাশা। অঙাং ওইরিঙৈদা ভূগোলগী পারাদা সিন্ধু তুরেলগী মশা মঙাগী মমিং চীনফা পুখিবদো নীংশিংলকই — ইরাবতী, বিতস্তা, শতদ্রু, চন্দ্রভাগা অমসুং বিপাশা। তুরেল মঙা অসিনা কোনবা লমনি হায়দুনা লমদম অসিগী মমিং পঞ্জাব কৌখিবনি। হিন্দুস্থান অমসুং পাকিস্তান হায়না ভারতবর্ষ অসি অনীথোক্লা খায়দোকখিবদগীদি তুরেল মঙা অসিগী অয়াম্বদি পাকিস্তানগী মনুং চনখ্রে।

ঙসিদি বিপাশা কনাগীসু নীংবা কায়হনদ্রে। লাক্ল-ফানবা য়ারমদবা তুরেল অসি মপুক য়াম্না তপ্রে, মীয়ামগী য়াইফ-নুংঙাইগী থৌরাংদা মতেং পাংলে। ঙসিদি তুরেল অসিদা দাম শাদুনা মাগী ঈচেলদগী বিজুলী শক্তি লৌরি ঈশিং মরাং কায়না চাইবিরি।

বিপাশা হেক লাম্থোকপগা তুরেল অসিগী তোর্বান্দা লৈরিবা সহরমচা অসিদনি পুনমথোয়না লৈরিবসি। মফম অসিদা পুনমগী মপুরোইবা নরীন্দ্রসিং এসিষ্টেন্ট ইঞ্জিনিয়ার ওইরি।

থোং ল্যাম্না ল্যাম্না পুনমনা হায়রকই, "তামো ঐ বা অমা হায়জগে। নচম্নি হায়না লৌবিরগদি........।"

"করিনো?"

"তামোগী ফিভম অসিদা করম হায়না থাদোক্কনি। কুমথরসি ঐখোয়গা ষ্টেশন অসিদা। নোং-নিনি ঐখোয়গীদা পোথাবিরগা .....।"

"করিসু তৌরোইদা। ঐ অদুম .......।"

পুনমগী মপুরোইবনা অকনবীদা হায়রকই, "কদায়দগী? ফিভম অসিদা থাদোকপা সুকঙম ঙম্লোই।"

হোয়গা মাইগা তৌনরিঙৈদা ট্রেন লেপখ্রে। ষ্টেশন য়ৌরে। হায়না হায়না মতৈ-মনাও চঙদুনা ঐগী পোৎসু থাংদবদা য়াওখ্রে। উপায় লৈতদুনা ঐসু কুমথরে।

টেক্সিদা পংয়াম য়াম্না চত্তে পুনমখোয়গী ময়ুমদো। মতৈ-মনাও শিং নাম্না পাঙবা ইমুংনি। মখোয়বু মতেং পাংবা ওইনা কাবক কাবক মরী-মতা থোকপী হনুবী অমা মখোয়গা লৈমিন্নে।

হকচাং অসি চাম্না ঙমদ্রবনিনা নুমিদাং অদো করিমতা চাদ্রে, চা চখোম অমা থক্লগা ফমদা অদুম হাইথরে। মখোয়না হায়বা ইন্দদুনা চৎপু চৎলম্লবদি ঐ নাতৈ অমা চারম্লোই। অহিঙ অদো চাম্না থক থক নিক্লা অরুম হৌরক্লে।

নোংঙাল্লগা টেম্পারেচর য়েংবদা মখোয় অনী কিরবা জাৎনি। থীন্দনা ডাক্তর কৌরুরে। ডাক্তরনা হায়বা মতুংইন্না হিদাক লাংথক ময়াম অমা লৈরুরে, নর্স কৌরুদুনা হিদাক কাপহল্লে। পঙনা নাগন্দবা ঐনি, অদুবু নারবদি শাথীগল্লি। মতৈ-মনাওগী সেবা খুৎতৌ অদুদা ঐ ইকায়বা অমা পোক্লে, য়ুমদা ফাওবা অদুম হায়না সেবা তৌবিদে।

তরানিমুক মতুংদা ঐ খরদি ফরে। পাঙ্গলদি য়াম্না শোল্লি। য়ারবদি, ঐ চৎনীংবনা খ্রো খ্রো খোৎলবনি। মীগী অসিদা কয়া কুইনা ওৎ-নৈখিগনি। অদুবু চৎলগে হায়বসু হেক ঙমদ্রে।

নোংমা হকচাং খরা ফগৎলক্লগা নুমিদাং-বাইরম পুনমনা পুখোকতুনা হবা-চাবা অসুম চৎলম্মী। বিপাশাগী তোর্বান ওইনা লখী অদো থেক্লা-খোয়না লাপ্পা চৎখ্রি। য়াচংলমদাইগী নৌথরক্লিবা মণ্ডাল, ঈচেল তপ্লবী তুরেলগী তনিক-তনিক্লিবা ঈমায়, তোর্বান অনীদা হৌরিবা মনা পুংলবা উপাল-বাপাল, — ময়াম অসিনা লাপ্লবা লমদম অসিদা নারুবদগী হৌগৎলকপতা ঙায়রিবা ঐগী পুক্লিং অসি হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশিহল্লম্মী।

"পুনম," খণ্ডহৌদনা চীন্দগী থোকখি, "নহানমুক্কী মপোক্তা ঐখোয় অনীসে ইচিন-ইপ্পা ওইনা পোকমিন্নরম্বা তাই, অদুনা হন্দক্কী মপোক অসিদা অমুক বিপাশাগী তোর্বান অসিদা মতম খরদং ওইরবসু উম্নররিবসিনি। নৎত্রগদি ভারতকী খম থেংবা অৱাং-নোংপোক চিদাইদগী লাক্লগা অৱাং-নোংচুপকী খম থেংবা লমদম অসিদা ঐখোয় করম্না উম্নররিবনো?"

করিমতা খুম্লক্তে পুনম। ঐনা হায়রিবদো মহাক তাহৌবরা তাহৌদ্রবরা খণ্ডদে, ঙাইহাক করিনো ৱাখল অমদা তাউদুনা লৈরুবগুম তৌই।

"তামো," মহাক্নমুক অচিকপদো থুগাইরকই , "মেম্মদো....... নীংশিংলোই হায়বা ঙমদে, হেক্তা নীংশিংলকই।"

মখা তারকপা ঙমদে, ঐবু য়ারিমখৈ উহন্দনা মপি অদু তৈথোকই।

মন্নি মন্নি অদুদা ঐখোয় অনী ৱা-লাং থোইনা ঙাঙনদনা তপ্লি তপ্লি হল্লক্লম্মী। থোঙ্গাল য়ৌরমদাইদা মহাক্লা হায়রকই, " তামো, হয়েং মণিপুরদা হনম্রগা ....!"

ৱা অদো মখা তারকখিদ্রে। ঐনা হংঙি, "কৈদৌবা, হয়েং মণিপুরদা হনম্রগা ........?"

মখা তারকত্রবসু ঐ খণ্ডই মহাক্লা হায়নীংলিবদো। পুক্লিংদা ইতোমতা খুমজৈ, কাউরোই হয়েং মণিপুরদা হনম্রগা, চিনম্রবা থবক ময়ামগী মরক্তসু কাউরোই — বিপাশাগী তোর্বান্দা ইচম্নুপী অমা লৈহৌরি হায়বসি কৈদৌনুংদা কাউরোই।

নোংম-নিনি মতুংদা ঐনা হেক হায়বা ঙমদদুনা কিনা কিনা হায়, "পুনম, ঐ হৌজিক্তি ফরবনিনা চৎপা তারেদো। নখোয় অনীনা ঐবু লুনা তৌবিবা অসিগী লমন ঐনা করম্না শিংগনি? পুন্সি চুপ্পা নখোয় অনীগী লমন তোল্লবনি।"

"তামো," বারৌরপ তৌনা পুনমনা হায়রকই, "খঙজে, অসিদা অসুম লৈথগদবা নত্তে। অদুবু করিনা লমন শিংগনি, পুন্সি চুপ্পা লমন তোল্লবনি-ককা হায়দুনা ঐখোয়বু ইকায়বা পীবদি তৌবিগনু। মচন অমনা মবুংগী সেবা তৌবদা লমন তোনবা তোন্দবগী বা লৈবরা?"

ঐ করিনুংগী বা অদো হায়রুবনো খল্লকই। ইকায়বনা মায় অসি থম্মম খঙখিদে। ঐগীদমক্তা বাবিবতা নত্তনা লাইয়েংবদা শেনসু য়াম্না চঙশ্লবনি। পৈশামতা ঐবু পুথোকহনখিদে। চৎলমদাই অসিদা চঙখিবা শেন অদু হঞ্জিনগে হায়রুরবদি ঐসে ওস্থোক্লা পুকচেল পিকপা তারনি। করিনো ঐনা মখোয়দা পীরমগদবা। নীংশিংলকই, হোলদ-ওল মনুংদা য়াওরিবা অহনবা শীজিন্নদ্রিবা লশিং-ফি অদো। মসি মঙায়রে ঐনা খুদোল তন্নম্বা য়াবা হায়ববু।

চৎলমদাইদা লশিং-ফি অদু লৌথোক্লে, পুনম কৌশিল্লগা হায়, "ইবেম্মা, নবুংনা ইচনগী করি তন্নমগনি? ইচম-চম্বা লশিং-ফি অসি ....... লৎনবদি তৌগনুকো।"

"করিগীনো তামো?"

"করিগীনো হায়গনু, মসি লৎনরবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইরোই।"

"ফনি তামো, য়াম্না নুংঙাইজরে।"

ফি অদু হাইফেৎ য়েংলগা নরীন্দরনা হায়রকই, "বিউটিফুল, ভেরি বিউটিফুল।"

"খঙবরা," পুনমনা মপুরোইবরোমদা ওনশিল্লি, "মসিগী মমিং লশিং-ফি কৌই, মণিপুরগী স্পেসিয়েলিটিনি, মণিপুরদা শাবা থোইদোকপা ফিনি।"

"লশিং-ফি।" মপুরোইবনা ফি অদু শন্দোক্লগা অমুক্কা থাগৎলকই, "ও হ্বাট এ লভলি নেম! কয়াদা ফজশ্লবা মিংনো!"

মতৈ-মনাওনা ঐবু ষ্টেশন তাম্না থিন্দোকপা লাক্লে। নুমিদাং-বাইরমনি। ট্রেন কুইনা খামগদবা নত্তে। অদুনা কায়নরমদাইগী অরোইবা ওইনা পূকমেন-পাওমেন্নরকই, "তামো, য়ূম য়ৌবগা চিঠি ইরকউকো।"

"নখোয় অনী মণিপুরদা লাকউকো। ঐগীদা লৈগদবনি, অতৈগীদা লৈবা য়ারোইকো।" ঐনা হায়।

ট্রেন থারমদাইগী হুইসেল খোংলক্লে। ঙসাইমখৈ মপূরোইবনা পায়বা উপুমচা অদু পুনম নীংশিংলক্লমান্নে, মপূরোইবদগী লৌরগা ঐঙোন্দা হায়রকই, "তামো, পোৎ মচা অসিমতং সুটকেস মনুংদা হাপচিনবিখো। করিসু থোইদোকপা নত্তে। হৌজিক হাংদোকপা য়ারোই। লুহোংবা নুমিত্তা লাক্কদবা ভাবিজী অদুনা হাংদোক্কদবনি।

"ফনি," পোৎ অদু লৎনবগী পাঙ্গল ঐগী লৈখিদে।

"থেংক ইউ, য়াম্না নুংঙাইরে। অদুদি চৎলগেকো।"

গাড়ীদা কাখৎলে। ট্রেন তপ্না তপ্না থাবা হৌরে। থোঙনাউ মপাদনি ঐগী ফম্ফম। ফমথবতা ঙায়রি, মতৈ-মনাও অমুক চেনশিল্লকই, "লুহোংবা তাক্লক্কবা য়ারোইকো।"

খল্লি, কদায়দগী লুহোংবনো! লুহোংবগী রাখল ঐঙোন্দা য়াম্না লাপশ্রে। অদুবু হায়দোকপদি ঙমদে, মখোয় অনীদা করম্না হায়গনি!

ঙসাইমখৈ উরুদে, পুনমগী মিৎলু অনীদা ঈহৌরক্লিবা লাইজ-ঈরা অদো। পূক্লিং অসি ঐগীসু অমুক ইনৌ নৌথশ্রে। কায়নরমদাই হায়বদো অসিরা!

ট্রেনগী খোঞ্জেল কনখৎলক্লে। মখুৎ হাইর-হাইরদুনা মতৈ-মনাও লৈহৌরে। লাপুক্লা উরকই, ঈমায় চোন্না তনিক তনিক চেল্লিবদো বিপাশাগী ঈচেলনা।

# মিরাং

মখোল অদু হৌমনগ্রদুনা খংপ্রেক খংলুরে, নোংমৈ গুলি ওইরবোই খন্দুনা পাখংলুরে, ইতোমতা নত্তে, ইনাক্তা চংলম্লিবা মী খরা অদুসু। শ্বাই লাউবা মিংকুপ অদো লোইখিবগা জ্ঞান খংত্রা তারকই, — নোংমৈ গুলি নত্তে, একাগাড়ীগী টয়ার পোকখায়বনি, মদুসু অতৈ কনা অমত্তগী নংলমদ্রে, ঐগী মল্লবা শাদোং অদুগীনি। মনীংগী চাকা অদুনা নুংশিং য়াওদ্রবদা শাদোং অদো দম খংহন হত্ত্রে, লোয়ননা ঐগীসু দাউ খংহন হনদ্রে।

কুমথরগা পোকখায়রিবা চাকা অদু মুন্না য়েংই, টয়ার অদুদা খুৎনা নান্দুনা মাদুনা নুংঙাইতবা ফোঙদোকই। ইচানুপা অহন্দুনা কুইরবনি হায়জরিবা, "টয়ার অসি শিন্দোক্তবা য়াররোই।"

টয়ার অফবনা থিবা ফংদবনে, পৈশানগা লৈতবনে য়ারিবমখৈ অসুম খাঙখিবা হায়দুনি খন্দুনা অসুক কুইবসি লাক্লিবনি। অদুবু ঙসিদি নুমিৎ গুরমাল্লে, ইকায়বা নংলু হায়নসু তমগ্রমাল্লে। লম্বীদা চংলিবা অঙাং-নুবীশিংনা মূনা মূনা য়েংশিল্লকই। নুংশা অদুদা ইমায় অসি ইচপমুক ঙাঙনা একাগাড়ী ইল্লু তমখ্রবোই! লাইবক ফৈ, লাপ্লিঙৈদা পোকখায়-বিরক্তবা, নত্রবদি মাইল অহুম-মরি ঈনবা তারমগনি; নুংশা মতাসিদা হিগোক থোক্রমগনি।

লমলোং কৈথেল য়ৌবগা কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংই, একাগাড়ী শেম্মম কদায়দা লৈবা। য়াম্না থিরুদ্রবসু মচীনবাই অদুদা মল্লবা শঙ মচা অমগী মমাঙদা টয়ার অমনবা খরা য়ান্দুনা লৈবা উরে। একাগাড়ী

শেম্মম শোয়দনা ওইরম্বা তাই খন্দুনা চঙশিন্নে। ওইরম্নে, একাগাড়ী শেম্মম ওইরম্নে, অদুবু দুকান অদু হাংবদি কুইদ্রিবা জাৎনি; — খুৎশু-খুৎলাই থোইনা লৈবা উদে, গাড়ীগী মপোৎ-মচৈ অমন-অকায় থোইনা তাদ্রি। নুপা অমা রিম চুমথোক্লবা ফ্রেমদা রিম অমা তপ্না তপ্না লৈদুনা ওয়রোমদা অমুক য়েং, য়েংলোমদা অমুক চেপ মপূক্লিং চঙনা রিম চুমথোক্লবা হোৎনরি। ঐনা একাগাড়ী অদু ইন্দুনা চঙলকপা অদু ফাওবদা য়েংথোরক্তে।

"ইবুঙো, একাগাড়ীসি অমুক্তা য়েংবিয়ুবা।"

নুপা অদো য়াম্না চীং লেম্না য়েংথোরকই। অদুদগী খংপ্রেক খংবদৌনা ফুক হৌগৎলকই, হায়রকই, "হাইমা, ওজা নৎত্রনে!"

পায়রম্লিবা খুৎশু-খুৎলাই অদু শৎ শৎ থাদরম্লগা মপান্দা থোরকই। অদুদগী মথা অমুক তাথরকই, "ঐদি অসিবাইদা লৈবা মরূপ-মপাংশিং ওইরমাম্লে খন্দুনা থৌশাক্লদ্রিবা। . . . . . কদোমদা লেঙবিরুবনো? লেঙশিনবিয়ু ফান অসিদা, লেঙশিনবিয়ু।"

ফান মচা অমা থারিবদু ফদি অমনা শৎ-শৎ নাম্থোকই।

"ঐবু খঙবিরিবরা?"

"করিগী খঙ্লোইদগেনে?" ইচীন্দবুদি হায়, অদুবু মশক অদু অদুনি অদানি হায়বা চপ চানা নীংশিংবা ঙমদ্রে, কদায়দনো উখি-লাকখিগুমদি তৌই।

"ঐ ইবোতোম্নি। ঐবু কাউবিরবনে? ঐ ইবোতোম্নিনে।"

মমিং অদো হায়রকপদগীদি মশক অদো ময়েক শেংলক্লে।

চহী তরেৎ-নিপাল্লোম মমাঙদনি, ঐনা রাজনৈতিক বন্দী ওইনা ইম্ফাল জেলদা লৈবা মতমদা মহাক্কা খঙনখিবনি। জেলদা ঐনা লৈরম্বদি অমুকখক্তনি, মতমসু থা তরুককলোমতনি। অদুবু থা তরুককলোম অদুদা মহাক্কা জেলদা চঙলকখিবদি হঙৎ-হন্দা অহুম-মরিরক্লি, মহাক্তা নত্তে, মহাক্কী মরূপ-মপাংশিং অদুসুনি। কৈথেলদা পোৎ-চৈ লাকপা, ফুরিৎ-খাউ চম্না, একাগাড়ী লাকপা, — মখল-মখাগী উৎপাত কয়ানি মথোয়না তৌবা।

"গাড়ী অসি কৈদৌরবা? করি তৌজৌ হায়গে?"

ঐ ভাব খংতা তারকই। ঙাইহাক মঙত্রংদা তাউদুনা লৈরুরমাগ্নে।

"মনীংগী টয়ার অসি পোকখায়খ্রে। অমুক্তা ফোৎপিয়ু।"

"তৌজগে ওজাবু। ওজাগীসি হান্না তৌজগে।"

একাগাড়ী অদো দুকান মনুংদা ঈনশিল্লগা তুথহল্লে। অদুদগী মনীংগী চাকা অদু কোয়লৈ ক্লোয়লৈ লৈদুনা তাপ তাপ পায়দুনা য়েংলগা হায়রকই, "মল্লেদা টয়ার অসিদি!"

"মল্লবনিনে। টয়ারতা নত্তে গাড়ীসুনিনে, অহনবা অমত্তং শিন্দোক্কে হায়বা ঙমদ্রিবনিনে।"

মনাক্তা তারিবা খুৎলাইশিং অদু পায়দুনা টয়ার অদো শৎ-শৎ লৌথোকই; অদুদগী উমুংলোমদা ওনশিন্দুনা কৌরকই, "হায়, তারিবরা নঙবু! চা অমত্তা লৌরুচো ওজাগী, প্রপ প্রপ। কুইনা ফম্বা য়াবা ওজা নত্তে, থকক চিনখ্রবা জাৎনি। . . . . তারিবরা নঙবু ঐনা হায়রিসে প্রপ প্রপ চৎলো।"

"তৌরুনু তৌরুনু, লৌরুনু।"

"করিনো য়ুগ অমা মতুংদা অমতং অমুক্তং উন্নবা অসিদা চা অমত্তং সেবা তৌজবা য়াদ্রবরা! ওজানা ঐগীদমক অদুক য়ান্না তৌবিখিবা অদু কাউবা য়াবরা?"

মহাক্লা অদু য়ৌনা হায়রবা অদুদদি ঐ তূমিন্না লৈতবা ঙমদ্রে। অদুবু তশেংনা হায়বা তারবদি, ঐনা মহাক্কীদমক করিসু হেন্দোক থোইদোক্লা মতেং পাংবিখিবা লৈতে। ঐনা তৌবিখিবা হায়ববু জেলদা লৈরিঙৈদা মহাক্কী চুরূপ-বেড়ি লৈননবা পৈশা লৈত্রগা মরক মরক্তা ঐনা পীবিখি, রাজনৈতিক বন্দীশিংগী মেসতা য়েনশাং অহাওবা থোংলগা মরক মরক্তা কৌদুনা পীজখি, য়ুমদগী হৈ-রা পীরক্লগা কৌদুনা খরা খরা পীজখি, — মদুগী মহুত্তা মহাক্লা ঐগী ফিরোল শূবিখি, ইস্ত্রি তকপিখি, হকচাং ঙমদদুনা লৈবা মতমদা লাক্কুনা হকচাং নোইব-খোৎপা তৌবিখি। হোয়, জেলদগী থোরক্লগা নোংমা মহাক ঐগীদা লাকখি,

য়াম্না ইকায়না হায়রখি, "ওজা, পান দুকান মচা অমত্তং তৌজগে, মতেং খরা পাংবিদবা য়াদে।"

তোলোব এরিয়ার ফংবা তাঙ্গা থোক্লুনা হরাও-হরাওনা লুপা য়াংথৈখক পীবিখি, লোয়ননা পাউতাক মতেক অমগা, "ওইদবা থবক তৌরনুকো। মী ওইননবা হোৎনরোকো।"

"নত্তবা থবক অমত্তা তৌজররোই ওজাবু।" মমায় অদু লুকথদুনা হরাও হরাও চৎখি।

নোং-নিনি মতুংদা জেলদা লৈমিন্নরুবা মরূপ-মপাংশিংনা য়ারী তৌনরকই, — ইবোতোনদো লাক্রম্মী, পান দুকান ফমগনি হায়দুনা ঐঙোন্দগী লুপা কুম্থা লৌখি, ... ... ... ঐঙোন্দগীনা লুপা কুন ... ... ... ... ঐঙোন্দগীসু কুনমঙা লৌখি ।

অদুবু ফনা কুইরবা ফাওবা ইবোতোনগী পান দুকান অদু মশক উখিদে। তৌবগীদি ঐখোয়সু মদুগীদমক কোয়থি থিবসু তৌরুদে।

থা মঙা-তরুকলোম মতুংদা নোংমা মখা দুকান্দা অসুম চৎলিঙৈদা তুংলোমদগী কনানো অমনা কৌরকই, হন্না য়েংথোকখিবদা ইবোতোন ওইরম্মী, হায়রকই, "ওজাবু ঙাইহাক্তা লেঙশিনবিরকখো, চা-হোটেল মচা অমা তৌজরে, চা অমত্তং ফানবিখো।"

"আয়, ইবোতোন, নঙ হোটেল ফম্লবা! নুংঙাইরেদা।"

মহাক্না য়ামন্দদুনা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা হোটেল অদুদা চঙলুই। গলিরোমদা খরা হাইজিন্নগা পিকথ্রবা কা মচা অমদনি হোটেলনি হায়দুনা তৌরম্লিবদো। মী অম-নিসু চা থক্লম্মী। মমান্নবা অমসু ফম্লম্মী, মহাকসু জেলদা হঙ্গৎ-হন্দা চঙথোক-চঙশিন তৌবশিং অদুগী মনুংদা অমনি।

"নঙদি কৈদৌরম্লিবা অসিদা?" ঐনা হংঙি।

নোকমি নোকমি খুম্নকই, "ওজাবু ঐসু ইবোতোনগা হোটেল ফমিন্নজরি।"

"নুংঙাইরেদা, ওম্থোক্না নুংঙাইরেদা নখোয়না মরম ওক্লম্লিবসে উবদা।"

অদুবু থা অনীরোম মতুংদা ঐনা নোংমা ইবোতোনগী হোটেল অদুবু কমদৌরিগে হায়না য়েংবা চগুলুবদদি হোটেল অদু লৈরমগ্রে। খল্লি, কদায়দনো মফম চাবা অমদা হোংলম্বসু য়াই।

মৌনহা অমা অঙাং অমা পমদুনা ইমুং লোমদগী থোকখি। ইবোতোনগী নুপী অমসুং মচা ওইরম্বা তাই।

"ইবোতোন, নঙবু হোটেল ফম্নম্বদাইনে?"

"ফমজরম্মী ওজাবু। মী ওইননবা ফনা কন্না হোৎনজবনি। অদুবু মী ওইননবগী লম্বী অসিদা অপন-অথিং অসি য়াম্না লৈরমগ্রে। হোটেল অদু থা অনীদগী হেন্না ফম্বা ঙমখিদে। ঐখোয়না ঈংনা তপ্না লৈবা, মী অফবা ওইনা হিংবা হায়বসি পুলিশনা সুকপাম পামদবা জাৎনি। ওহোকপা সংসার অমদা ঐখোয়না লৈরুবনিনা পুলিশনা থৌদোক বাথোক খুদিংগী ঐখোয়বু হেক্তা চেন্নবি। অদুগীসু মথক্তা ঐখোয়না খরা লাকউ ফোয়ক্লরগা পুলিশকীসু শরুক খরা খরা থুংলিবনিদো। অদুনা মখোয়সু মখোয়গী আয় অদু লেপ্তনবা হোৎনবা। ওজাবু, য়াম্না লুগ্রে। ঐখোয়না নত্তবা থবক তৌদ্রে হায়বসু কনামত্তনা থাজবিদে।"

বারী শানা শানা মখুৎ লেপ্লে। টয়ার অদু ফোৎপদি লোইরক্কদৌরে।

ইবোতোনগী নুপীনা চা পুরক্কুনা পীরে, "ওজাবু চা ফানবিয়ু।"

"ইবোতোনগীদি?"

"ওজাবু ঐ চা থকচদরে। চুরূপ-বেড়িসু লোইনা থাদোকচরে। মী অমুক্তা ওইবা ঙম্বরা য়েংজগে। ঐনা মী ওইদ্রবসু অঙাংশিংদি মী ওইহন্দবা য়াদেদো।"

"চুম্মি ইবোতোন। খল্লিবদো য়াম্না চুমগ্নবা বানি।" মহাক্না হোংলল্লিবদো উবদা কয়াদা নুংঙাইরে, চীন্দতা নত্তনা ইপূক্লিংদসু মহাকপু থাগৎলি।

"খাইরম্বন বাজার মনুংদা লৈরবদি মিরাংদগী নাহোকপা ঙন্নরোই খন্দুনা খরা লাপথোক্লগা লল্লোং অসিদা হোৎনজরবনি, ওজাবু।" ইবোতোন্না মখা অমুক তাথরকই।

চাসু থক্লে, গাড়ীসু শেম্বা লোইরে। চৎলগে খন্দুনা ফুরিং খাউদগী পৈশা লৌথোক্কে তৌরিঙৈদা দুকান মমাঙদা জিপ অমা খংখাম খামলে। পুলিশকী জিপনি, পুলিশ মরি-মঙা ফন ফন চোংথরকই। অদুদগী দুকানলোমদা প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই। ঐথোয় অনী তিংঙক-মায়ঙক্লে।

"দুকান অসি সর্চ তৌবা তারে।" পুলিশকী এস-আই অদুনা হায়রকই।

ইবোতোন খুমদে। মহাক্কী পাউখুম ঙাইবা তৌদনা পুলিশশিং অদো দুকান অমসুং ইমুংদা প্রপ প্রপ চঙশিনখি। ঙাইহাক সর্চ তৌরগা করিমতা ফংদ্রমাল্লে, থোরক্লে।

এস-আই অদুনা ঐগী একাগাড়ী অদো মুন্না য়েংলগা পাররিবা লীচে অদুনা তাক তাক থাদুনা হংলকই, "কদায়দগীনো একাগাড়ী অসিদি?"

"ঐগীনি ইবুঙো।" ঐনা খুম্মি। মখোয়গী মতৌ অদু নুংদি নুংশিদ্রে।

মতম অমদা ঐগী ছাত্র ওইরম্বা পুলিশ অমা য়াওরকই, মহাকপু তূমিন্না কৌথোক্লগা হংঙি, "কৈদৌরে ইবুঙো?"

"ওজাবু খ্বাইরম্বন বাজারদগী লাকখিবা একাগাড়ী অমা মফম অসিদা লৈরে হায়বা পাউ ফংদুনা থিবা লাকচবনি।"

এস-আই অদুনা ঙাইহাক বাখল তৌরগা হায়রকই, "হায়, নঙ নৎত্রা ইবোতোন হায়রিসে? চৎসি, থানাদা ঙাইহাক্তা চৎলুসি।"

ইবোতোন করিমতা খুমদে, খুন্নুবগী কান্নবা লৈতে হায়বা খঙমাল্লে।

ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা মুন্না অমুক্তং য়েংলম্লগা পুলিশশিং অদুগী মাঙ থাদুনা গাড়ীদা কাখৎখি।

# লাই অদুগী ৱারী

"হাই, ঙাইখো ঙাইখো," লম্বী ময়ায় অদুদা মহাকপু থৎলি। নুমিৎ খুদিংগীনি হায়বা য়াই, স্কুল কারকপা মতম অসিদা সোরোক-কারোংগী চাউরবা খোংনাং মখোং অসিদা মখোয় ময়াম হেক্তা ফমদুনা লৈরমগনি, — অয়াম্বনা পাখং-মচানি, অদুবু ঐখোয়না খুড়া-মাম-ককা কৌবা অমনিসু য়াওই। খরনা অমুক ঙাইহাক থবক শূরুরগা ময়ুমদা লৈবা হৈনদদুনা মশা-মরেং ফল্লবা অহন ওইরবা খোংনাং পাম্বী অসিগী উরুমদা পোথাররিবনি, অয়াম্বনদি থবক লৈতদুনা লম্বীদা চৎপা মীগী মতৌ খরা য়েং, ৱারেম খরা ঙাঙ, চাক্লেনগী মতম ঙাইবনি।

"হাই, ঙাইখোনে ঙাইখো, মীনা ৱা হংগে তৌরগা," মখুৎ অনী ফন্দোক্তুনা খুড়া অঙাংজাউনা মহাকপু থৎলি। অঙাং লক্লবা হায়বসে খুড়া অঙাংজাউগী হৈনজবীনি। 'অঙাং লক্লবা চোম্না নংবনি' হায়বসে মঙোন্দা ফনা তোয়না অওইবা ওইনা থোকখ্রবনি, অদুবু মহাক্কী হৈনবী অসি তোকপা লৈতে। অঙাং মরক্তা অহন অমত্তং থিবা তারবদি খুড়া অঙাংজাউবু শোয়দনা থেংনগনি।

মহাক্কী মখুৎ অনী অদো ফারগা উরুম অদুদা চিংশিল্লগা খুড়া অঙাংজাউনা হংঙি, "হায়য়ু, নপাগী মমিং করি কৌই?"

অমুক অনীরক হংল-ফাওবদা খুম্লকত্রবদা অকিবা উৎলি, "হায়য়ু। অহম্না ৱা হংলগা খুমত্রবদি লাইনা শাউবনি, খঙব্রা? হোরেন অহিঙ তুম্লিঙৈদা . . . খঙব্রা? হায়য়ুনে, নপাগী মমিংদো করি কৌবা?"

অহিঙ তুম্লিঙৈদা লাইনা লাকতুনা খৌরী মেৎলবা হায়বসি করম্বা অঙাংনা কিরোইদগে, অদুনা খুমদবা য়াদদুনা খুম্লকই, "তা তা তা-পুং . . . .তা তা তা-পুং. . . ।"

ময়াম অদো বা লাউনা নোকই মহাক্কী মতৌ অদুদা। মথা করি হায়খিবা কনাসু তাহৌদে, তাগেসু খল্লুদে। মহাক্না মমিংনে মনানে য়াম্না বানা হায়দোকপা হেক ঙমদনা "তা তা তা-পুং" হায়বা অদুতনি ময়াম্না তানীংলিবদি। ওম্বোক্না শাথীনসু লোমখ্রে মরৈ অদু।

মপা অদু পুং খরা খরা তৌজে। মীখুনদা চন্থুনা য়ৈরুব-কা ফংজবা পোৎ নত্তে। ঐখোয় খুন অসিদা ফাওবা শোরাৎতা নত্রগা লুহোং -খোঙদোংবদা পংচন-চম্নবা পোৎ নত্তে। অদুবু খুনগী অশি-অনা থাংদোকপদা, পোরোক শোনবদা, সন্ধ্যা গৌরী শকপদা, কাং চিংবদা, জয়দেব চোংবদা, মেরাগী লাইরিক তাবগী নাম-সংকীর্তন শকপদা পুং য়ৈবিনবা থিরকপদা মহাক নত্তনা অতে লৈতে। অদুনা ময়াম্না মহাকপু 'তা-পুংয়ৈবা' হায়না কৌনৈ। ময়াম্না কৌবিবা মিংগৌ অসি মহাক্নসু পৈজ্রে। খঞ্জে, পুং য়ৈবা হৈতবা মী অমদা হেক্তা মিংগৌ অসি কৌবা য়াবা নত্তে। মপুক্লিংদা মহাক্না হৈজরিবা বিদ্যা অদুগীদমক চাউথোকচৈ। ময়াম্না 'তা-পুংয়ৈবা' হায়না কৌনবা অসিমক মচানুপানা মপাগী মমিং ওইরমাল্লে হায়না খঞ্জে, ঐখোয় অঙাং ময়ামসু মদুমক ওইরবোই খল্লি।

খুড়া অঙাংজাউনা মথংগী পান্না অমুক লৌথরকই, "অদুগা নমিংদি?"

"কি-কি-কি . . .কিত্ত ত-ত্ত . . তন্দ . . . .।"

ময়াম অদো অমুক্তা বা লাউই, ফর-ফর বাছে।

খোংনাং-মখোং অদুদা থবী-কোমলা য়োম্লিবা বাঁশকান্দিগী ময়াং কোইজোম্বা অদু ফাওবা মৈতৈরোল খঙবোই খঙদবোই মত্তিন ওরো ওরো তানা নোকচৈ? কুম্মৈ অদু মঙোন্দা খম থেংনা নুংঙাইজবা হায়বদো থোক্কুরমাল্লে নৎত্রগা অঙাং অদুগী মতৌ অদুদা নুংশিরুরমাল্লে ফুক হৌগৎলকতুনা কোমলা অমা কৃষ্ণচন্দ্রদা পীরে, "সাবাস বেটা, লোউ লোউ, খাউ . . . . লৌ লৌ, চাও।"

কৃষ্ণচন্দ্র হায়বা মহাক্কী মমিং অসি মহাক্না অমুক্তা শেংনা হায়বা ঙমজদে। স্কুলদা পারা ফাদবা খুদিংগী ওজানা মহাক্কী মমিং অসিগী অর্থ হন্দোক্তুনা ফাগি তৌবি, "কৃষ্ণচন্দ্র হায়বদি খঙব্রা? কৃষ্ণ হায়বদি অমুবা [illegible] থাজে। কৃষ্ণচন্দ্র হায়বদি অমবা থাজে।"

অদুদগী শৈরেংগী মওংদা মথা শমথরকই, - "অদুবু নত্তে অদুঙৈগী ব্রজগী অমুবা থাজদো, নত্তে অতিয়াদা থোকপা থাজসু, তা-পুংয়ৈবগী আশাগী অতিয়াদা থোকপা থাজনি — কিন্তু কিন্ত-তন্দ।"

ওজানা হেজিন্না হায়ববুদি নত্তে। নুপী তয়েংকী মরক্তা মতোমতনি নুপা, মদুসু মতম কুইনা খৌরাংনা ঙাইরবা মতুংদা খ্বাইগী ইতোন-তোনবা ওইনা। অদুনা মপাতগীতা নত্তে, মমাতগীতা নত্তে, মচেম তয়েংকীসুনি মহাক্না ওইরিবা থাজসে।

থাজ ওইবসে কান্নদি কান্নবা জাৎনি। মখোয়গী ইমুং অসি করিসু থোইদোক-হেন্দোকপা ইমুং অমা নত্তে, খুন অসিগী লৈত লাইরবা ইমুং খরা মশীং থাবদা মখোয়গী অসি য়াওরিনি। অদুবু কৃষ্ণচন্দ্রগী ফুরিংখাউদা নোংমতা পৈশা বাত্তে, পৈশা অঙাংবী অমত্তা ওইরসু য়াওই। লাইরজরবসু মমা-মপানা, করিগুম্বদা মচেমশিংনা পুদুনা হন্দুনা ওইরবসু মহাক্কী পৈশা বাৎহনদে। য়াম্ববুদি য়াম্বা নত্তে, অদুবু নোংমতা স্কুলদা পৈশা পুদুনা লাকপা ঙমজদবা ঐখোয়গী ইফমদদি মদু য়াম্না কল্লক-মিহৌনীংঙাইনি। য়ুমদগী পুরকপা পৈশা অদুনা করিসু থোইদোকপবুদি মহাক্না তৌদে। অয়াম্বা মতমদা আলিপুরগী কুলিমচাশিংদগী পুংদোন, লেচু, মোক্তোব, লুকলুকিনচিংবা লৈদুনা চাগনি, ঐখোয়দসু পীজগনি। উঁহে-বাহৈশিং অসে মখোয়গী ময়ুমদসু পানবা য়াওরিবনি, অদুবু লৈদুনা চাবগী নুংঙাইবা অমা নত্রগা মহাও অমা তোঙান্না মঙোন্দা ফাওমান্নে।

কুলিমচাশিংগী মরক্তা রামসুন্দরগা মহাক্কা খরা হেন্না তিন্নৈ। লুনা তিন্নরবসু মখোয় অনী ক্লাসতি য়াম্না খেন্নৈ। রামসুন্দরনা পাঠশালা লোইদৌরে, অদুগা কৃষ্ণচন্দ্রনা হৌজিক্তা 'দ্বিতীয় ভাগ' হায়বদি অনীশুবা তম্লি। ক্লাশ খেন্নবদগী চহী খেন্নবনা অমুক হেল্লি। ঐখোয় মৈতৈমচা অয়াম্বদি পিক্না পিক্না লাইরিক তমই, অদুগা কুলিমচাশিংদি চাউনা চাউনা তমই; অদুনা পাঠশালা লোইরমদাই য়ৌরকপদা রামসুন্দর হাইফেৎ পাথংমচা হায়বদো ফারে। অদুবু মখোয় অনী য়াম্না লুনা তিন্নৈ। কৃষ্ণচন্দ্রনা উঁহে-বাহে লৈবসু মঙোন্দগী অয়াম্বা মতমদা লৈ।

রামসুন্দরগী থোইদোক-হেন্দোকপা মগুণ খরা লৈরম্মী। মগুণশিং অদুগী মনুংদা মখুৎ-মশা য়াম্না হৈ-শিংবসি অমনি, মহাক্না শাবা লৈবাক্কী

লাই চান্নবা লাইতা লাই মাল্লি। কৃষ্ণচন্দ্রনা মঙোন্দা মহাদেব অমতং শাবিরকউ হায়দুনা শীংঙি। মদুগীদমক পৈশা অম-মম অনী-নী তৌদুনা পীশিনখিবসি অনা-নী শুপ্রবনি। অহন-লময়া হায়নবন্দগী তাবা ওইরমাল্লে, মহাক্লা হায়, মহাদেব লাংলবদি চীংনুং মানুংদা শা-কৈনা শোক্তে, তিনমু লাইমু ফাওবা চঙবা ঙমদে। নুমিৎ খুদিংগীনি মহাক্লা রামসুন্দরদা লাই অদু থৌরিবা। রামসুন্দরগীসু পাউখুম বাত্তে, "ঙাইখো নোংম-নীনীতংগা, লাই অফবা শাবা হায়বসি হেক-হাক লোইশিনবা য়াবা নত্তে। মমিৎ-মনা মখুৎ-মশা খজিক্তং শোয়খিবদা মদুগী চৈথেং নঙোন্দসু পানবা য়াই, ঐঙোন্দসু পানবা য়াই।"

রামসুন্দরদগী মহাক্লা পোৎ অমগসু য়াম্না তোয়না লৌই, — বাহোং মতু। বাহোং মতুশিং অদো মহাক্লা লাইরিক্কী চেনা হাইদোক-হাইদোক্লগা অম-মম থেৎচল্লি। লাইরিক মনুংদা বাহোং মতু থেৎলবদি লাইরিক হৈ হায়বা লুরবা বাফম অসি কদায়দগী মহাক্লা তারক্লিবনো খঙদে। ঐবুসু মহাক্লা লাইরিক হৈহন্নীংবা ওইরমাল্লে, মরক মরক্তা ঐঙোন্দসু বাহোং মতু অম-নী খাইরকই।

লাইরিক অসি মহাক চান্নবা হৈনীংবা জাৎনি , মমা-মপানসু হায়নীংঙাই লৈতনা হৈহন্নীংবনি। অদুনা মহাক্কী লাইরিক খুদিংমক্তা সরস্বতী বন্দনা ইদুনা য়াওরি, চীনফাসু পুই, ঐখোয় খরদসু তম্বি। অদুবু মহাক্লা থীবা বন্দনা অদুগী মরোল অদু ইমাইবেমা সরস্বতীনা লৌবা ঙম্নমগনি হায়বসে ঐ থাজদে, হৌরকপগী "সরস্বতী মহাভাগে বিদ্যা কমলো . . ." অদু ফাওবতংদি খরা খরা ময়েক শেংলম্বরা, অদুদগীদি অদুম . . . . . করিনো খঙদ্রে।

সরস্বতী ইমাইবেমবু নুমিৎ খুদিংগী খুরুমজরিবা, লাইরিক্কী লামায় খুদিংদা বাহোং মতু থেৎচরিবা মহাক অসি, ঐখোয়না মহাক্কীদমক নুংঙাইবিদে, নোংমতা পারা ফারক্তে হায়বা য়াই। স্কুল কাবসি মহাক্লা ঐঙোন্দগী চহী অমা হান্না কাখিবর্নি, অদুবু ঐনা স্কুল অসি লোইদৌরবা ফাওবদা মহাক্তি 'দ্বিতীয় ভাগ' তা অদুম লৈহৌরি'। মহাক্লা ক্লাশ অমদা কুইনা লৈশিন্নকপগা লোয়ননা ওজাগী চৈফুসু হেজিন্নকখি। অদুবু মহাক অপঙবদি নত্তে, ওজাগী চৈফু হেজিন্নকপগা লোয়ননা মহাক্লা

মহাক্কী ফুরিৎকী মরোলসু হেঙ্গৎহল্লম্মী। কালেনগী শারবা নুংশোদা হুমাংনা জ্ জ্ শিন্থরবা মতমদসু ফুরিৎ মরোল মরি-মঙাদি অদুম লিৎলক্কনি।

পারা ফারসু ফাদ্রবসু, ওজানা ফুরসু ফুদ্রবসু, মহাক্না থাজে; নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মহাক লাইরিক শোয়দনা হৈগনি। সরস্বতীতনা নত্তে মহাকপু কৃপা তৌবিগদৌরিবসে, ইমুংদা লৈরিবা সনামহী-লৈমরেনদগী হৌদুনা শূমাং মতোন্দা লৈরিবা বৃন্দাদেবী ফাওবা য়াওনা মহাকপু থৌজাললবিগদৌরিবনি। মখোয়বু পেলহন্নবা মন্ত্র কয়ানি মহাক্না ফারিবা, যন্ত্র কয়ানি মহাক্না শিরিবা।

মহাক্কী মন্ত্র ময়ামদুগী মনুংদা অমদি ঐঙোন্দা নত্তনা অতৈ কনামতদা তাকথোক্লমদে, মীঙোন্দা তাকথোক্লবদি ময়াই চমখিগনি হায়দুনা। ঐতবু মহাক্না নুংশিবগী তাকপিবনি। নাদ-য়েক্তনবা লাই-তিন চঙদনবা মন্ত্রনি, - "ওং ক্লিং হ্রিং ফ্লিং . . . ।" মখা তাবদো হৌজিক্তি নীংশিংবা থোক্কে।

মহাক্কী মন্ত্রগী চাংয়েং অমা নোংমা ঐঙোন্দা তৌখি। স্কুলগী থোঙ্গান্দা তেরা-ককচেং অঙাংবী পরেং অমা চৎলম্বা জাৎনি। উহৌদদুনা ঐনা নেৎলুরমাম্লে, য়েৎ থংবা খোঙমিংকী অসিবাইদা চিকখিববু, ঐ ফর-ফর ওল্লি। ঐগী ইতৌদুদা মহাক প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই, "ঙাইখো ঙাইখো ঐ শোনবিগে।"

নোংথকলোমদা য়েংখৎলগা মন্ত্র অদো শোল্লকই, "ও সোরারেন, নঙগী হূই কারুবনা মংলেমগী মখোঙদা চিকখ্রে, হিদাক অমতং থাদবিরকউবা।" অদুদগী মতিন থুই শিত্তোক্লগা হায়রকই, "থাদরক্লে।" মতিন অদো ককচেং চিকফম অদুদা তৈশিনবিরগা হংলকই, "ফরবরা, খরা ফররিনি।"

ঐ খুমদে। খুমদবা অদুদা মহাক্না মহাক্কী সোরারেন অদো অমুক্তা কৌরগা মতিন অমুক্তসু তৈশিল্লকই, অদুগা হংলকই, "হন্দক্তি ফররিনিদা?'

ঐসু হন্দক্তি ফবা ফত্তবা ঙক শুই, "উম।"

শজীবুগী অদুবাইদনি। কুম অদো নোং ওন্তা লাক্সুনা লৌবুক-খোংবান ঈশিং ফজনা তুংলে। স্কুল মনাক্তা খরা কুত্তক তৌবা লৌফম অমা লৈ, ঈশিং ফাত্তোকপিদ্রবদি নোংজুপম্বাদা পাৎতৌনা ঈশিং তুংঙি। নুমিৎ অদো কদোমদগীনো নোং অমুক্কা গুরুং গুরুং লাক্সুনা ফজনা হৈথররে। ওজাসু কৈদৌরবনো খঙদে, লাক্তে। ওজা অনী গুবসু নত্তে। অঙাং ময়ামগী হরাওবী হায়বদো লোইরে। মাগী মাগী খাতাদগী শেৎপা য়াবা চে শেৎলে হায়রগা এরোপ্লেন শাদুনা পাইরম্বদগী স্কুলগী অকোয়বদা তুরেল শাদুনা চেল্লিবা ঈচেল অদো উরুরে। অদুদগী হি শাদুনা তাউথবী শান্নবা হৌরক্লে। নোং মরক অদুদা হি তান্নবদা ফনা ফজনা চোৎনবসু য়াওরে। হি তান্নবদা কদায়দগীনো পাৎ শারবা লৌবুক অদো অমুক উরুরে। কৃষ্ণচন্দ্রনা হৌরকই, "হাই, ঈরোইবী শান্নরুসি।"

কনাগুম্বা অমনা হৌদোকপা ঙাইদুনা লৈরম্বা জাৎ ওইরম্রে। মহৈ মহৈ মকি-মরোল লৌথোক্লগা লৌবুক তান্না ফৃদনম্রে। কৃষ্ণচন্দ্রসু মহাক্কী ফুরিৎ মরোল ময়াম অদো লৌথোক্লম্নগা চেম্বরক্লে।

কয়াম কুইনা ঈশিংদুদা ঈরোইবী শান্নরম্বনো খঙদে, খুড়া অঙাংজাউনা লাউরক্লমদ্রবদি অদুম শান্নখিগনি। ওজা লাক্তে হায়বা খঙদুনা নোং খরা খরা পাথরকপগী অদুবাইদা অঙাংশিং লক্লরুগে হায়দুনা পে অমা তুপ্পগা লাকপা জাৎনি খুড়া অঙাংজাউদো। ঐখোয় ময়াম্না তৌরম্লিবদো উবদা খুড়া অঙাংজাউদো পাখৎপ্রজাৎনি, লাউরকই, "হাই অঙাংশা তারিবরা? ওজা ঐখোয়দা লৈহৌরি, ছুটি থাদোক্লুচো হায়দুনা ঐবু থারক্লিবনি। চৎলো চৎলো নয়ুম নয়ুমদা . . . ছুটি থারে।"

ছুটি থারে হায়বা তাবদগীদি মিৎকুপ অমত্তা তপথরমদ্রে, লোইনা কাখৎলক্লে। হাইফেৎ কুইনা ঈশিংদুদা শান্নরুবা জাৎনি, ঈংবনা থক থক নিক্লবসু য়াওরে। নিক্ল-নিক্ল কৃষ্ণচন্দ্রনা রামসুন্দরদা হায়রকই, "হয়েংদি ঐগী লাইদো শোয়দবা পুরকউকো।"

"হয়েংদি শোয়দনা পুরক্কে, লোইরবনি। গুসি কাউদুনা পুরকত্রিবনি।" রামসুন্দরনা খুম্নকই।

ঐখোয়গী ইপুবোক অদো মাইবা শাই। ঐনা তূমথরকপগী অদুবাইদা ইপুবোক হল্লকই, হিদাকফ্ চিংনা-চিংনা ইবোকতা বারী তৌরি, "পুং-য়ৈবগী মচা অসি য়াম্না কন্না নাইদা। লাইওকপনি, স্কুলগী চামু-পাম্বী অচৌবা অমা হৌরিসে মসিগী মখোঙদা ওক্লবা জাৎনি।"

নোংঙাল্লগা স্কুল চৎলমদাইদা ইবোক্লা উখোকতেন মনাক্তা ফল্লগা মহাক্কী হিদাকফ্ অদু চিংনে-চিংনা ইমাদা হায়রকই, " পুংয়ৈবগী মচাসে কন্না নাইদা। ঙসাই মাইবী শেন হল্লুমাল্লে, লাইগী শাহম ফংবনি হায়য়ে। চিংঙাখম মপাগী খোংনাং পাম্বী অচৌবসিদা লৈবা লাই-কোকফাবীসিনি হায়। নকুবোক্লা য়েলহিং থাদোক্তুনা হোৎনহৌরি।"

স্কুলদা য়ৌবগা রামসুন্দরনা চে-না ফজনা য়োম্বা পোৎ অদো ঐঙোন্দা পীশিল্লকই, "সে কৃষ্ণচন্দ্রগী মহাদেব অদুনি। চে-না ফজনা য়োমশিল্লবনি, হাংদোকলুনু। খরা চেকশিন্না পুবিখো। মঙোন্দা হোরেন পীবিখো।"

লাই অদো শাবা লোইরকপা অদুদা ঐ হরাওবনা হায়ফম খঙদে। খল্লকই, ফরনি, কৃষ্ণচন্দ্র নাবা ফরনি। কৃষ্ণচন্দ্রবু নাহল্লিবা লাই ফত্তবদো মহাদেবনা ত্রিশূল পায়দুনা মরাইনা তাম্বোকচখ্রনি। ঐ স্কুল ছুটি থাবা ঙাইঙমদে।

ছুটি থারগা য়ুমদা হনবদা চিংঙাখম মপা হেক য়ৌরকপদা লাই-কোকফাবীদো খৎনীং নীংশিংলকই। কিনা কিনা খোংনাং পাম্বী অদো য়েংনা য়েংনা চৎপদা নুংদুম অমদা থেংজিন্দুনা ঐ তুশিল্লে। য়াম্না চেকশিন্না চে-না য়োমশিন্দুনা পুরক্লিবা লাই অদু খুত্তগী নাম্বোকতুনা তাখ্রে।

য়ুম য়ৌরগা চে লৌথোকতুনা য়েংবদা ঐনা চিংনরম্বা অদুমক থোক্লে। লাই অদো মখোঙ-মখুৎ লোইনা তেক্লম্মে। থবায় অসি নুংঙাইতবনা লোইরে, মখোঙ-মখুৎ তেক্লবা লাই অসি মঙোন্দা করম হায়না পীরুনি? হয়েং রামসুন্দরদা অমুক পীথিবা হায়দুনি, অমুক শেমজিল্লকনবা। অহিঙ অদো বাখল নুংঙাইত-নুংঙাইতা তুম্বদা মঙসু অকি অকিবা ঙাক্ত মঙলম্মী।

অয়ুক ইমানা হৌদোরকপা মতমদা ফনা ফজনা থেঙলম্মে; ময়াম বা বা লাউনরম্মি, "পূংয়ৈবগী মচাদো লৈত্রে হায়য়ে?" থম্মোয়নুংদা করিনো থুক লাউবা অমা ফাওরকখি, অদুম হায়না ঐঙোন্দা অমুক্তা থোকখিদ্রি।

নুমিৎ মাঙোল ময়াই য়ৌরকপগী অদুবাইদা মংকুম্বা য়াওরুবদগী ইবোক হল্লকই, উখোকতেন ময়াদা হিদাকফূ চিংনা-চিংনা ইমাদা তম্লকই, "নুংঙাইতবনা পূংয়ৈবগী মচাদো। নোংঙাল্লমদাই অদুদা মমা কৌরম্মী হায়য়ে, অদুগা হায়রম্মী হায়য়ে, - 'ইমা ইমা ঐ স্কুল চৎলগে, মংলেমখোয় ময়াম অমা থোঙ্গানদা ঙাইদুনা লৈরে। ঐ চৎলগে।' অদুদগীদি অদুম কৌবা তাখিদ্রমাল্লে।"

ইমুংদা ঐগী টেবল মনাক অদুদা ঐ লেপতুনা লৈরম্মি, খঙহৌদনা মিৎলু অনী পিরাংনা থুন্মাংলকখি। মাঙদা টেবল মথক্তা মখোঙ-মখুৎ তেক্লবা লাই অদো লোংখাক লোংনা তাদুনা লৈরি। থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতবা অদুগী মথক্তা ব্বারৌবা অমসু পোক্লকই, - লাই অদো তাপ পায়খৎলি, "নঙবু অদুক য়াম্না নীংজবা, অদুক য়াম্না থাজবা অঙাং অমগী পুন্সি ফাওবা কনবা ঙমদবা নঙবু করি কান্নরুনি!" অদুদগী ইকম্ফি অমগা লোয়ননা থোঙনাউরোমদা লংথোকখি, ফম্না শান্না চৎখিমাল্লে, য়েন্নখাগী লুখাক-লাকোমদা তূপ লাউনা তাবগী মখোল অদো য়াম্না পিক্লা য়ৌরকখি।

# চেজ্ৰেৎ অমগীদমক্তা

ফনা কুইনা তৃম্নুরমান্নে মহাক। মঙ-ওই হা-ওই মিংকপ থোক্লকই। খংনীং নীংশিংলকই এপোইন্টমেন্ট লেটর অদো। ফুরিৎ খাউদা য়াওরিবা জাৎলা? মখুৎনা মাদুনা য়েংগে তৌরি। অদুবু মখুৎ অদো লেঙবা ঙমদে। করিগীনো খঙদে, করি তৌরবা জাৎনো? মনাক্তা মমা ফম্রি, ফি অমোনবা অমা পায়দুনা মহাকপু তপ্না তপ্না নানবিবগুমসু তৌরি। মহাকপু করি তৌরবা জাৎনো, মশা ঙমদ্রবরা?

এপোইন্টমেন্ট লেটর অদো অমুক নীংশিংলকই। মমাদা হংগে তৌরি, অদুবু করিগীনো খঙদে হংবা ঙমদে। এপোইন্টমেন্ট লেটর অদুবু মাঙখ্রবা জাৎলা? মাঙবা য়াবা পোৎ নত্তে। মমল য়ামখ্রবা পোৎনি। চেজ্ৰেৎ ওইজরবসু মমল য়ামখ্রবা চেজ্ৰেৎনি। চেজ্ৰেৎ অদুগীদমক্তনি মহাক্না অসুক কুইনা কোয়চেন চেন্দুনা কোয়নোম নোমদুনা হোৎনরক্লিবসে, কয়াতা বাখ্রবা, কয়াতা কুইনা চঙখ্রবা!

নীংশিংলকই, মেট্রিক পাশ তৌবা চহী অদুদা কয়াতা নুংঙাইখিবা। মমানা হায়খি, মেট্রিক পাশ তৌরবনিনা থবক মচা অমদি ফংজরনি, ইমুংগী অবাবা খরদি কোক্লগনি। মঙ মঙখি, থবক অমদি য়াম্না থুনা ফংলগনি, চাউরসু পিক্লসু তোলোব অমদি চারগনি। অদুবু মঙ মঙনা চহী খরা অদুম হৌজিনখি, থবক ফংবদি লৈখিদে। মরক অসিদা প্রি-ইউনিভর্সিটি পরীক্ষা থাদোকখি, পাশসু তৌরকখি। বি-এ ফাওবতংদি তমথনীংলম্বনি অদুবু উপায় লৈখিদে।

মনাওনুপা মোহেন্না মেট্রিক ফাষ্ট ডিভিজনদা পাশ তৌরকপদা ময়াম হরাওনখি। লৈকায় অহন-লমনশিংনা কল্লক্লবগা লোয়ননা থাগৎনখি,

থরো-অশংবীগী মচাশিংসে লাইরিক ওম্ভোক্লা ফম্রে। অসিগুম্বা ইচাশিং অমত্তা য়াওজরবদি আঃ এম-এ লো ফাওবা তমহনগনি। অদুবু মহাক্তি মখা অমুক তমথবা গুমদনা তোকপা তাখি। লাইরিক, হেন্না ফবা মনাওনুপা অদু সাইন্স তম্নাম্লগা ডাক্তর নত্রগা ইঞ্জিনিয়ার তম্নাম্নীংখি। হৌজিক মতমগীদি ময়াম্না তান্নবা শিনফম্নি তোলোবসু চাউবা অহেনবা শেনসু ফংবা। মনাওনুপানা ডাক্তর নত্রগা ইঞ্জিনিয়ার ওইবা হায়বসি মহাক্কী মতেং ওইগদৌরিবনি, ইমুংগী লোইনমক্কী অফবনি।

মনাওনুপা মোহেনতগী বা নত্তে, মচন্নুপী রাধেসু মেট্রিক থাগদৌরে। মহাক্কীসু শেন খরদি অদুম চঙগনি। মখোয় অনীগী মখাদা মচন অমগা মনাওনুপা অমগসু লৈরি। মখোয় ময়ামগী খরচ মমা মতোমতনা পুবা ওইথোক্তে, কৈথেলদা য়েনশাং-নাপী য়োনবী অমনা পোৎলুম কয়া য়াম্ননো পুগদৌরিবা। মপানা লৈরিঙৈদদি থোইনা বারমদে।

মপাবু হেক নীংশিংলুবদা মপুক্লিং অদো ইনৌ নৌথরকই, খঙহৌদনা মিৎলুদা ঈহৌরকই। শুব-নোম্বা য়াম্না কনবনি মপাদো। চহী তরেৎ-নিপাল্লোম শুরে আসাম বেপার চৎখিবদগী হল্লকখিদবা। কনানা হায়, আসামগী রাইয়োৎতা মথোং-মরম খঙদনা হাৎন-শুনবা অদুদা য়াওখ্রে, কনামনা হায় লুট তৌবা কাঙবু অমনা চীংনুং-মানুংদা হাত্তোকপিরম্লে, অশেংবা পাউদি ঙসি ফাওবা খঙদ্রি।

অদুনা প্রি-ইউনিভর্সিটি পাশ তৌবদগীদি থবক অমা, চাউরবসু পিক্লবসু, তৌননবা হায়দুনা লাইরিক তমথবা তৌদনা কম্না হোৎনবা তাখি। অখঙবশিংনা তাকপিব্নদগী এমপ্লোইমেণ্ট এক্সচেঞ্জদা মিং চনশিল্লুই। থবক থিবগী শেন ভিংবদি অদুবাইদগী হৌরে। পৈশা খরা পীদ্রবদি এক্সচেঞ্জদা মিং চনবিয়ু হায়বা য়াদে, ঙসি থবক চিল্লি, হয়েং লাকউ, হংচিৎ লাকউ তৌরক্কনি। ওফিস অমদা থবক হাঙলে মী খরা লৌগদৌরি হায়বা তাদুনা এক্সচেঞ্জদা মিং থাগৎপিয়ু হায়রুবদা দাক্কিনা খরা য়াওদ্রবদি থৌওইনা তাবিদে।

ইন্টরভিউ মশীং লাকণ্ডমদনা য়াওখি, ওফিস পিওনদগী হৌরদুনা পুলিশ কোনষ্টেবল, লোবর ডিভিজন ক্লার্ক ফাওবগী ফম কয়ামুক্কীদমক। ফনা ফজনা ইন্টরভিউ তৌরম্বসু য়াওখি, মতাং কয়াদা এপোইন্টমেন্ট লেটর শোয়দনা ফংগনি হায়না য়াম্না চেৎনা থাজবসু য়াওখি। অদুবু অমত্তা মহে য়ানখিদে।

মতাং অমদদি মরাইবক চুমতা চুম্নদবোই খল্লুই। থবক লৌগদৌরিবা মরু ওইবা ওফিসার অদো মহাক্কা য়াম্না লুনা তিম্নবা মমাম্নবা অমগী মপানি। মহাকপু লুনা তৌবিবনি। শোয়দনা হাপ্পিনবা তৌগে হায়দুনা মঙোন্দা আশা চাউনা পীবিরকখি। অদুবু, মহাক্কী মরাইবক ফত্তবননি হায়গদ্রা মতাং অদুসু শোয়খি। ইন্টরভিউগী ফোল হায়দোক্লমদাইদা মমাম্নবগী মপা অদু ট্রান্সফার চৎখি।

হৌজিক্কী মতম অসি শেন পীদ্রবদি থবক ফংবগী আশা লৈতে হায়দুনা ময়াম্না কম্না হায়নবনিনা মমাগা তাম্নদুনা লৌ লৌরাক অমা লৈবদো লাইশ্রমদা বন্ধান থমদুনা লুপা লিশিং তরাথক থবক হাপকদৌরিবা ওফিসকী মকোক অদুগী নুপীদা পীরুই। মেম-সাহেব অদুনা আশা পীরকখি, "শেনগী বা ঙাক্তসু থোইনা নত্তে, ইবুঙোহোয়গুম্বা অফবা অঙাংবু থবক হাপ্তনা কনাদা হাপকনি"! অদুবু লাইবক্লবু শূম চারবদা কনাদা তাইনরুনি। ইন্টরভিউ হেক লোইবগী অহিঙ অদুদা মঙলাক্লদুনা ওফিসার অদু লৈখিদে। মাগী নুপীনা পীখিবা শেন অদু মচিৎ মচিৎ তৌদুনা তংখাই অমা ফাওবদি হন্দোরকখিবরা!

অমগসু নীংশিংলকই। রোড মোহোরার খরা হাপ্নগী মতাংদনি। অনীতানা নুংঙাইবা পাউ অদো পুরকখি, "থবক হাপ্নগী বোর্ডতা য়াওগদবা এক্সিকিউটিভ ইঞ্জিনিয়ার অদো ঐগা য়াম্না লুনা তিম্নবী মেম্মখোয়গা য়ুমলোম্নে হায়। মহাক হায়বিগে হায়য়ে, শেন-থুমসু য়াম্না চঙলোই।" অনীতা, কৈশামপাৎকী অনীতাদো মহাক্কা য়াম্না থাজরুই। মহাক্কা পুরকপা পাউ অদো তাবদা ঙমখে লৈতনা হরাওখি, অনীতাগী মখুৎ অনীদো চেজেৎনা পায়শিল্লগা হায়খি, "নঙোন্দা করি হায়না তৌবিমল ফোঙদোক্লনি? পুক্নি চুম্না. . . . . . ।"

"অদুম হায়রন-কা হায়গনু।" অনীতানা শাউনা হায়রকখি।

নুমিৎ খরনিমুক লৈরগা অনীতানা অমুক্তসু হেন্না নুংঙাইবা পাউ পুদুনা লাকখি "শোয়দ্রে, ওসি মেম্মগা ঐগা চত্তুনা উন্নরুরে, শোয়দনা তৌরক্তনি হায়য়ে।"

"অনীতা, ঐখোয় অনীনা নীংলিবসে থুংবদি থুংগদৌরমান্নেকো।" অনীতগী মখুৎ অনী অদু চেজেৎনা পায়শিল্লগা হায়খি।

মতম হৌখি। অনীতানা উন্নবা খুদিংগী আশাগী মঙাল পীরখি। মরক্তা অনীতাগা উন্নবা মতম খরা লেপখি। মেম্মদা হংবদা মহাকসু উন্নদে হায়না তন্নকখি। অদুদগী নোংমদি মেম্মনা পাউ অদো পুরকখি, "অনীতা অদো ঐখোয়গী য়ুমলোন্নবা ইঞ্জিনিয়ার অদুদা চেনখ্রে, তামোসু পাউ তারম্মনি।"

চৈনাখোল অদো খাঙবদা ফনা কুইনা চঙখি।

সরকারগী ওফিসতা থবক ফংবগী আশা মমি শান্নক্রবদা মহাক প্রাইভেট প্রেস অমদা কম্পোজিটরগী থবক তম্বা ওইনা চঙখি। থা অহুম-মরিদি পৈশা অমত্তা ফংলমদে। অদুবু খরা মতুংদদি থাগী ওইনা খরা খরা পীবা হৌরকখি। অদুবু সরকারগী প্রেসতা পীরিবা অদুগদি য়াম্না খেন্নে। অদুনা সরকারগী প্রেসতা থবক ফংননবা হোৎনখি। মরূপ অমগী মতেং লৌদুনা এম-এল-এ অমগী মফমদা চঙজরুই। এম-এল-এ হায়বসিদি হৌজিক্কী মতমদা প্রজাগী মীহুৎনিনা তৌগে হায়বতা তৌবা ঙম্মি, মরূপ অদুনা মতমগী চৎনবীদো তাকপিখি। লৌ লৌরাক অমগমুক লাইশ্রমদা বক্তান থমদুনা এম-এল-এ অদুদা লুপা লিশিং তরা পীরুই মরুপ অদুগী খুত্থাংদা। প্রজাগী মীহুৎ, মতম অসিগীদি তৌনীংবতা তৌবা ঙম্বা, অদুনা আশা পীরকখি, "শোয়দনা তৌগনি।"

অদুবু তৌরনি তৌরনি হায়রিঙৈদা নংহৌদনা এসেমব্লি থুগাইখি, মন্ত্রী-মণ্ডল কায়খি, রাষ্ট্রপতিগী শাসন লাকখি। চোংথোক-চোংশিন তৌবা এম-এল-এ-শিং অদুবু য়াম্না শাউনীংখি, অহিঙ চুপ্পা মমিৎ কপ্পা অমা ফাওবা উইশিনবা ঙমদনা মখোয়বু শাপ তৌখি, - নখোয়সে মপোক অসিমগী অমুক হন্না কারক্তবা ওইয়ুকো।

শেন অদো হন্দোরকখিদে ফম তারবা এম-এল-এ অদুনা। থৌবা চৎলুবদা হায়রকখি, "ইলেক্সন অমুক তৌগদৌরে, হন্দমুক কাররুগা শোয়দনা তৌবিগনি। ওন্নগা হান্নগী অদুগী মথক্তা খরা হাপচিন্নকউ ইলেক্সনগী খরচ ওইননবা।"

থা খরা মতুংদা খবরদা রেডিওদা শন্দোরকখি, — সরকারগী প্রেসতা কম্পোজিটর, মেশিনমেন, বাইণ্ডরনচিংবা অথুবগী ওইনা মী খরা লৌগনি। থবকশিং অসি হৈবা মীওইশিংনা মরী লৈনবা ওফিসতা লাক্লগা মকোক থোংবা ওফিসারগা উন্নবিয়ু।

পাউ অদো তাবদা মহাক নুংঙাইখি হায়বদি য়াদে, য়াম্না খঞ্জানখি। মরমদি ইচম-চম্না ফমশিং অসি হাপ্পনবা কৌরকপা নত্তে। সরকারগী প্রেসতা থবক তৌরিবা শিল্পী চামরিরোম্না ষ্ট্রাইক তৌরক্লিবসে থা অনীরোম ফারক্লে। সরকারগা শিল্পীশিংগা করিগুম্বা য়ান্নবা অমা পুরকপা গুমদবদগী সরকারনা মখোয়বু লৌথোক্লগা অনৌবা মী হাপ্পনবা থৌরাং অসি পায়খৎলকপনি। অদুবু সরকারগী প্রেসতা তোলোব লুপা চামরিরোমনি, অদুগা মহাক্না প্রাইভেট প্রেসতা ফংলিবনা লুপা চাম-য়াংখৈরোমতনি। অদুগী মথক্তা খুদোং চাবা হায়বসে হেক-হেক লাকপা নত্তে, কনাগীসু মথুন চুপ্পুবগী দরকার লৈতে, শেনসু তিংনীংঙাই লৈতে।

নোংঙানবগা চৎলুই মরী লৈনবা ওফিসকী মকোক থোংবা ওফিসার অদু উন্নবা। মহাক্কুন্না মী কুনথ্রা-নীফুরোমসু থোঙজিন্দা ঙাইদুনা লৈরম্মী। অম-মমতা ওইনা কৌশিন্দুনা ওফিসার অদুনা মখোয়বু উন্নখি, অদুগা অরাকপশিং অদুগী অয়াম্বদা খুদক্তা এপোইণ্টমেণ্ট লেটর পীরকখি।

চেজেং অদো য়াম্না নুংশিনা চেকশিম্না লৌরকখি, মসিনিকো এপোইণ্টমেণ্ট লেটর হায়বদো। হয়েংদগী থবক কারো হায়রিসিবু ওইবমক্কীরা, চুম্নবা জাৎলা! ময়ুমদা হল্লক্লগা চেজেং অদো হম্না হম্না পাখি। মসিগীদমক্তনিকো অসুক কুইবসি মহাক্লা শেন থুম কয়ামা তিংদুনা খা-রাই খঙদমখৈ কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনরক্লিবসে।

মমানা কৈথেলদগী হল্লকপগা পাউ অদো তমখি, চেজেং অদো উৎখি, "অসিনি ইমা এপোইণ্টমেণ্ট লেটর হায়বদো। হয়েংদগী থবক

কাবা তারে।" পাউ অদু তাবদা মচিন-মনাও পুন্নমকসু হৱাওখি। য়ুমলোমবশিংদসু নুংঙাইবা পাউ অদো তমখি, মখোয়সু হায়নীংঙাই লৈতনা হৱাওবা ফোঙদোরকখি।

নোং ঙাল্লগা পুং তরা তাপ্রিঙৈদা চেজেং অদো ফূরিং খাউদা চেকশিন্না হাপ্লগা য়ৌরকখি গোভর্নমেন্ট প্রেসকী গেট মমাঙদা। স্ট্রাইক তৌরিবা শিন্মী ময়াম গেট অদুদা পৈদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা খুৎলাই পায়বা পুলিস গাড়ী মপোৎ কয়ানো থুংলখি। শিন্মীশিংদো মখোয়না তকথোকখি। অদুদগী কৌরকখি, "অনৌবা থবক তৌগদবশিং চঙবিরক্লো।" নীংজিং মাঙজিংননা মখোয় য়াংখৈ-হুমফুমুক অদো গেটলোমদা চঙশিল্লি, মহাকসু লাইচন্না চেনবদৌনা য়াওখি। অদুদগী খঙহৌদে, কদোমদগীনো লেনজাউ তাবদৌনা হৈথরকখি নুংদুম-চেকতুম ময়াম অমা। থীন্দনা নোংমৈ কাপ্পগীরা টিয়ার গ্যাস কাপ্পগীরা মখোল তাখি। খঙহৌদনা থং লাউনা মকোক্তা করিনো লূপ্পবা পোৎ অমনা পাল্লখি।

খংপ্রেক খংদুনা জ্ঞান তাবোই তাদবোই খংকৌ কৌরকই, "ইমা।"

"কৈদৌরে ইমাগী ইবুঙো?" মমানা মচাবু কোনশিনবি।

# অতিয়াদা মংলিবা নোংসে

অয়ুক ঙস্তা মমায়-মমিৎ ইপোম পোল্লা থাইবেমা য়ৌরকই। ঙরাং নুমিদাং বাইরমসু লাক্লম্মি হায়না মনেন্না তম্মি। নুংঙাইতবা বারী অদু মঙোন্দগী তারে। ঐসু খল্লম্লিবনি, ছুটিগী নুমিৎনিলা ঙসিসু শোয়দনা লাকপা য়াই।

মায়থোং অদু য়েংবা ঙমদে, মহাক্সু য়ারিমখৈ লোৎশিন্নবা হোৎনৈ। নহানমখৈদি য়াম্না কেনা কার নত্রগা জিপতা লাকপনি, মচা অমা নত্রগা অমদি লোয়নরকপনি অদুগা হৈ-রা অমত্তা ওইরবসু পুরকপনি। ঙসিদি জিপ-কার অমত্তা তোংলক্তে, রিক্সাদা লাকই, মচাসু য়াওরক্তে, হৈ-রাসু অমত্তা পুরক্তে।

ঐ ভাব তাই লাইনা অসে কয়ামুক শাথীরবগে হায়বদো । থাইবেমা বা অমত্তা ঙাঙদে, ড্রোইং-রুমদা তুমিন্না ফমদুনা লৈ। ঐনা হৌদোকপনা ফরে খন্দুনা মঙোন্দা ওনশিল্লগা হংঙি, "কমদৌসি হায়বা?"

"কমদৌসিগে-কা নত্তে, মামো। হেক্তা কেস তৌরগা লোইরে। মৈতৈনুপা তুরোম্বীংবশিংসে মখোয়গী নুপী নুপীশিংনা তুমিন তুমিন খাঙদুনা লৈথোকপদগী উশিত্তবা হেঞ্জিল্লক্লে, নুপীসে মীনি হায়না খল্লকত্রে। মখোয়সে অমুক্তা খঙহন্দবা য়াদ্রে। হাকমনখ্রে, হেনমনখ্রে, থবায় অসি প্রোক প্রোক চাকপা জাৎনিকো। মচানুপীগী লেংগানি, চহী তরাতরুক্তা ঙায়রিবা। মপোক-থোক ময়া-লাং চহী য়াংখৈ শুগদৌরবা মহাক্লা কয়াতা তৌবা ঙমগ্রবনো। মসিদি মাঙবগী মাঙবা কেস হেক্তা তৌশিল্লগা লোইরে। নুপীসু নুপাসু জেলদা নুংঙাইনা লৈজরুনি।" মৈগী চীং পোকথায়রকপদা থোরকপা লাভাদৌনা থাইবেমগী থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈচাক্কী শারবা লাভা অদো ফ্রি ফ্রি কামথোরকই।

মহাক্কী অদুগুম্বা ভৈরবী মূর্ত্তি অদু ঐ অমুক্তা উখিদ্রি। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈচাক অদুগী মৈশা ঐঙোন্দা খরতং ওইরবসু ফাওরক্তবদি নত্তে। ফরসু ফংত্রসু তাইবংমীগী থম্মোয় অমগা থম্মোয় অমগা ফাওনবা অমদি লৈরিবনি। অদুবু মদু উখোকপা তৌদনা ঐনা হায়, "কেস তৌবদি লায়, ইবেমা। নুপীসু নুপাসু জেলদা নমশিনবা য়াই। অদুদা মদু হেক তৌরুবদা নখোয়গী সাহেব অদো থবক তৎপা তাই, মহাক্না থবক তৎলগদি নচা ময়াম অদুগা নঙনা কমদৌনা লৈগদৌরিবা?"

"চরা হেন্নবসু ফরে। " ভাব তাই থাইবেমগী তীং শোকপী হায়বদো য়ৌরে হায়বা, "অসুম হায়না প্রোক প্রোক চাক্লা হিংগদগী শরুকপুদি চরা হেনবনা য়াম্না হেন্না ফৈ। মপুরোইবা লৈতবী লুখ্রাবী কয়াসু মচা-মশূ য়োক্তুনা সংসার অসিদা হিংলি।"

কয়াতা খেন্নখ্রবা বাঙাংনো, চহী তরামঙারোম মমাংগী বাঙাং অদুগা ঙসিগী বাঙাং অসিগা।

মতম অদুদা থাইবেমগী নুপা অসে সেক্সন ওফিসার ওইরি। ওফিসকী সপ্লাইগী মতাংদনি হায়বরা করিনো হাবী জাবী খরদা চেন্নদুনা সসপেণ্ড তৌবা য়াবগী ফিভম অমা য়ৌরকখি। মতাং অদুদনি হায়কম নোম্মক খঙদদুনা ঐঙোন্দা চেন্নকখিবা, কপ্পনে লাউবনে হায়রখি, "মামো, মামো নৎত্রবদি উপায় লৈত্রে। মামোনা অমুক্তা মতেং পাংবিয়ু, অমুক্তা শোয়দনবা হোৎনবিয়ু। নৎত্রবদি অঙাংশিংসিগা করিনো ঐনা তৌগদবা, চরা হেনবদা মতাই।"

ঐনা লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংগী শিংলি-নুংলি মরী-মরাং কোয়খি খিদুনা মেৎপদা চুম্নুবনি খঙদে, মাগী মরাল অদুনা পংচাউ চাউরমদবনি খঙদে, মতাং অদু থাইবেমগী মপুরোইবা নাম্বোকহৌরি। মদুগী মতুংদা মহাক্না হৈজ-শিংজদুনা তৌবনি খঙদে, চেকশিনজদুনা তৌবনি খঙদে থৌদোক বাথোক থোইনা তাখিদে, ফমসু মথং মথং হাইগৎলকখি। হৌজিক সাহেব ওইরে।

অদুগা হোয়, ময়ক ময়ক্তবুদি তাখি, মনেনা তম্মদুনা তাবনি, নুপী কোয়বগী নুপী থিরকপগী ম্বা কয়া। নুপী অঙাংগী ম্বারীনি হায়দুনা ঐ থোইনা তারুদে, পুক্লিং চঙলুদে।

মনেনা চা পুথোরকই, "সে ইবেম্মা চা থকউ।"

"চা-ককা থকনীংদেদা ইনে।" মৈগী চীংনুংদগী অশাবা লাভা থোরকপা লেপত্রি, "অসুক কুইবসি খাঙগে হায়না খাঙলকপনি, য়াম্রে, হন্দক্তি য়াম্রে। নুপীসু নুপাসু জেলদা হেক্তা নমশিন্নগা লোইরে।"

"ইবেম্মা, তপথখো," ঐনা মোং ইহা-হাদনা হায়, "তহা তহা তৌরুবা য়াদে। য়ারগা থেমদুনা খাইদোক্লুবা তৌসি। নংত্রেবদি মাইনোর ওইরিবী নুপী চেক্লুবগীবু ওইরবসু ফারুবগীবু ওইরবসু আইনগী মতেং লৌরবদি মরাল য়াম্না চাউরি, জেল চঙবতা নত্তনা নখোয়গী সাহেব অদো থবক পুংতেং তংকদৌরিবনি। অদুনা য়াম্না ফিংগংপা তৌদনা জ্ঞান তানা থবক চথবা তাই। নোংথক্তা তিন শিংলবদি ইশাগী লাইবক্তা তাবা শোয়দবনি। মদু নঙসু খঙদবা নত্তে। মদু খঙলগদি নোংথক্তা তিন শিত্তবনা ফংত্রা?"

"খঙজরে মামো," মৈগী চীংনুং অদুদগী হেন্না শাবা লাভা অমুক হেন্না কনবা শাফুগা লোয়ননা কামথোরকই, "মামোগীসে, মামোদা হায়ররনু সিনিনে। অদুবু মণিপুর অসে উকিল লৈতবা নত্তে। মামোতা নত্তে উকিল ওইরিবসে। ময়াদা মৈ হৌর-হৌরবা উকিল ময়াম অমা লৈরিপোংনি। খঙজে নুপীমচা অদো মামোখোয়গসু মরী-মতা থোক্লে হায়বা, অদুগা ঐ অসে মামোখোয়গা করিমত্তা থোক্লুদে হায়বসু খঙ্জে।"

"ইবেমা, থাইবেমা . . . .।" খোন অদু থরা খক্তক তৌখিবরা খঙহৌদ্রে।

থাইবেমগা ঐখোয়গা মরী-মতাগী হায়রুরদি করিসু থোক্লুদে হায়বা য়াই, অদুবু মদুদগী হেন্না থোক্লুবা অমা লৈ। মপাগা ঐগা হৌমিন-কামিন্নরকপনি, য়াম্নসু লুনা তিম্নরকই, চাবা থকপা কোয়বা খোংপা ঐখোয় অনী সুকথা থানরক্তে। চহী অমত্তদা ঐখোয় অনী লো পাশ তৌমিন্নে, লুহোংবসু চহী অমত্তদা। অদুগা মতাং চারুবা হায়গত্রা

মথংগী চহীদা ঐখোয় অনীমক নুপীমচা অম-মম অহানবা ওইনা ফংজখি। অদু য়ৌর-ফাওবদা ঐখোয় অনী লাপথোক্লখিদে। অদুবু নোংমদি ইখং-খঙহৌদনা থাদোক্লবা তাখি। ইচানুপী অনীনা লৈশাবী পুংকক ফারকপগী অদুবাইদনি। নোংমা গাড়ী এক্সিডেন্টতা মহাক লৈখিদে। মহাক লৈতবগী অৱাংপা অদো থাইবেমগী মফমদা ঐনা মেনবা তাখি, মেন্নবা হোৎনখি। লাইরিক-লাইশু তম্বদগী হৌদুনা থাজ-য়োঙবা ফাওবা ঐনা তৌবা ঙম্বমখে তৌখি। তশেংনা হায়রবদা ঐখোয়গী বীনাগা মহাক্কা করিমত্তা খেন্নদনা হোৎনরকই। মহাকসু ঐবু মপাতা মপাদৌনা খল্লকই। থৌদোক-বাথোক খুদিংদা মহাক্কা হান্না হেক্তা য়ৌরকই। চৈরাওবা খুদিংগী ঐগী ফিরোই-ফিঙাম হোংলবা কাউদে।

ঙসি থাইবেমনা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইত্রিবা অসি ঐঙোন্দসু ফাওদবা নত্তে। মপা অমা ওইনা, মপাগী মরূপ অমা ওইনা ঐ তুমিন্না লৈফম থোক্তে, করিনো অমদি তৌফম থোকই। অদুবু খনবদা ফনদি লুই, করিনো ঐনা তৌগদৌরিসে। লিনসু শিবা চৈশুসু তেক্তবা হায়বদু অরায়বা লম্বী নত্তে।

"ঐ চৎচরগে মামো," থাইবেমগী মৈশা অদু হুম্বদে। "ঐ খঙজরে, মামোনা করিমতা তৌবিবা ঙম্নোইদৌরে হায়বা। হেক পোকপা নচা বীনাগী মকাদা থোক্লম্নবদি অসুম হায়না লৈবিখিগদ্রা, অসুম হায়না মামোবু থৌ-বা শাদনা তপথনা ফম্বা য়াখিগদ্রা? ফরে, ঐগীদি কনাসু লৈজদে, ঐ চৎচরগে।"

"থাইবেমা, থা-ইবেমা . . . .।" ফনা কম্না খান্নবা হোৎনৈ অদুবু য়াখিদ্রে। মমিৎ অনীদো নোইর-নোইরদুনা ফূক হৌগত্তুনা থোকপ্রে। মনেনা কোম্থোং ফাওবা থোক্তুনা তান্নরুই, অদুবু কান্নখিদে।

টেবল মচা অদুগী মথক্তা সুকশোক শোকত্রিবা চা অদু পুংপং পংথবদৌনা লৈরি। কালেনগী ওমচাক্লবদো হেঙ্গৎলকই। নোংমদোল অতিয়াদা মংদুনা লৈরক্লিবা নোংসে ফনা কুইরক্লবনি। করি নুমিৎ নোংসে হৈথরক্তুনা অতিয়া অসি শেংগদবা খঙদে।

খাইবেমগী মকাদা খুরৌ চেন্নরিবী নুপীমচা অদুগী মমা অদু বীনা-মমাগী মন্দোমচাশিং থোকই হায়। তৌবতক্কু কদোম কদোমদগী কোংশিন্নকতুনা মন্দোমচা থোক্লিবনো হায়বদুদি বীনা-মমা ফাওবা ফজনা খঙদে। অমুক অনীরক ঐখোয়গীদা লাকখ্রে, মচানুপাগী থবক মচা অমত্তং হোৎনবিয়ু হায়দুনা। বীনা-মমাগা তান্নদুনা নুমিদাং-বাইরম অদো মহাকপু কৌহল্লুরে।

মমা অদো হরাও-হরাও মায়থোং মকারাম্না লাকই, হৈ-রা অথুম-অহাও ময়োম অম-নীগা লোয়ননা। বারী অতৈদা ফাইদোক-ফাইজিন তৌদনা বীনা-মমানা হৌদোকই, "ইন্দোমচা, অঙাং অদো খাইদোক্লবা তৌসি, মশূং-মমান্নবসু নত্তে।"

"ইহে, ঐদি নুপামচা অদুগী থবক মচা অমত্তং থিবিয়ু হায়রম্বদো য়াগদৌরমান্নে হায়দুনা হরাও হরাও লাক্লগা। অদুগী বা ওইরে।" মমা অদো হাইফেৎ ঙকপা মাল্লি।

"মানি ইন্দোমচা, নুপা অদো চহী য়াংখৈ শুদৌরবনি।"

"কৈদৌরি হায়গেনে ইবেমা, নুপানা চহী য়াম্নগা? মচা অনী-হুমতং পোকশগা নুপী হায়বসিদি অহন অদুম ওইখিদৌরিবনি, নুপাগা নুপীগা চহী খেন্নবা খঙলোইদৌরিবনি।" বাঙাং অদুদা ঐ ভাব তারে, থৌদোক অদুদা মমা-ওইবীগী খুজিল-থৌরাং ফজনা য়াওরি হায়বা।

বীনা-মমানা মখা তাথরকই, "চহী খেন্নরবসু মতৃ-মচা লৈত্রবদি করিনো হায়সি হায়ববু।"

"মতু-মচা লৈরগা কৈদৌরি হায়গেনে? নুপী লোনবসিবু ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চৎনরক্তবা জাৎলা? আঃ থাইনদগী লাই হাক্তক্তগী চৎনরক্লিবনি। ঐদি ইচানবু নুংঙাইনা লৈরুগদবা ওইরদি গোপী হম্ফু-মরিগী খোমদোন ওইরুরবসু য়াই। ঐখোয়গী চাওখৎখিদ্রবা লৈবাক অসিগী বাদি তোকপু তোক্লদুনা নোংচুপলোমগী চাওখৎলে হায়রিবা লৈবাকশিংদা চহী মর্ক্ক-ককা শুরবা মশক-মমিং নাইরবা নুপানা চহী কুনমঙা-কুহ্ৎতকা ঙায়রিবী লৈশাবী লৌরে-ককা হায়দুনা কোটোনে ফরিনে ফোঙলক্লিবসিদি।" বীনা-মমাগী মন্দোমচা অসি খরা ফজনা ফাওরি হায়না ময়াম্না ঙাঙনবদো ঙসিদি তশেংনা খঙলে।

ঐ বা ঙাঙদে, ঙাঙনীংদবদি নত্তে। মখোয় অনীনা ঙাঙনরিবদো তাবস্থু ফনা মনুংঙাইরি। বীনা-মমানা মখা তাথরকই, "ইন্দোমচা, নঙনা ইঞ্জিনিয়ার সাহেব অদো নয়ানুপা ওইনা ফনা ওইনীংলবসু ওইবা ফংলোইরে। নচানুপীদো চহী তরা-তরুক্তা ঙায়রিয়ে। হৌজিক কেস তৌশিল্লবদি নুপাসু মুপীসু জেল চঙগদৌরিবনি। নুপীনা চহী তরানিপাল শুদ্রবদি আইনগী মতুং ইন্না ময়ুম পানবা য়াদে হায়বসে ইন্দোমচা খঙবিদমাক্লে।"

"ঐনা ইচা পোকচরগা ইবেমখোয়না কুঠি করম হায়না পায়খিরম্রিবা। তৌহল্লুচো তৌহল্লুচো কেস অদো, লৈবাক অসিদা উকিল লৈরিবসে নখোয়গী নুপা অসিতা ওইরে? ইচানুপী চহী তরা-মাপল কুন শুরবী অসিবু চহী তরাতরুক্তা ঙায়রি হায়না করম হায়না প্রমান তৌবগে য়েং নবা তারেদনা!"

মন্দোমচানা খোন কনখৎলকপা অদুদা বীনা-মমাদো খরা তপথরকই, "অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মীগী মকাদা খুরৌ থাংলুবা হায়বসে ফত্তে, ইন্দোমচা।"

"কনাগী মকাদা কনানা খুরৌ থাংলিবনো? খুরৌ থাংলিবদি নখোয়নি। ইচানুপীনা ময়ুম পান্নীংবা মফমদা পানবদা নখোয়গী করি নথৌ লৈবগে? কনাগীসু মথৌ লৈতে। ঐনা য়াদুনা পীরিবনি, ইচানুপী অতোনবীদো নুংঙাইনা লৈজরন্নবা হায়দুনা ঐনা য়াদুনা পীরিবা। ইচানুপা থবক ফংদবশিংদো মশেন-নুপা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবতগী ঠিকা লৌর-লৌরগা মী ওইহন্নবা ঐনা শীল্লিবনি। করিনো মসিদা নখোয়না কল্লকপিরিবসিবু?"

"ইন্দোমচা . . . .।" বীনা-মমানা করিনো অমা হায়গে তৌই।

"ফরে ইবেমা, চৎচরে। খঙজরে, খরা নুংঙাইরবদি মীসে মী ওইনা উদবা জাৎনি, মরী-মতা-ককা খঙবিপোৎ নত্তে।" হায়রগা ফুক হৌগত্তুনা থোকপ্রে। ঐসু খামদ্রে, বীনা-মমাসু।

ঐখোয় অনী ক্লোরোফোর্ম থারবা মীদৌনা ফনা কুইনা বা ঙাঙনদে, কা অদুদা ফনা কুইনা পঙথদুনা লৈ।

কালেনগী ওমচাক্লবদো হেঙ্গৎলকই। নোংমদোঙ্গ অতিয়াদা মৎদুনা লৈরিবা নোং অসি ফনদি কুইরক্লে। করম্বা নুমিত্তা নোংসে চুথোকখিদুনা অতিয়া অসি শেংগদবা খঙদে!

# শিব-চওবগী লংদাইদা

পাখংমচা অদো অমুকসু অ্যান খরা তাওম লাকম তৌরকই, অমুকসু পওথখি। কদায়দনো মহাক্না লৈরিবসে মহাক খওদে। অমুকসু হোসপিতাল ওইরমাগ্রে খাগ্নি, অমুকসু ময়ুম মাগ্নি।

মনাক্তা মী খরা তপ্পা তপ্পা বারী শান্নবওম তৌরি, ডাক্তরনা করি হায়রম্মী?

মখাদি মহাক তাদে, মকোক অদু গাড়ীগী চাকা উওবদৌনা উরু-রু লৈরকই। মমিংতা উরকই, গাড়ীগী চাকানা উরু-রু উওদুনা মাওলোমদা থৌজিনবদো মগ্নি মগ্নি অদুদা, — লৈচিম্না মগ্নি-মগ্নিহনবরা, নুমিদাং বাইরম ওইদুনা মগ্নি-মগ্নিবরা মহাক ভাব তাদে। গাড়ী অদো কম্না থৌজিল্লি। মাওদা থোং মানবা অমা উবওম তৌই, জর জর নকশিনখিবা খওহৌদে। খওহৌদনা চীংওম্বা অমা মাওদা ফুজিল্লকই। অনী অদো দং থেংজিম্নে, নোং খাকপগী মখোল অমদা মহাক খংপ্রেক খংণ্ডি।

মনাক্তা মী খরা অদুনা ওাওনবওম তৌই, লেওপ্রে, ওত্থোক্রসু লেওপ্রে।.......চৈনাখোন খাওবা ওমদ্রমাগ্নে।

অদুবু মহাক্তি মকোক অসি খজিক্তং ফাওবা লেওব-লাকপা ওমদবওম তৌই। মশাপুম্বসু অদু মওাই, করিমতা লেওব-লাকপা ওমদে, লুম্নবা নুংজাউ ময়াম অমনা মখুৎ-মশা পুম্নমক ননশিন্দুনা থম্বওম তৌই। মখুৎ-মশা পুম্নমক পুংপং পওশিনম্রে, হকচাং-কায়াৎ য়াওরিবরা য়াওদ্রবরা খওদ্রে। দং লাউবা মখোল অদুগী মতুংদা করি তৌখিবা মহাক করিমতা ভাব তাদে।

মনাক্তা বারী শান্নরিবশিং অদুনা ওাওনবদো হাইফেৎ-লাকফেৎ ওইনা তায়, মী কয়ানি হান্নবগে শিরিবদুব্রু, শোক্লিবনা কয়ানি হায়গে?

কনা কনানো মহাক্কা তোংমিন্নরকপশিংদুবু! নীংশিংনবা হোৎনৈ, অদুবু নীংশিংবদি ওমদে। মখোয় অদুনা কমদৌরিবা?

ময়ান্না ওাওনরিবদো মতৎ মতৎ তায়, থোং অদুবু শঙ্গাবা কুইত্রিবদাইনে? .... কুইত্রিবনিনে। .... হৌজিক্কালগী ইঞ্জিনিয়ার ঠিকাদারশিংসে খওদ্রেদা! মকোক-থোংবা ইঞ্জিনিয়ার অদুনিনে জেল পীগদবদি, করিগী য়েংশিলহৌদ্রিবনো। ঠিকাদার অদুসু লেম্না থারোইদবনি, শেন্দোংতা খল্লদুনা।

মহাক্কী গাড়ী মপ্ অদুসু ঠিকাদারনি। ঠিকাদারনা শেন্দোং করম্না তানবগে হায়বদো মহাকসু খওই। করম হায়না য়োৎ-অমসুং সিমেণ্ট লেমহন্নবা তৌবগে হায়বদু মহাকসু খওই। ঠিকাদারগা ইঞ্জিনিয়ারগা লৈনবা মরী অদুসু হাইফেৎ খওই।

মনাক্তা বান্নী শান্নরিবশিং অদুগী মরক্তগী কনানো অমনা হায়রকপগুম তৌই, খওদেনে হৌজিক্কালগী ড্রাইভরশিং অসিসু অওকপনি, হিদাক থকত্রবদি গাড়ী থৌবা য়াদবদৌনা।

হিদাক! খজিক্তং-ককা চিংলবদি হকচাং অসি খংতেক তেকখৎ-লক্কনিদা! খল্লুরগা মতোমতা নোক্লিংলকই। হোয়, মহাক হিদাক থকই ড্রাইভর অয়াম্বনা থকপগুন্না। অদুবু নুমিৎ অদো মহাক হিদাক থকখিদবরা হায়না খল্লি। তশেংবদি হায়বা ওমদ্রে, থক্লম্বসু য়াইদা নুমিৎ খুদিংগী মত্তৌগুন্না।

অদুগা মহাক্কা থেংজিন্নখিবা টাটারা করিনো অদুগী ড্রাইভর অদুদি। মহাক্কা থকচিল্লগা থৌদুনা থেংজিল্লকপসু ওইরম্বা য়াই। কনানা শোয়রিবনো খওদে। কনানা চুম্মিবা কনানা লাল্লিবা! অচুম অরানগী বাদুনা কৈদৌদোরিবা হৌজিক, মতোমতা খঞ্জে, মতোমতা নোক্লীংলকই। শিবা থোক্লবদি অচুম-অরান অদুনা কৈদৌদোরিবা? অশিবা মীদা অচুম-অরানগী করি অর্থ লৈরিবা?

কনানো অমনা মনাক অদুদা হায়রগুম তৌই, কয়াম থীনা শোক্রবা জাৎনো মহাক্কী অসিবু!

মমিৎ পাণ্ডথোক্তুনা য়েংনীংলকই, কয়াম থীনা শোক্রবা জাৎনো মহাক্কী অসিবু! পাণ্ডথোক্কে তৌই, অদুবু পাণ্ডথোকপা য়াদে, পাণ্ডথোকপা ঙমদে। মখুৎনো মমায়-মমিৎ নান্দুনা য়েংনীংই, অদুবু মখুৎ হাইগৎপা ঙমদে। মতোমতা কপ্নীংলকই, মতোমতা জ্ঞান তারক্তে। মখোঙ অদু হাইগৎপা ঙম্বরা য়েংনীংলকই, অদুবু হাইগৎপা ঙমদে। তৌরিবসিবু মায়-মিৎ খুৎ-শা খোঙ-খুৎ অমত্তা য়াওদ্রবা জাৎলা। মায়-মিৎ খোঙ-খুৎ য়াওদ্রবা ঐবু হিংলিবরা, মতোমতা হংজরকই মপুক্লিংদা। হিংলগনা মায়-মিৎ খোঙ-খুৎ য়াওদনা হিংবা হায়বদো ওইরবা? মদুগী খুৎহিং অদুনা করি কাম্নরিবা? খল্লু খল্লুরগা মতোমতা কপনীংলকই, অদুবু কপ্পদি ঙমদে।

মনাক্তা ঙাঙনরিবদো মতৎ মতৎ তায়, মমা-মপাদদি পাউ পীবিগ্রবরা?

ময়ুমদা পাউ পাবিখিদ্রিবা জাৎলা, মতোমদা খঞ্জে। পাউ পীগ্রগনা করিবু কাম্নদৌরিবা। পাউ ফংলগা করিবু তৌদোরিবা! মপাদো লৈরগদি হোয়, মপাদো লাক্কদবা। অদুবু মপাদদি কনানসু পাউ অসি য়ৌহনবা ঙম্নরোই। কুইরে মপাদি কনানসু উদবা কনানসু খঙদবা লমদম অদুদা চৎখিবা, মহাক য়াম্না অঙাং ওইরি মতম অদুদা। মমা লুখ্রাবী অদুতা ঙায়রবনি মহাক্কী হায়ববু। পাউ পীবিখিদবনা ফৈ। কাছাড়গী য়াম্না মনুং হুজিন্না লৈবা খুঙ্গং মচা অদুদা মমানা ঙাইরমগদবদি মহাক্কী অশি-অনাগী পাউ অসি নত্তে, মহাক্কী অমত্তা পোকচবা অয়ুক্কী কোরৌ নুমিদাংগী থাজ ওইজরিবা মচানুপা অসিতবুনি।

লাক্রিবা য়াউশঙ অসিদা লাক্কনি হায়দুনা মমাদা চিঠি ইখিবনি। য়াউশঙসু কুইদ্রে। মমানা মখুৎ থেকতুনা নুমিৎ মশীং থীদুনা লৈরমগনি। মমাগী মফি-মরোল খরসু লৈশিঞ্জরবনি হয়েং ময়ুম চৎপদা পুননবা। হন্দমুক্তি মমানা অমুক হন্না থাদোরকপগী বা লৈতে। থংনরিবা বাগান অদুদা তোলোব য়াম্নসু য়ামদ্রবসু গাড়ী থৌনবা ঙাওনগনি হায়রৌবনি নহানমুক চৎলুবদুদা। অদুগা হোয়, বাসন্তীসু! মহাকপু ঙাইরমগনি

নোংগৌবীনা লাইজ ঙাইবগুম। কুথাপনা মপাল শাবা উরগা, কোকিলনা খোংবা তারগা মহাক্কী থম্মোয় শোয়দনা মরাং হৌরমগনি।

মনাক্কা ঙাঙনরিবা অদুনা মহাক্কী বাখল-ঈচেং খংথং থদথলি। কনানো অমনা হায়রকই, ডাক্তরনবু করি হায়রিবগে? . . . . . হয়েং ফাওবক্কী মনুংদা খঙগনি হায়য়ে। . . . . হৌজিক ফাওবগী ফিভম অসিদি থম্নাথক্কী লাইজনি।

অদুদি হয়েং য়ৌগ্রিমখে শিবরা চঙবরা খঙগ্রিবা। শিবগা চঙবগা পিকপ্পবা লংলা অমথক্তনা খল্লবা! অসি ওইরে তাইবং মী, মতোমতা খল্লকই। করিগুম্বা শিবা থোক্লবদি কমদৌবা? খংনীং নীংশিংলকই, চহী খরগী মমাঙদা মহাক্কুম্বা ড্রাইভর অমা গাড়ী থেঙ্গাইনবদা শিখিবদো। মহাকসু কাছাড়দগীনি, কোহিমাদা গাড়ী থৌবনি। মহাক্কী অশিবা হকচাং অদো জিপ অমদা হাপ্লগা ময়ূমদা পুরকখি। অশিবা হকচাং অদু য়ৌরকপা তাঙ্গা অদুদা মহাক থেংনরুই। মমা অদুনা তৌখিবা মতৌ অদো। মচাগী অশিবা হকচাং অদু য়ৌরকপদা মমা অদুনা অঙাওবীদৌনা ওল্ল-থোইরদুনা নোং-খোংবগুম কপখিবা মতৌ অদো।

মহাকসু শিবা থোক্লবদি অদুম হায়না মহাক্কী অশিবা হকচাং অদো ময়ূম তান্না থিনবিগদ্রা! থিনবিরগনা মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু উবদা মমানা তৌগদবা মতৌ অদো! মহাক্তি মতাং অদুদা করিমতা খঙলরোই, করিমতা উররোই। অদুবু হৌজিক হৌজিকমক্তি তৌগদবা মতৌ অদো মমিত্তা শংশংনা উরকই। তশেংনা শিবা তারবরা, খল্লুবদা মতোমতা কপ্পীংলকই। হয়েং খঙগনি হায়বা ডাক্তরনা। হয়েং হয়েং . . . . হয়েং হায়বসিবু কয়াম্না বাংলিবা জাংনো। হয়েংগী অসিদা মায় পাকপা ঙম্লবদি ওয়োক্লা নুংঙাইগ্রনিদা, মপূক্লিংদা ঈথৌরাংবা অমগা লোয়ননা খঞ্জে।

"নর্স, ওক্সিজেন, ওক্সিজেন সিলিণ্ডার, থূনা পুরকউ।"

ডাক্তর ওইরমাক্লে য়ান্না ফিংনা লাউরকই। কনাগী ওইরিগবা? মহাক্কী ওইরিগদ্রা থংনরিবা ফমুংদা লৈরিবা অনাবা অদুগী ওইরিগদ্রা? কনাগী ওইরিগদবা মহাক খঙদে।

# পাউ ঙাইবা

"ক্বাক ক্বাক . . . . . .ক্বাক ক্বাক।" খোংলৈ ক্বাক অদুনা মমাঙ শঙ্গোইগী য়াংলেনদা তোংলবগা।

"রাম রাম, ফত্তবা পাউ পুরক্লনু, অফবা পাউ পুরকউ, রাম রাম।" বাংখেমগী ইবোক কেতুকীনা ক্বাক অদুদা হায়।

ক্বাক্লা খোংলবা খুদিংগী ইবোক কেতুকীনা 'অফবা পাউ পুরকউ' হায়রক্লিবসে ফনা কুইরক্লবনি; ক্বাক অদুদতা নত্তে, ক্বাক অদুগী আঃ মপা-মপূ হাক্তক্তগী।

ইবোক কেতুকী অহন ফজনা ওইরে, চহী মর্ফূ চঙলবা হায়দুনি। চহী নিফূরোম মমাঙদা মচানুপী মঙাগী মরক্তা য়াম্না তাঙনা অমখক্তং য়াওজবা মচানুপা অদু কলকতাগী হিন্দু-মুস্লিম রাইয়োৎতা লৈখিদে। মচাদো মতম অদুদা লাইরিক তমদুনা লৈজবনি। টেলিগ্রামদা পাউ অদো লাকখি। মচা লৈতবগী পাউ অদো তাবদা বাম্বৰদগী মিহুন অমা তৌখি, — ঙসি ফাওবা মরক মরক্তা থাশি-থানৌ হৌরি। চহী য়ামশিল্লকপগা লোয়ননা হন্দক্তি খরসু হেঞ্জিল্লে। অদুবু মশাদি অদুম নাল্লি। মতম অমদা মশক-মতৌ ফজরম্মী হায়বদুগী মমি হৌজিকসু তারি; মকোক্কী মশম-মনা পূংমু মুরি হায়বা য়াই, মরক মরক্তা অঙৌবা অম-নী কাপ্লবসু মদু পংউ-উদে। লৈকাইগী মৌনহাশিংনা, লৈকাইতগী নত্তে, অরাপ-অরাপ্পদগীসু, হংলৈ ইবোক কেতুকীদা পোক হৌদনবগী হিদাক নত্রগা লাইবা।

হন্দক মরক অসি খরা তোয়না ফমদা তারে, অদুনা অহন খংওই ওইশিনবগুম তৌগ্রে। অদুবু খিত্তং ফরবদি ফমদা লৈবা হৈনদে। থাইনদগী হৈনরকপা অয়ুক ঙত্তা হৌগৎপী অদু হৌজিকসু তোকত্রি। নোং-নিনি

অসি লোক-অরুম ওই করি ওই তৌদুনা মশা অমুক ঙম্মুদ্রে। ঙসিদি মশা খরা নুংঙাইরমাদ্রে। ঙসাইনা লুম্বু লুম্বু শাবা ঈশিংদা ঈরু-মায়থজদুনা মশম মনা ফজনা হাংতোক্লদুনা চন্দোন-চবা নীংথিনা থিল্লদুনা মাঙোনগী ফমেনদা থারিবা হিদান মচা অসিদা ঙাইহাক অমুক ফম, ঙাইহাক অমুক হীপ, অঙাংশিংগী মতৌ খরা য়েং লৈরি।

ক্বাক অদু অমুক অনীরক খোংলম্লগা অদুম পাইখ্রে।

"চো চো, অফবা পাউ পুরকউকো, ফত্তবা পাউ পুরক্নু....... রাম রাম।" ইবোক কেতুকীনা ক্বাক অদুদা হায়খি।

অদুদগী ইমুংলোমদা ঙনশিল্লি, "নখোয়বু কনা কনা লৈবগে, বিমোলা?" মশুনুপী অতোপ্পী অদুনা মথুন খরা য়াঙঙি, মঙোন্দা হেক্তা তাই, "হিদাকসে অমুক্তা হাল্লকউবা ইবেমা।" খুঙ্গং অসিদা হিদাক পংথক থক্লদ্রে, অদুবু ইবোক কেতুকীদি থাইনগী অদু অদুম হোংদ্রি।

"ইনে, হকচাং খরা নুংঙাইরবরা?"

"কনানো, তোমচারা? লাউ লাউ কাখৎলকউ মাঙোন্দা, ফান অসিদা ফম্মো লাউ।"

মাঙোন্দা কাখত্তুনা নাকথরোমদা থারিবা ফান অদুদা তোমচা ফমলে।

মশুনুপী বিমোলানা হিদাক হাপ্দুনা পুথোরকই।

"নখোয়গী মামোদা পীয়ু ইবেমা। মৈ চাক্লকউ ইবুঙো।" ইবোক কেতুকীনা হায়রকই, "নখোয়গী চা অদুবু লোইরবরা? নখোয় মামোগীসু অমা পুরকউদলা।"

"মামো নঙসে হয়িং খেনফমদা লাকইকো।" বিমোলানা ফাগি তৌরকই, অদুদগী নোকম্নি নোকম্নি ইমুংদা চঙখি।

"ইবুংঙো ঙরাং নুমিদাংদি কৈদৌরে লাক্তবা? কয়াতা নুংঙাইখ্রে! রাশিয়া হায়বরা করিনো অদুদা ঐখোয় লৈবাক্কী হরাও-কুম্মে তৌরি হায়দুনা জগোই রাস কয়া ফজনা উৎলে। ঐদি নুংশিমনগ্নদুনা কপ্পু কপথোকউরে।"

"ঐসু য়াম্না লাক্লীংলম্বনি, অদুদা নুপামচা অতোংম্বদো ওবগা ফায়বগা তৌরকতুনা কোয়চেন চেম্নরে। ওসিদি থরা ফরে।"

"নুংশা হাইগৎলকপসিদা থরা চেকশিল্লুকো।"

হিদাক অদো মৈ চাক্লগা তোমচানা ইবোক কেতুকীগী হিদাকফুদা ওাহুক অদু হাপচিল্লগা লানশিল্লি।

"হোরেন নুমিদাংদি লাকউকো। লাইনিকো মখোয়গী টি-ভি হায়বসে। নহানসু নোংমা লাই-হয়াওবদো কয়া ফজনা উৎখ্রে।"

নহা ওইরিঙেদা ঈশৈ-নোংমাই তৌরকপনিনা হৌজিকসু হরাও-কুম্মে পাম্লি। বাংখেমগী ইপু লৈরিঙেদদি মচানুপী খুদিংমক জগোই মকোক চিংহনখি, চহী খুদিংগী কাংদা, ঝুলোন্দা খুবাক ঈশৈ লিংখৎলম্মী। গ্রামফোন থোক্লকপা মতমদা সাওগ্রাম অসিদা ইহান-হান্না গ্রামফোন লৈবসি বাংখেমগী ইমুং অসিনি। শগোল হিদাক মপান য়াওবা গ্রামফোন অদু হৌজিকসু উপু মনুংদা মতমগী সাক্ষী ওইদুনা লৈরি।

বিমোলানা কৃষ্ণকান্তি তেঙ্গোৎ অমদা চা পুথোরকই, "সে মামো চা থকউ।"

"ইনেগীদি?" তোমচানা হায়রকই।

"ইবুঙো, ঐ ওসিদি ব্রতনি, একাদশীনি ওসিসে।" ইবোক কেতুকীনা খুম্নকই।

হিদাকফুদু অমুক অনীরক চিংলপা ইংখোলগী অকোয়বদা হৌরিবা ক্বা পাম্বী ময়াম অদু য়েংলগা হায়রকই, "ইহে ওরাংগী নুংশিং অদুদা ক্বা পাম্বী তেকপা য়াওরম্লে। কুমশিসে নোং-নুংশিং কনগনি হায়রিয়ে। তোমচা নওমা হোরেন ওাইহাক শংবদা অমুক্তা য়াহুৎলোবা। পাম্বী অকংবসু য়াওরম্লে। পাম্বী অকংবা থম্বা খৌহৈদে। বিমোলা মপানা লৈ-খিবিক পুম্নমকসে য়েংশিনবদা বাল্লে। ইবুঙো হোরেন কাউগনুকো।"

"হোয় হোয় শোয়দনা তৌগে ইল্লে। অদো ঐনা নহানগী হায়জবদো, কুমশিদি লৌ কিয়ার অনীতং ওইরবসু হেম্না পীবিদবা য়াসে।

নৎত্রদি অঙাংখিংসে য়োকপা ওঙ্গোইদৌরি। অদুগা যণ পাবোৎ অমত্তংগা। ঐগী যণ পাবোৎ অদো অহন ওইরে। শোম্নবিদনবা ইনেদা খুরুমজগে লাকচরিবনি।" হায়রগা ইবোক কেতুকীদা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্মি।

"হোয়নে হোয়নে, খুরুমত্রবসু য়ারেনে। বিমোলা স্নপাথসু তাম্নখিগে। মরমতবু মোকউ।"

মল্লবা একতারা অমা পায়রগা ভিক্কানিবা রামানন্দ ঈশৈ শক্র-শক্রদুনা লাকই —

"হরি দিনতো গেলো সন্ধ্যা হলো
এবার পার করো আমারে . . . .।"

তুলসীবোং মনাক্তা ঈশৈ অদো শকপা লোইরগা মমিত্তগী মপি তৈথোক-তৈথোক্লা ইবোক কেতুকীরোমদা ওনশিল্লকই, "কিগো বুড়ী-মাই, ভালো আছোনিগো।"

"হোয়নে হোয়নে, অসুম লৈরিসিনি। তুমারগীদি কমদৌরি।" ইবোক কেতুনীনা হংঙি।

"সন্ধ্যা ওইরে বুড়ী-মাই, হরিনা পার তৌবিবা ঙাইরিবসিনি।" মৈতেরোলসু খরা খরা য়াওনা রামানন্দনা খুম্নকই।

মৈতৈ-খুন অসিগা থংননা লৈবা খুনগীনি রামানন্দ। মৈতৈনা কাছাড়গী ময়াংলোন খঙবগুম্না মৈতৈ-খুনগা থংনবদা লৈবা মৈতৈ নত্তবা কাঙবুসু মৈতৈরোল খরা খরদি অদুম খঙঙি, য়াম্না ফজনা খঙবা অদুগা ভাঙবসু য়াওরি। অদুতা নত্তনা থংনেরিবা খুনশিং অসিদা লৈমিন্নরিবশিং অসি তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ ওইজরবসু অমগা অমগা ফজনা খঙনৈ, মরী-মতা থোক্লবগুম্না লৈমিন্নে। অদুনা মৈতৈ খুন অসিগী মীপুম খুদিংমক্তা রামানন্দবু খঙঙি, উম্নবগা অমায়েক লৈবন্না লৈতবরা হংনৈ।

রামানন্দগী মখুৎ য়েং য়াওদ্রে। কুইরে চহী নিফুরোম মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অমদা তাখিবা দগানি। অনীগুবা লাল্লাওগী অদুবাইদা রামানন্দগী মন্নাম্বদো চা-বাগান অমদা কুলিশিংগী সর্দার ওইরম্মী। লান

মনুংদা কেম্পতা থবক শূবা য়াম্না কান্নে হায়নরকপদগী মচীন-মনাও বাগানগী থবক থাদোক্তুনা কুম্ভীরগ্রাম কেম্পতা থবক শূবা চৎলি। নোংমা ইখং-খণ্ডহৌদনা জাপানগী প্লেন মল্লাম অমা পাইরকতুনা বোম থাদরে। ময়াম্বদো বোমনা পান্দুনা শিথি, অদুগা রামানন্দগীনা মখুৎ য়েং অদু তৎখি। অদুন্দগীনি রামানন্দনা একতারা অমা পায়রগা ঈশৈ শক্র-শক্রদুনা পুন্সিগী সন্ধ্যা ওইবা ওাইরক্লিবসে।

বিমোল্লানা চেণ্ড খরা পুথোরকপদো হরাও হরাও ঝুলিখাউদা হাপচিল্লগা রামানন্দ চৎখি, "যাইগো বুড়ীমাই।"

ইবোক কেতুকী খুমদে। অদুগী লান মনুংগী অরা-অনং অমসুং মদুগী মতুংদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদু ওাইহাক অদুদা শংশংনা মমাঙদা চোংথোরকপগুম তৌখি।

"ইনে!" তোমচানা কৌরকপদা জ্ঞান খংতা তারকই, "উমেদালী পাটুবারী লাকলি।"

ওাওবদা লোইবা হৈতবা উমেদালী পাটুবারীনি। মহাক্কী বারী তাবা হৌরুরবদি হৌগৎপা য়াররোই খণ্ডদুনা তোমচানা হায়রকই, "ইনে ঐ চৎলগে। খুড়া, আও আও মাঙোন্দা ফান অসিদা ফম্মো লাউ।"

মাঙোন্দা কাখৎপগা ফমদ্রিঙৈনা উমেদালীনা হংঙি, "দিদি, ভালানি।"

"হোয়নে তৌরিসিনি। নঙগীদি ভালানি?" ইবোক কেতুকীনা খুমই।

"হোয় আল্লাগী দুয়াদগী ভালা ওইরি।"

উমেদালী ময়াং পাওন্নি, অদুবু মৈতেরোল খঙি, ওাওথোকপদদি মল্লাংলোনগা মৈতেরোলগা য়ানশিল্লি। বাংখেমগী ইমুংগা মচীন-মনাওদৌনা লৈমিল্লরক্লিবসি থাইনদগীনি। বাংখেমগী ইমুংগতা নত্তে, অকোয়বদা লৈরিবা খুল ময়াম অসিগী ইমুং খুদিংমক মহাক্না খঙি, মরীমতাগুম ফজনা লোয়নৈ। পাটুবারীনি হায়বগী করিগুম্বা চাউথোকচবা মঙোন্দা লৈজদে। খুঙং ময়াম অসিগী লৌ-ইংখোল লৈব-য়োনবগী চে-চাং ইথোক-ইশিনদগী হৌরদুনা খাজনা থিদোক-থিজিন ফাওবা মহাক্না লোইনা তৌরিবনি। খুঙংগী মীয়াম্না মহাকপু থাজে, মহাক্কসু মখোয়গী থাজবদো মাওহনবা তৌদে।

*"দিদি খাজনা পীবগী সময় লোইশিন্নক্রে। ক্লুক তারনি। অদু রাগী লাকপনি ঐ।"*

"কনা লৈগে বিমোলা, হিদাক হান্নকউ। ক্বা-ককাসু তৌরকউ।" ইবোক কেতুকীনা ইমুংলোমদা ওন্নশিন্দুনা হায়রকই।

"জামাইদি কুবায় চৎখ্রে?" উমেদালীনা হংগুকই।

মচানুপা লৈত্রবনিনা মচানুপী অতোম্বী পীদুনা বিমোলা-মপাবু য়োকচবা থম্মি। মহাকপুনি হায়রিবসে, ময়ান্না থোইদোক্পা মরোল লোনবাশিংনা মহাকপু 'জামাই' হায়না কৌরি।

"খঙদে কদায় চৎখোকখিবা।" ইবোক কেতুকীনা হায়রকই, "পাটুবারী বাবু নঙদি হন্দক মরক অসি জয়-বাংলাদা চৎত্রবরা নচা-নশু য়েংবা?" উমেদালীগী মচা অমা বাংলাদেশতা থবক অচৌবা অমা তৌরি।

"চৎত্রে দিদি, জয়বাংলা আজকাল য়াম্না গুলমাল তৌরে। মী য়াম্না হাৎলে শিরে।

"করিগী গুলমাল তৌরিবা?"

"খঙদে, অদুম তৌরেদা। হিন্দুস্থান-পকিস্তান ওইরগা নুংঙাইগনি হায়রে, অদুবু নুংঙাইত্রে। পাকিস্তান ওইবদগী অমুক জয়বাংলা ওইরে অদুবু শান্তি লৈত্রে।" উমেদালীনা হায়রকই।

তাঙ্গা অদুদা টেলিগ্রাম পুবা পিয়োন অদু লাকই।

"ইবোক টেলিগ্রাম।"

"কনাগীনো? বিমোলা, নখোয়, মামচৌগী টেলি ওইরমান্রে।" ইবোক কেতুকীগী থাশি-থানৌগী নুংশিৎ অদো, কাঙলকপগুম তৌই। "হিন্দুস্থান-পকিস্তান য়াম-শুনবা লোইরমান্রে। নখোয় মামচৌ লাক্রনি হায়রক্লিবরা য়েংঙু।"

"ক্বাক ক্বাক . . . . .।" তাঙ্গা অদুমক্তদা গুসাইগী ক্বাক অদুয়া অতোপ্পা অমরা শঙ্গোইগী য়াংলেন্দা তোংদুনা খোংলে।

"রাম রাম, ফত্তবা পাউ পুরক্কনু অফবা পাউ পুরকউকো, রাম রাম।" ক্বাক খোংবা খুদিংগী হায়বা বাহে অদো ইবোক কেতুকীগী মচীন্দগী মহৈশাগী হৈনবী ওইনা থোকখি।

# ঈখৌরাংবা

অহিঙ চুপ্পা মমিৎ কপ্পা অমা ফাওবা ঙাইশিনবা ঙমদে নুংশিরে। ঙসাইগী অদুতা হপ্পা হন্না নীংশিংদুনা লৈরে, মদুগা শংশং উদুনা লৈরে। মিৎলু অনীদা লাইজ ঈরা শিন্থুরকই, মতোমতা ফুইনা কপচে। কাউখ্রবা থৌদোক কয়া, ওমচাক্লদুনা লৈরম্বা বাখল কয়া, মরোল ফংজিল্লকই। মমাদা চিঠি ইসিরা খল্লকই, ইনীংলকই। খনবমখে খল্লগা চে কলম পায়খৎলি। অমুকসু খল্লকই ইরুদুনবু কৈদৌরুগবনো। অদুবু ওমচাক্লবা থম্মোয় অদুনদি মাবু ইননবা ঈনশিল্লি। ইদবা ঙল্লক্তে ইবা হৌই ঃ

“ইমা, মতম কুইনা ওমচাক্লদুনা লৈরক্লবা থম্মোয়-মৈচাক ঙসিদি ফুমজিন্দুনা থম্বা ঙল্লক্তরে। নচাগী ওমচাক্লবা থম্মোয়গী খোঙ্খোক্তবা তেংথাখোলনা ইমাগী থম্মোয়দা তাশোন ওইনা পাল্লুবা য়াই, মদু ঐ খঙদবা নত্তে, অদুবু ঈচেল থিংদুনা থম্লম্বা পন অদু ঙসিদি নমখায়রক্লে। বারৌবিগনুকো পলেম অপোকপী!”

মিৎলু অনীদগী শিন্থুরকপা লাইজ-পিরাংনা থিংবা নংহৌদনা চেবাংথক্তা পোপ্ পোপ্ তারকই! ইবা লেপ্তুনা ঙাইহাক কপই, অদুদগী ইবা হৌরুরবা চিঠি অদু মখা চৌখে ঃ

“বারৌবিগিনু নচাবু। ঙসাই কলকতা এয়ারপোর্টতা থেংনৈ, থেংনবা নত্তে ঐনা উরুবনি বাবা অদো। খংপ্রেক খংব্রা, ঐসু খংখিবগুম তৌখি। শ্বাই লাউব্রা, ঐসু লাউখি। বাবা হায়বদি খঙলেদনা, ঐবু পোকপা পম্বৌ অদো, অফাওবা আর্কিটেক্ট অরাম্বম ভাস্কর। অফাওবা আর্কিটেক্টনি, য়ুম ফজ ফজগ্রবা কয়া মহাক্না ডিজাইন তৌদুনা শাগ্রে, অদুবু মশাগীদি . . . । খঙদে মশানা করি হায়না লৌরমগদবা! পুন্সিগী অহানবা ডিজাইন, য়াম্না খোয়দাজনা তৌজবা ডিজাইন, থম্মোয় তানা শাজখিবা য়ুম অদুনা কায়রবদা মথংদা অমুক শাবা য়ুম অদুবু ফজরমগদ্রনে।

অদুগী মথক্তা ইমাসু ঐসু চেক-নুং-য়োন্তেক মক্তি নত্তেদনা, লংশেকশ্বগা কাউথোকপা হেক্তা য়াবা।

"অদুগা ইমাসুনি। ইমাসু বিউটি-কলচরগী কোর্স অমা চৎলুই হায়বদাইনে। তোক্রুসি, ঐ চোইরোল মানবা য়াম্না চত্থরকদৌরে। অদুবু চোইরোলদি নত্তে। ঈবৌরাংবা থম্মোয়গী মতম কুইনা কুমদুনা লৈরক্রবা তেংথাখোলনি। য়েংঙুনে, ঐমুক লাইবক চাউবীসে কনা লৈরমগদগে। ইমা লৈ অদুবু লৈতবগা অম্মানি, ইপা লৈ অদুবু লৈতে হায়বা য়াই।

"নীংশিংলকই, অঙাং ওইরিঙেদা স্কুলগী থোঙ্গানদা থোকখিবা থৌদোক অদো। ছুটি ওইরদুনা ঐখোয় অঙাং ময়াম থোরকই, কনানা কদায়দা মথোং-মরম খঙনরমদে। অচৌবা ওফিসার অমদি ইনাক-কৈরাক খুনবশিংগী মচা-মশুশিং অয়াম্বনা তম্বা স্কুলনিনা কার, জিপ, স্কুটর, ওটোরিক্সোনা পরেং পরেংনি অঙাং ময়াম লৌবা লাক্লিবা। ঐখোয়গী গাড়ী অদো থিবা ওইনা কার অমগী মনাক্তা চঙশিল্লুই। কনানো অমনা হায়রকখি, "ভাস্কর, নঙগী নচানুপী।" কার মনাক্তা লেপ্লম্বা নুপা অদো নোকমি নোকমি ঐঙোন্দা য়েংলকই, ঐঙোল্লোমদা চঙশিল্লক্কে তৌরম্মি। অদুদগী ইমানা ঐগী পাম্বোম তাপ পায়দুনা চিংদুনা পুরকখি। মরক মরক্তা মহাকসু মচানুপী লৌবা লাকখি, মচানুপী হায়বদি অতোম্বীনা পোকপদো। মহাকপু উরগা অঙাং ওইবগী হৌনবী মনাক্তা চঙনীংখি, ঐবু মহাক্কী গাড়ীদা হাপ্পুনা পুহন্নীংখি, অদুবু ঙমখিদে, করিগীনো খঙদে। বাবানা মহাক্কী কারদা মচানুপী হাপ্পুনা পুখিবা উরম্বা নুমিৎ খুদিংগী ঐনা কয়া কপখিবা, ইমা নঙদি খঙলম্মোই।

"অসুম হায়না তৌগদবা ওইরবদি কৈদৌনবা নখোয় অনী লৌন-লৈনরুরিবা। অহন-লমন্না হায়নবসু নত্তে, নখোয় অনীনা য়ান্নদুনা চেনবনি। অদুগদি কৈদৌনবা নখোয় অনী কায়নরিবা। নখোয় অনীতা নত্তনা নাকন অনীমক্কী অহন-লমনসু লুহোংবা অদুদা য়াম্না ধুম-ধাম তৌখি হায়নে। ঈরাং পাম্বা সনা লৈবাক্তা হৌজিকসু বারীনরি। অদুতা নত্তনা ঐগী ষষ্ঠী পূজাদসু তৌখিবা পীজ-পীথক, তৌখিবা লীলা-ফালা হৌজিকসু বারীনবা তোকত্রি। অদুগা মদুগী থরা মতুংদনা কৈদৌনবা নখোয় অনী কায়নরিবা? নখোয় অনীনা য়ান্নদদুনা থাইনরিব্বরা, অহন-লমন্না থাইনহল্লিবরা হায়বদু

অমুক খণ্ডলুপ্রবসু নাকল অনীমক্কী নাপন অমসুং অচাওরম তাম্নবা অদুনা শোয়দনা ওইরমগনি হায়বসি ঐ খণ্ডিঙি। অদুবু খাইনরম্নদাইদা বাখল অমত্তংদি তৌবিরম্বা য়াম্রা, নখোয় অনীগী নচা অমা লৈরি হায়বসি। মহাক্কীদি ইখন-খনবিহৌদ্রিবসি করিগীনো?

"ইমা, পলেম অখোকপী। য়ারৌবিগনু। চেবাংথক্তা পিরাং মরীক খরগসু য়াপ্রে। মরক মরক্তা ময়েক হাবা য়াওরমগনি। নচাগী মিৎলু অনীদগী খাক্ম য়াদনা শিম্বুরকপা পিরাং মরীক্কি। নচানা ফোঙদোকপা ঙমদবা বাহে কয়া ফোঙদোক্কি পিরাংশিং অসিনা।

"ইমা খণ্ডদে, নঙবু নুংঙাইহন্নিবরা অনৌবা নয়ুম অদুদা। হোয়, নুংঙাইরমগনি। অদুবু অবাংপা অমদি শোয়দনা ফাওরমগনি। ঐঙোন্দা ফাওরিবা ঈথৌরাংবা অসিগুম্বা অমা শোয়দনা ফাওরমগনি। খণ্ডি ইমাগী লন-থুম বাম্ভে, অদুবু লন-থুম্না মীওইবগী অরাম থৌরাং পুন্নমক কোকহনবা ঙমহ্রনে। ঐগীসু মাইবুংঙোগা ইনেবেমগনা শেন থুমদগী হৌনা করিমতা বাস্তুনবা মতম পুন্নমক্তা হোৎনবি, মচাতা মচাদৌনা মতম লৈবা খিবিক্তা তৌবি। অদুবু অবাংপা অমদি ঐঙোন্দা তত্তনা ফাওরি। মখোয়দসু অদুমঙাই। নত্রবদি কৈদৌনবা অরাপ-অরাম্নদা চত্তুনা মমিং চৎলবা ডাক্তর কয়াদা লায়েংহল্লিবা, মাইব-মাইবী য়েংহনদুনা ঈরাৎ-চবান কয়া তৌরিবা মচা অমত্তং পোক্লনবা হায়দুনা। মচা অমত্তং পোকচরবদি তশেংনা ঐখোয় ময়াম নুংঙাইগনি। ঐ অসে মখোয়না মচাদ-মচাদৌনা খল্লবসু মচামক্তি নত্তেদনা। ঈথৌরাংবা অমদি মখোয়গী লৈ হায়বা ঐ খণ্ডদবা নত্রে।

"অদুগা বাবাদো, ঐবু পোকপা পম্বৌ অদো, অফাওবা আর্কিটেক্ট অদো, মহাক্কীসু ঈথৌরাংবা অসে লৈরম্লোইদ্রনে। মচা ঐবু নোংমতসু নীংশিংলমলোইদ্রা, ঐগীদমক নোংমতসু খল্লম্লোইদ্রা। মচানুপী অহম্নি ঐ অসে ফজসু ফত্রসু, হায়বদাই মহাক্কা য়াম্না নুংশিনা থোনজখিবা মিংনি 'নুংশিরে'। মহাক্কী 'নুংশিরে' গীদমক্তা ঈথৌরাংবা পোক্লম্লোইদ্রনে মহাকপু!"

অভোম্না কমুংসো তুম্লিবী মহাক্কী রুম-মেট অরুন্ধতী শাংলরা নুংশাসোর মপী অমগা লোয়নন্না য়াওল্লক্কই। নুংশিরেগী কলম মচীন খংলেপ লেপখি, বাখলগী লংলা ঙাইহাক তৎখিবগুম্ন তৌই। কয়াতা নুংঙাইনা তুমগ্রবনো অরুন্ধতী। হোস্টেলদা থুংলবগা ঙসাই অদুম

কমুংদা তাত্রবনি। অদুগা নুংশিরৈনা মিং কক্কা অমা ফাওবা ইউশিনখ্রি, উইশিনবা ওমখ্রি। অরুন্ধতী অমুক উতুপ তাবগুম তাগ্রে। নুংশিরৈ অমুক মখা তাথেঃ

"য়েংঙু ইমা, কয়াতা শাথীনা চোইরোল লোন্দুনা লৈরম্বনো। তমগে হায়না তৌবা বা অদুনি তমখ্রি। ইম্ফালদগী লাকপদি ঙরাংনি। ঐগী ইমানবী কলকত্তাগী অরুন্ধতীখোয়মম নোংমা লৈরক্লগা ঙনি মহাক্কা লাকমিন্নবনি। কলকত্তা এয়ারপোর্টকী লাউঞ্জদা প্লেনগী মতম ঙাইরিঙৈদা ইম্ফালদগী পাইরকপা প্লেন অদো থুংলে। পেসেঞ্জর ময়াম অদুগী মরক্তা থুক লাউবা শক্তম অমা লাগুরক্কা উরকই, মশক অদো লাকশিনবদা বানা খোকশিদে। চহী কয়ামুক্কী মতুংদা উরবসু লাকপা ওমখি, বাবানি। চগুশিন্দুনা "বাবা" হায়না কৌনীংলুই, "ঐনি 'নুংশিরৈনি' নঙগী নচা নুংশিরৈনি" হায়নীংলুই। অদুবু মনাক্তা লৈরিবী নুপীমচা অদু উবদা ঐবু কনানো অমনা পায়দুনা য়াম্নবগুম তৌরম্মী, খোঙ থাংজিনবা ওম্রমদে। খঙলরিনি কনানো হায়বা, অতোম্বীনা পোকপা মচানুপী অদুনি, ঐগী ইহৎ শিন্দুনা বাবাগী কারদা স্কুল কাথোক-কাশিন তৌবী নুপীমচা অদো। ওসিসু কদায়দনো লাইরিক তম্বা চৎপা ওইরমগনি, বাবানা মহাকপু থিনবা লাকপা।

"ঐনা ঙাইহাক চংঙরুদুনা লৈবদো উবদা অরুন্ধতীনা কিম্না হাইরকই, 'হাই কৈদৌরে?'

"তাঙ্গা অদুমক্তদা মাইক্রোফোনদা লাউরকই, বোম্বে চৎকদবা প্লেন পাইগদগী শেম-শাদুনা লৈরে ....। অমুক থীহ্নবা য়াদ্রে, ঐখোয় অনীমক সিকিওরিটি চেক্লীদমক চেনশিল্লে।"

নুংশিরৈগী চিঠি লোইশিন্নক্রে। লোইশিন্নমদাইদা কদাইদগীনো করি বাখলদগীনো খল্লকই, চিঠি অসিবু থাগ্রগা করি কাম্নরিবা, পারগা মমাগী থম্মোয়দা তাশোন্তনি ওইরুগদবা, থম্মোয় কায়নবগী মচাক্তনি ওইরুগদবা। মতোমতা মপুক্লীংদা বারৌজরকই, মমাগী থম্মোয় কায়হন্নবগী অধিকার মহাক্কীবু লৈরিবরা। অহিঙ নোংমাই অদুদা ও-খোলা কপ্পীজ্জকই, অদুবু কপ্পদি ওমদে। অদুদগী খনফম খঙলক্তদুনা অহিঙ চুম্না য়ারেকতুনা মিৎলুপিরাংগী পিরোইনদুনা ইম্নবা চিঠি অদো মকুপ মকুপ খোল্লস শেগাইরকই।

# খঙহন্নীংদবা

ছুটিগী নুমিৎনি। য়ুমদা ইতোমদা ঙায়হৌরে। মমাসু লৈজবা মচা অহমদো পুদুনা মচেগীদা চাক্তৌরি হায়দুনা চৎখ্রে। ঙসিদি ফজনা মপুং ফানা পোথারগে খন্দুনা ঙস্তা ঈরু-মায়থজরগা টি-ভি মমাঙদা ফমথবা ঙাইহাক ওইরে। সিদনীদা ভারতকা ওষ্ট্রেলিয়াগা শান্নরিবা বান-ডে ক্রিকেট মেচকী লাইভ টেলিকাষ্ট তৌরি। হৌরকপদা ঈংলপ তৌরম্বদো হৌজিক্তি য়ং-য়ং লাউনা নুংঙাইরে। ঙাইহাক্তদা ওষ্ট্রেলিয়াগী উইকেট মরি তুখ্রে। অমখক্তংগা তুরবদি ভারতনা থোইবা য়ানা লৈরে। কপিল দেবনা মকন্থী থানা বোল অদু লংঙকই। ওহোকপনি, খোয়দৌ অসি শাউগৎলি। খঙহৌদ্রে কমক্তৌখ্রবা, টি-ভি খংমুং মুৎখ্রে। মৈ মুৎখ্রবা জাৎলা! লোক্তাক প্রোজেক্ট লোইবদি কুইরে, অদুবু মৈ মুৎপদি তোকদ্রি। লোক্তাক প্রোজেক্ট লোইরগা মণিপুরদা মৈ মল্লাং কায়গনি হায়না লাউরম্বশিংদো লোৎখ্রবা খঙদে।

মৈ মুৎপমক্তি নত্তমাগ্রে। মিৎকুপ খরা মতুংদা চোংথোরকই ময়েক খরা, "রুকাবৎকে লিয়ে খেদ হৈ"। টি-ভিগী মপান্দগী হিন্দী হাইফেৎ হৈরে, ঐতা নত্তে অঙাং-নুবী ফাওবা। খোয়দৌ অসি শাউগৎলকই, কয়া কুইগদবা রুকাবৎনো মখোয়গী সিবু!

খোয়দৌ শাউগৎলিঙৈ অদুদা উশিৎ থৌওইদনা করেম-কথাইনবগুম কোলিং বেল অদু খীংগৎলকই। কনাবু ওইরিগদবা, খোয়দৌ শাউগৎপদো হেঙ্গৎলকই। অদুবু হৌগত্তবদি ঙমদ্রে, কোলিং-বেল অদু অমুক্তা খীংগৎলক্রে।

মাঙোন্দা নুপী অমা লেপতুনা লৈরম্মী — মফি-মৱোল চমোং চমোংপমক নত্রবসু তক্ক-তনানবদি নত্তে, চিরি য়াঙংলদুনা মশক-মতৌ অদো অথীবমক নত্রবসু ফজবদি হায়রা য়াদ্রে, চহী য়াংখৈরোমগী চৈনাখোল খাঙবদা চোকথরবী মায়থোঙনি।

"লেঙশিল্লু মুরারোমদা।"

ইকায়রপ তৌনা নুপী অদু ফমথে। ঐস্ মুরা অমদা ফমথে।

"করি থবক্কী ওইবিরবনো?" ঐনা হংখি। খল্লি, পরীক্ষাগী মতাংদা করিগুম্বা অমা হংবা লাকপা ওইরমগনি। ওজা ওইগিনা ঐঙোন্দা অতৈ করিগীবুদি লাক্কনি।

"তামো, ঐবু খঙবিরিব্রা? . . . . খঙবিদ্রমাল্লে! . . . . . কাউবিরম্লনি।" নোকফেৎ তৌগে হোৎনরুবা মায়থোঙ অদু ঙমদদুনা লূকথখি।

"ঐবু . . .!" বা অদু লোইশিনবা ঙমদে। নীংশিংবা থোকত্রে। অদুবু হায়দোকপদি হেক ঙমদ্রে।

"তামো ঐ . . . . মেম্মনি।" নুপী অদুনা মতোমতা মখা তাথরকই।

অদু ফাওবদা ঐ নীংশিংবা থোকত্রে। করম্বা মেম্মনো? উরিপোক্কী মেম্মা, য়াইস্কুল মেম্মা, এলাংলৈকাই মেম্মা, থোকচোম মেম্মা, বাহেংবম মেম্মা . . . .মেম্মা কয়ানো সনা লৈবাক অসিদা লৈরিবা, মেম্মগী মেম্মা ঙাক্তা।

"তামো ঐ থাংমৈবন্দগী . . . .।"

খংপ্রেক খংবগুম তৌই ঐ, "ও .... ও ....।"

কয়াতা কুইরবা। ওনফম থোকই, কাউফম থোকই। চহী কুন্নোম মতুংদনি উনরিবসে। প্রদীপকী মচন-নুপী মেম্মা। মায়থোঙ অদু 'ইস' হায়বমক নত্রবসু মফজবনি, শাওং-শাদা তুং-য়ান থোইনা বাত্তবনি। অদুঙৈগী মেম্মদুনিকো ফল্লিবসে ঐগী ইনাক্তা, ঐগী ইমাঙমক্তদা। কয়াতা শাথীনা ওনখ্রবা। কনানা হায়গনি অদুঙৈগী হেক উববদা য়েংনীংবা পোকপা মেম্মদুনি

হায়বা। চহী নীফু শুফাৎলমখিরোই, য়েংবদদি য়াংখৈ মাল্লে। খদাংগী শমব্রু অদুতংদি অদুঙেগী মফম অদুদা অদুম লৈরি। শমব্রু অদুনা থায়নদি রাশি হাপ্লম্বনি, অদুবু হৌজিক্তি মদুনা থীজিনবদা মতেং পাংশিংল্লে। মফি-মরোল য়াম্নমক শেৎচ-চাজদ্রবসু খরতং শেৎচ-চাজবদো য়াম্না তরু-তনাম্না তৌজরম্বনি। অদুগা হৌজিক ইমাঙদা উরিবসিনা করিনো! ঐ শ্বাই লাউই। ঐসু অসুক শাথীনা অহন ওইশিল্লরিদ্রা খঙদে, অসুক শাথীনা থীজল্লরিদ্রা।

"ইনমবেম্মদি তামো?"

"লৈতে।"

"অঙাংশিংদি?"

"অঙাংশিংসু লৈতে।"

"তামোতা ঙায়হৌরবা য়ুমসিদা? .... ফরেদা!"

করিনো হায়রিবদো মহাক্লা, ঐ শ্বাই লাউই, অর্থ লৌবা ঙমদে।

ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা মহাক্লা অমুক মখা তাথরকই, "ঐ লাক্লম্মী হায়না তম্বিরুনুকো ইনমবেম্মদা।"

ঐখোয়গী নুপীনা নোংমা বারী তৌখি, - থাংমৈবন্দগী তামো প্রদীপকী মচন-নুপী মেম্মদো লাক্লম্মী, অহানবদদি মশকপু খঙলুদ্রে, য়াম্না শাথীনা থীজনগ্রে, মতৌ অদুদা নুংঙাইতদুনা লুপা কুনখক পীবিখি। মদুগী মতুংদসু অমুক অনীরক লাক্লম্মী হায়না বারী তৌখি, পৈশা খরা খরা অদুম পীবিখি হায়না তম্মি। অদুগা চৎলমদাইদা পাউমেল্লম্মীসু হায়, "তামোদা ঐ লাক্লম্মী হায়না তম্বিরুনুকো।"

মহাক লাক্লম্মী হায়বগী পাউ খঙহন্নীংদবা মহাক অদুনা ঙসিদি ঐগা হাকথেংননা উনরবা!

"কমদৌরি মেম্মা?" হংবা হৌনৈ হায়বগী অদুক ঐনা হংঙি।

"কমদৌনি তামো। নচনদি নুংঙাইবা হায়বদা খম থেংলে।"

"ইহে নঙবু মপান্দা অসুম ফমহন্দুনা থম্লে। ইমুংদা ফমসিদো।"

"য়ানি তামো কৈসু কায়দে।"

ঐনা হায়রুরিবদো ঐ ভাব খংতা তারকই, মহাক্না করি হায়না লৌরিগদবদি খণ্ডদে। ঐখোয় অনীমক ঙাইহাক তুমিন লৈনৈ।

"ইবুঙোদো করি ওফিসতনো থবক তৌবদাইনে?" ঐনা অচীকপদো থুগাই।

শাংলবা নুংশাসোর মপী অমা হোন্থরগা মহাক্না খুন্নকই, "তৌরম্মী। কিরানী ওইরম্মী। চীংদা ট্রান্সফার তৌবদগী তোকখোকতুনা ওজা ওইদুনা মতম খরা লৈরুরে। অদুদগী ওজা ওইবনা মী ওইবা য়াবা হৌনদে হায়দুনা থোক তোকখোক্লগা ঠিকা তৌবনি হায়দুনা মরুপ-মপাং খরগা কোয়চেন চেন্দুনা লৈরুরে। সনা-লুপা লিক-কোন খরা লৈজরম্বদো লোইনা ঠিকাদা লোইশিন্নখ্রে। কান্নরকপা হায়ববু য়ু থকপগা জুবার শান্নবগা হৈরকই। অসিতা নত্তে, অতৈ অতৈসু। হৌজিকতি নোংঙানবদগী য়ু ঙাওদ্রবদি য়াদ্রে। নুমিৎ চুপ্পা লাউ-খোংবা, ফুব-চৈবা . . . .। হায়দোক্লবনিনা লোইনা হেক্তা হায়দোক্লবা হায়দুনি . . . ।"

মহাক্কী নুংঙাইতবা পেন্দবা ময়ামগী বারী অদুদগী খরা থৈদোক্লবা হায়দুনা ঐনা হংঙি, "অঙাংদি কয়ানো?"

"নিপান্নি তামো। পোকপদি তরামথোইনি, অহুম লৈখিদ্রে।"

"হৌজিক্কী মতম'সিদবু, ইবেমা!" খন্থবা তৌহৌদনা বা অদু হেক হায়দোকখি।

"ঐসু খঙলিবনিদে তামো। অদুদা . . . .।"

মহাক তুমিন লৈখি। ইকায়বরা হায়ফম খঙদবরা, খঙদে।

"কয়াম চাউবদি য়াওরে?" ঐনা অমুক হংঙি, "থবক ঈনখাং তৌব-ককা য়াওরবরা?"

"অহন অদো মেট্রিক অনীরক ফেল ওইবদগী অমুক হন্না থাউ হায়বা য়াদ্রে। হৌজিক্কালগী গুলি চাবা হিদাক কান্না . . . . . . হায়নীংদ্রেদা তামো।"

অতৈ য়াম্না হংজিল্লুরদি লোইব্‌ৎ লাইরোল্লু হায়বা ঐ উরে। মখা অমুক তাথবা তৌদনা থাদোকখিনবা মরু ওইবা বাফমদা লাকই, "ইহে, নঙনা লাকপবু করি থবক্নীনো? ননম্মা উম্নবা লাকপ্রা?"

"নত্তে, তামো। ঐ তামো উম্নজনীংদুনা লাকপনি। ইনমবেম্মদা ঐ লাক্লম্মী-কা তম্বিরুনু।"

"অদুদি করিনো, করি তৌসিগে?" করিগুম্বা হঙ্গোইবা তৌদনা হায়জবা ওম্ননবা ঐনা ইচম-চমথোক্লুবা হোৎনৈ।

"তামো।" মেম্মনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নচানুপা য়াইঁমদো হন্দক মেট্রিক থাজগদৌরি। অদুদা মশা অদো ইশোনতা শোন্দুনা লৈরবা। ডাক্তরদা য়েংহল্লুবদদি মতম খরা হোসপিতালদা লৈতবা য়ারোই হায়রক্লে, ওপরেসন মচা অমসু তৌগনি হায়রি। পাঞ্জি য়েংহল্লুবদা হয়েং অসি নুমিৎ ফৈ হায়রি, অদুনা হয়েং অসিমক পুখৎলসিরা খঞ্জরিবা। অদুদা . . .।"

বা লোইশিনবা ওমদে, মিৎলু অনীদো ফিজীনা তৈথোকই।

"নখোয়গী তাচৌগদি তান্নরুরব্রা?"

"তান্নজরুদে, কেদৌরুগবনো হায়দুনা। ঐ লাক্লম্মী হায়দুনা মখোয়দসু তম্বিরুনু।" মবুংগা মনম্মগদা বারৌবগী মওংনি।

অদুদগী চেখাউ অমদা য়োমশিন্দুনা পুরকপা ময়োম অদু হাংদোরকই, "তামো, সে শাললনি। সুকশিন শীজিন্নহ্রিবনি। য়ুমদা লৈরিবা ফিরোল অফবা হায়ববু মসিতা মঙায়রে। তামোদা লৌবিহৌরো হায়জগে লাকপনি, লৌবিরোই হায়রগনা নোংনিনিদং ওইরসু থমজরমগে। ডাক্তরদা অঙাং পুখৎকনি হায়না তৌরিসে শেন য়াওদনা য়াপোৎ নত্তেদো। য়ুমদা হৌজিক পাই নাত্তৎপী অমা ফাওবা লৈতে। তামোনা লুপা চামদং পীবিদবা য়াদে। তামোনা অমুক্তং নুংশিবিয়ু, পুন্সি চুপ্না কাউজরোই।"

ঐ ঙাইহাক তিংঙক মায়ঙক্লে। অদুঙৈগী ইকায় থীগনগ্রবী, মীঙোন্দা বা হায়জবা ওমজদবী মেম্মা অদুবু অসিরা। লাইর-অনংগী চৈফুনা মীবু কয়াম শাথীনা ইকায়-ইকি থাদোকপা ওমহনবগে হায়বদুগী খুদমলা মসিবু!

"ইবেম্মা, ফি অসি লৌশিন্নু।"

মমায় অদু লুকথখি য়েন্মা।

লৈথোকপা য়াররোই খন্দুনা ঐ হৌগৎলে। তৃন্থক কাদা চঙদুনা উপু হাংদোক্তুনা চামা চৎপী অমা লৌথোকলুরে।

"সে ইবেম্মা, চামা অসি পুথ্রো। অঙাং অদু নীংথিনা লাইয়েংহন্নু, য়াম্না থুনা ফরকপা ওইসনু।"

"তামো!" হরাওমন্দুনা ওইরমাল্লে ফিজীনা মিৎলু অনীদো তৈথোকই। "তামোগী লমন অসি করি হায়না শিংগদবা খঙদে নচম্না, পুন্সি চুপ্পা কাউজরোই তামোগী তৌবিমল।"

তাঙ্গা অদুদা থোঙ্গাল্লোমদা গাড়ী লাকপগী মখোল অমা তাবগুম তৌই।

"তামো, তামোগা উন্নবা মী লাক্লিমাল্লে। ঐগী ফিভম অসি ঐ ইকায়ঞ্জে, ঐ চৎচথ্রগে।" ফি অদু চেখাউদা অমুক য়োমশিন্নগা ফুক হৌগৎখ্রে।

"চৎলো চৎলো অদুদি ইবেম্মা।" ঐসু হৌগৎলে।

মাঙ্গোন্দগী কুমথবগা মহাক্না অমুক ওনশিন্নকই, "অদুগা তামো, ইনবেম্মদা ঐ লাক্লম্মী হায়না তম্বিরন্নুকো।"

ঐ তিংওক মায়ঙক্লদুনা মহাক্না চৎখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই। •

# থৌদোক অদুগী মতুংদা

'দোঙ' লাউবা মখোল অমা অদুদগী প্রোক প্রোক . . . . . .প্রোক প্রোক. . . . .।

কদায়দনো মহাক্লা লৈরিসিনা! কনাগী কমুংদনো হিপ্লিসে! মঙলা হান্না তৌরিসিবু! জ্ঞান তাদে কেতুকী। মনাক্তা মী খরা লৈবা মাল্লি — কম্বোই লেম্নোই তৌদুনা। মখোয়গী মরক্তগী ওইরমাল্লে কনানো অমনা হায়রকই, "মমিৎ খরা খরদি পাঙথোক্লকপগুম তৌরি, জ্ঞান খরা খরা লাক্লমাল্লে।"

কনানো অমনমুক হায়রকই, "বা লাউনা ঙাঙগনু।"

মমিৎ অদু ফজনা পাঙথোক্লবা হোৎনৈ, পাঙথোকনীংঙি, অদুবু ঙমদে, করিগীনো খঙদে। কদায়দনো মহাক্লা হিপ্লিবসে, মনাক্তা লৈরিবশিং অসিনা কনা কনানো, করিগীনো মখোয়না লৈরিবসিনা-করিমতা খঙদে। মমিৎসে অমুক্তা ফজনা পাঙথোকপা ঙম্লবদিকো!

কনানো অমনা হায়বা তায়, "মমিৎসে অমুক উইশিনখ্রে।" বা ঙাঙলিবশিং অদো নুপী ঙাক্তা ওইনা তৌই।

কয়াম কুইনগী মতুংদনো খঙদে নুপী অমনমুক হায়রকপগুম তৌই, "মমিৎ অসে অমুক পাঙথোরক্লে। মমায় অসে অমুক্তা তৈথোকপিয়ু, হুমাং অনম্নী কাংলে।" মচেগী মখোল হাইফেৎসু মাল্লি।

কদায়দনোনে মহাক্লা তৌরিসিবু! করি তৌরবা জাৎনো মহাক্লা তৌরিসিবু! মঙলা হারা করিমতা ভাব তাদে।

"নর্স লাক্লি, নর্স — খরা খরা চথোকউ।" কনানো অমনা হায়রকই।

"ময়াম অমুক্তা থোকপিখো, ডাক্তর রাউণ্ড লাক্কদৌরে।" নর্স অদুনা হায়রকপগুম তৌই।

কয়ামুক মতুংদগনো খণ্ডদে ডাক্তর অদো লাকই। মমিৎ খরা খরা পাঙথোক্লবা হোৎনরিঙেদা তাঙ্গা চানরুই। ডাক্তর অদুনা খূদাং পায়রকই, মিহুন য়েংলিবা ওইরমাল্লে। থবাক্তা যন্ত্র থাদুনা য়েংঙি, থবাক্কী মিহুন কমদৌরি য়েংবা ওইরমাল্লে। নর্সনা পান্নরিবা চেদু য়েংঙি। নর্সতা করি করিনো হংঙি। ডাক্তরনা চৎলমদাইদা কনানো অমনা হংবগুম তৌই, মচে ওইরমাল্লে, "ইবুঙো ডাক্তর, অনাবগী ফিভমসিবু কমদৌরিগে?"

"হায়বা ঙমদ্রি। মিৎ পাংলি পাংলি তৌরিবসে জ্ঞান তানা তৌবা নত্তে।" ডাক্তর অদুনা হায়বদো শেংফাংপোই শেংফাত্তবোই তায়। মখা তারকব্রে, ডাক্তর অদু চৎখ্রমাল্লে।

ডাক্তরদা ওইরমাল্লে মহাক্লা লৈরিবসে, ভাবনা শাজিল্লি। মথক্তা য়াল্লিবা লিক্লিশিং অদো মমি-শামি-উই, হিদাক লিক্লি ওইরমাল্লে। মরী-মরাংসু লিক্লিশিং অদুদগী য়াম্বুরি।

"ইমা ইমা!" কনানো অমনা কৌরকপগুম তৌই, মচানুপী অতোম্বীদো ওইরমাল্লে।

"ইবেমা, কেতুকী।" হন্দকী মখোল অসি মচেগী মাল্লি, "সে সে নমিৎ পাঙথোকউ, ঐঙোন্দা য়েংঙু, ঐনা কৌরিসে খুম্মু। সনাতোম্বীনা কৌরিসে তাবরা?"

খরা খরা তায়, খুমগে তৌরি, অদুবু খুম্বদি ঙমদে। লৈয়েং ফাজিনখিবগুম তৌরি। করিনো তৌরিসিবু, মহাক ভাব তাবা ঙমদে। করি ওইনা নারিবা জাৎনো! মখুৎ য়েৎ অদু থাঙ্গৎকে তৌরি, থাঙ্গৎপা ঙমদে। ওয়দুমুক থাঙ্গৎকে হোৎনৈ, থাঙ্গৎপা ঙমদে। করি মতৌনি হায়গে অসিদি, মতোমতা মণ্ডল মণ্ডল থল্লকই।

কনানো অমা চঙলকই, মচেদা ওইরমাল্লে হায়বগুম তায়, "নহানমখৈ সুকতা হেক তাঙ্গবা। ঙসি তাবগা চেল্লক্লিবসিনি। কমদৌরে, খরা ফরবরা?" মনেতোনগী মখোল মাল্লি। ফনা ফজনদি ঙাঙবনি মনেতোনসি।

"ইবেম্মা, কেতুকী, ইনেগী কেতুকী।" মানি, মনেতোম্নি। ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈরোইদৌবনি।

"ঙসি কয়ানিনো শুরিবসে?" কনামতগী পাউখুম ঙাইদনা মতোমতা মখা তাথরকই, "মঙানি শুরমাল্লে। থাংজ নোংমাইজিং নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা য়ুমজকৈশা, — ঙসি য়ুমজকৈশনি।" অদুদগী মনাকোং ময়াদা চঙশিল্লকই, "ইবেম্মা কেতুকী, ইনেতোম্না কৌরিসে তাবরা? খুম্মুনে। কদায়দগী করি দশানোনে?" মখোল অদু খরা লোথরকপগুম তৌই। মহাক্কী হৌনবী মিৎলু অনী পিরাংনা হেক্তা থুম্নাৎলকপদো তৌররিনি।

খিত্তং লাপুক্লা মখোয় খরনা বারী শান্নবদুসু তায়। কনানো অমনা হায়বগুম তায়, "বোম্না পানবশিংদো খরদি শিবা য়ানা লৈরমাল্লে। মৈতৈ নুপী অমগা ময়াং নুপা অমগদি য়াররোই হায়। পাঙন-নুপী অদুদি বোম্না শোকপা নত্তমাল্লে, পোখায়বগী মখোল তাবদা বাছুখিবদগী অদুম......।"

কনানো অমনমুক, নুপা মখোল মাল্লি, হায়রকই, "খঙব্রেদা, নহারোলশিংনা তৌরিবসে! মীচম প্রজা কৃক কৃক ইন্ননা তিনবা মফমদা বোম লংশিল্লিবসিবু! মীচম প্রজা শোক্ল-শিরগা মখোয়গী করি কান্নরিবা? লাই-নুমিৎকা ওইরে কয়া য়াম্না......।"

অমনমুক মরক থৎলকই, "নহারোলনা তৌবা নত্তে হায়রিদা। সিফাইনা তৌবনি হায়রিনে, মীয়াম্না নহারোলগী মথক্তা শাউননবা।"

বারীদো মখা করি তাথনরকখিবা মহাক খঙদ্রে, তানা তানা অদুম তুমথখ্রমাল্লে।

কয়াম কুইরবা মতুংদনো খঙদে, মমিৎ খরা খরা পাঙথোরকপদা উই মথক্তা য়াল্লিবা হিদাক লিক্লি, য়াম্বুরিবা মরী মরাং। হিদাক কাপ্পা লোইদ্রিমাল্লে।

"ইমা ইমা!" মচানুপীনা কৌরকই, মমায়দা নাল্লকই।

খুমগে তৌরি, অদুবু খুম্বা ঙমদে। লৈয়েং অসি চাননা ফাজিনথ্রমাল্লে। মশাদো খজিক্তং চেপথোক্কে তৌরি, চেপথোকপা ঙমদে। মখুৎ থাঙ্গৎকে তৌরি, থাঙ্গৎপা ঙমদে। করি মতৌনি হায়গে তৌরিসিবু, মতোমতা পংখন খল্লি। বোম্না পানবা জাৎলা মহাকসু? ঙসাই বোমগী বারী তৌনখিবদো। অদুবু মহাক্তি বোমনা পানখিদেনা। নীংশিংলকই তপ্না তপ্না থোকখিবা থৌদোক অদো।

কাং নুমিৎনি হায়দুনা ঙক্তানা কৈথেল কাররকপনি মহাক। হৈ-রা লৈবনি খঙদে, অমনি খঙদে মী তিনগদৌরিবসি অয়ুক্তনি। নুংথিলদি

ময়াম কাং-চিংঙ্বা য়াওব-ও কুম্মৈ য়েংবা চৎপ-ও কৈথেল ইহাং-হাঙগনি। অদুনা অয়ুক খরা কোয়নোম নোমহৌদবা য়াদে।

মতাংসু কয়া চানরুরে, কৈথেল মচীনমক্তদা ইচেমশি তম্ফাদো কোক থেংনৈ, হায় "ইচেমশি, ঙসিদি মঙ্গোল য়াম্না ওইদৌরি, অয়ুক ঙত্তাসিদা ইচেমশি থেংনবসিদি।"

ইচেমশি তম্ফাদো নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরকই, ঙসিদি ইমুং-মনুং ইরাং-ফরাং তৌনদমাম্লে, হায়রকই, "নঙ থেংনবা য়াম্না ফরে। নঙগী করি হায়য়ে, কৈনোদুবুনে....লাংথবানগী মনিশংদো। মদু উনরবদি ঐঙোন্দা তাক্লক্তবা য়াদেকো। কয়া কুইরবনো শেন ফৃগৎলকত্রিবা। তম্ফাশিজ ঐঙোন্দা উশিত্তবা-কাদি য়ারোই। মশম ফোয়বা ঙম্বা মীনি হায়বসি মহাক খঙদ-শারিয়ে।"

"তৌগদবনি ইচেমশি! মীগী তৌবিমল খঙদ্রদুনা।" মহাক্না হায়।

কৈথেলদা পৈশা-হনবী তৌরি ইচেমশি তম্ফা। ময়ামগী ইচেমশিনি, অহন খঙদে নহা খঙদে। মশাগী চহীবুদি হমফুগী মথক্লি, অদুবু বাখলদা শেত্তোক-চাথোরকপদা নিফু য়ৌদ্রিবগী ভাবনি। অহন ওইরফাওসিদা ইমুং -মনুং ঈরাং হৌবদি হন্থদে, ময়াম্না হায়নবনি। নহা ওইরিঙৈদা ইচেমশিসু-ইচেমশিখোয়গী সনাখ্যাদুসু মমিৎ খরা য়াম্নরম্বা ওইরমাম্লে, মদুগী লাইনা অদু হৌজিক ফাওবা কোকত্রিবা। মী খরনদি ইচেমশি অসে য়াম্না ফৈ হায়নৈ, খরনদি হিংচাবীদগী হেল্লি হায়নৈ। অদুবু মঙোন্দদি য়াম্না ফৈ।

ইচেমশিগী পোইরৈ ঙাইহাক য়েংলগা মহাক্না হায়, "ঐগীদি ইচেমশি, হান্নগী মচিৎ খরা অদু ফৃগৎচরম্লগে। অদুগা ঙসিদি খরা য়াম্না লৌজবা তারি। অদু-অদা ক-কা হায়বিবা য়ারোইকো।"

শেন পুরগা নোংম-নোংমগী শিঙ্গৎফম থোকপদো মহাক্তি থোইনা শোয়গন্দে। অদুনা ইচেমশিনসু মঙোন্দা শেন পুথোকপদা থোইনা চিংনদে।

হান্নগী নুমিৎ খরনিগী ফৃগৎকদবা বাৎলিবদো ককথৎহলহৌরগা লুপা লিশিং অমা পুবগী হিসাবতা ইচেমশিদগী লুপা চানিপান-মর্ফু লৌরে। লুপা নীফু নীফু তৌদুনা নুমিৎ নীফুনিদা শিঙ্গৎকদৌরিবনি।

শেন অদু লৌরগা ঙাৱোনফম তান্না প্রপ প্রপ লাক্রে। মতা চানরুবা হায়দুনি। পাঙন-নুপা অমনা মৈতৈ-শারেং ফজরবা অহুম পুরকপতা ঙায়রম্মি। লম্রোনবী অতে হাইজিন্নকত্রিঙেদা মহাক্না লৌশিন্রে। শেন থীবতা ঙায়রি, নুপী অমনমুক ময়াইরপ চাউবা রৌ খরমুক পুরক্নুনা থাররে। তাপ তাপ পায়দুনা মরিখক খল্লগা ঙাঙনরে। অদুবু শেন থীগে হায়দুনা শেঙ্গাউদগী শেন লৌথোকপদদি লুপা য়াংখৈমুক ৱাংলম্লে। মোইরাং নুপীদো খঙনৈ, অৱাংপা শেন অদু হয়েং পীরগে হায়নরে, য়ানীংদ-য়ানীংদা উচিন নাচিন্না য়ারে।

ঙসিদি খরা কান্নগদবা মাল্লি, খল্লি মতোমতা। ঈশ্বর হায়বসি লৈতবদি নত্তে। মচানুপীগী কোলেজদা মিং চনবগী অরোইবা নুমিৎ হংচিংনি। মিংজন-শেন ৱাংপগী অৱাবদো খরদি কোক্লনি। খন্না খন্না ঙা খরা অদু ঙারুবাক্তা হাপচিনবতা ঙায়রি, কদোমদগীনো দোঙ লাউবা মখোল অমা, নাকোং চেকখায়গদৌরি। লৈবাক থক থক নীকই, য়াম্না নক্না পোকখায়বা মাল্লি। বোন্নি বোন্নি ময়াম লাউনরকই। অদুদগী থংননা প্রোক প্রোক .....প্রোক প্রোক..... নোংমৈ মখোল, মশীং নাইখিদ্রে।

মওং অমনি ঙসিগীসে খন্দুনা মানা মানা থোকপা মমৈ-মকোক খঙদনা পংচেনতা চেন্নবা হৌরকই, মপোৎ-মচে নীংশিংদবা কয়ানি, মথৱাইতবু হিংলবদি হায়দুনা। তাইবং মী হায়বসে কনামতা শিনিংপোৎ নত্তে, মথৱাই নুংশিবা ঙাক্তনি। মহাকসু ঙারুবাকতো মকোকতা থোঙ্গৎতুনা চেনবা হৌরি, কয়াম লুম্বা লুমদবা খঙখিদ্রে। কদোমদনো চেল্লিবদো খঙদে। খুদি থীদুনা অমগা অমগা থেংজিন্নদুনা তুশিন্নবসু কোঙ্গায়নি। মহাকসু কুইদে, লম্বীগা তাইনবা নালা মচা অদুগী মপান্দা খঙহৌদনা নুং অমদা মখোঙ থেংজিন্দুনা ফনা থীনা তুশিল্লি। শোকপা শোকতবা য়েংবগী মতম লৈতে। ফুক হৌগত্তুনা ঙারুবাক অদু অমুক থোঙ্গৎতুনা চেল্লি। কদোমদনো চেল্লিবদো ভাব তাদে। লেপ্লা লৈতনা কাপ্লিবা নোংমৈ গুলি মরক অসিদা কনানা মাইকৈ-শলাই খঙলুগদগে?

রিক্সা অমা তুংলোমদগী কন্না থৌগৎলকই। থৎপোই খামবোই তৌদুনা রিক্সা অদুদা মপোৎ অদু হাপচিল্লে, "ইবুঙো ইমাগী থৱায়সে অমুক্তদি কল্লু।" হায়বগা রিক্সাৱালাদুনা য়াবা য়াদবা কাখৎলে।

রিক্সাবালাদুসু পাখৎলবা জাৎনি। তৌবগীদি কনামতদু পাখৎতবা য়াওরম্লোই। হোয়নি মাইনি করিম্নভা হায়দনা রিক্সা অদু কম্না থৌগৎলে। নোংমৈ মখোল অদু ঙাইহাকমুক লেপ্না মাল্লি, অদুদগী অমুক প্রোক প্রোক....প্রোক প্রোক..... মাইকৈ কয়ামুক্তগী কাপ্পকপা মাল্লি।

কয়াম কুইনগী মতুংদনো খঙদে, রিক্সাবালাদুনা হংঙকপদা জ্ঞান তারকই, "কদায়দনো ইমানা চৎপিগদৌরিবসে?"

"কদায় য়ৌরে?" মহাক্না হংঙি।

"লীলাসিং খোংনাং-মখোঙ।"

"লীলাসিং খোংনাং-মখোঙ!" পুংঙক ঙকপ্লে, লাইচম্না চেনবদৌনা তৌখ্রে।

য়ুমনা ককবা নাইরেম লৈকাইদা, অদুগা য়ৌরক্লিবনা লীলাসিং খোংনাং-মখোঙদা, খাগীগা খামাংগা। নোংমৈ গুলি মরক অসিদা হান্নগা চৎপগী বাদি লৈত্তে। ঙাইহাক বাখল তৌরগা খল্লকই মচেখোয়দা চঙলগে, চৈরাও-চীং মখোঙদনি মচেখোয়গী য়ুম। হেক পোকমিন্নববুদি নত্তে, মপন্না পোকপনি।

"ফরে ইবুংঙো, ইমা অসিদা কুমথহৌবগে।" ভারা পীথোক্লগা রিক্সাদু থাদোকখ্রে। অদুদগী ঙারুবাকতো মকোক্তা থোঙ্গৎলগা মখোঙনা অমুক চৎলক্লে।

কুইরে মচেখোয়গীদা লাক্তবা। থোঙ্গাল অদু কাউবু কাউশিল্লক্লে। অদুবু থিবদি পংবা বারোই। অদুঙৈ মহাক্না লৈশারিঙৈদা মচেনা অহানবা অঙাং উন্নবা মতমদা মচেগীদা ফনা কুইনা লৈরম্বনি। বাথোক অমা থোকখিবদগী খৌকক অমা নাইখিদুনা পংলাক লাকখিদবনি। মতাং অদু মচেনা মহাকপু বারৌখি, য়াম্না শাথীনা বারৌখি — নুপী ওইবীগী হৌনশানি। মহাকসু য়াম্না ইকাইখি। বাথোক অদুগী মরুবুদি মতৈনি, মতৈনা কাইহৌরমদ্রবদি বাথোক অদু থোক্লম্লোইদবনি। অদুবু মহাকসু অসুম থোক্উ হায়বদুনা ওইরমাম্লে পঙথরুই। মতৈ অদু লৈরমগদ্রা, লৈরমদ্রদি ফগ্রনিদা খল্লি। অদুগা লৈরম্লবদি? হেক খল্লুবদা, মখোঙ অদু

থাংনীংলক্তে। অদুবু কন্নায়দনো হৌজিকপু ফিভম অসিদা চৎকদৌরিবা? খল্লোরকই, হোয়দা নহা ওইরিঙৈগী বাবু!

ইফিং-ফিংনা নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ হোম্না মহাক্না শূমাং মতোন্দা চংঙকপদো উবদা ইবেম্মলনা লাউরকই, "হাইমা! ইন্দোচা, কদোমদগীনো তৌরক্লিসে ইথা থাজদনা? ইমা ইমা, ইন্দোচা লাকইয়ে।"

মচেনা ইমুংদগী চেঙ্গোরকই, "হাইমা কেতুকী, কদায়দগীনো তৌরক্লিসে?"

"ঙাইখো ঙাইখো, ঐ অমুক্তা ফমথখিগে, কপ্লাক-ককা য়াওদ্রে, মিহুন চেংগা চেংগুন্নদ্রে।" হায়রগা নংহৌদে ঙারুবাক অদু থম্বোই লংথবোই তৌরগা মাঙ্গোন্দা ঙেক ফমথে।

ঙাইহাক লৈরগা বা-বা লাউনরকই। বোম পোকখায়বগী, নোংমৈ ময়াম কাপ্পগী ঈ-পাউ শন্দোরকই। পাউ তম্নবা খুদিংগী খরা খরা খেন্নে, মান্নবসু খরা খরা য়াওরি। অহানবদদি বোম পোখায়বদা সি. আর. পি. মরি শিরে, তরুক্না য়াম্না শাথীনা শোক্রে; অদুগা নোংমৈ কাপ্পদা মীচম মঙা শিরে, শোকপদি মশীং লাকঙমদ্রে হায়না পাউ তম্নরকখি। অদুদগী খরা লৈরগদি মথং মথং মশীং হন্থরখি।

নাগমপালগী য়েনশাং-নাপী থাফম দুকান পরেং লৈরিবদুদা সি.আর.পি. গাড়ী থামদুনা লৈবা জাৎনি। নহারোল খরনা মদুদা খঙহৌদনা বোম লংশিল্লক্নুনা পোকখায়বনি। খুদক্তা সি.আর.পি. কয়া শিরবা, কয়ানা শোক্লবা অদুদি হায়বা ঙমদ্রে। গাড়ী অদুদি লৌবা য়াদ্রে। অদুদগী সি.আর.পি. শিংনা মাইকৈ শলাই খঙদনা নোংমৈ পংকাপ্পা কাপ্পনি। বাজারগী মফম অতৈদা ডিউটি তাবা সি.আর.পি. শিং অদুসু য়াওশিল্লখিবগী বানি। খুয়াথোংদগী কৈশামপাৎ ফাওবা ইম্ফালগী অকোয়বা শীন-থুংনা পুংখায় অমরোমনি নোংমৈ কাপ্পদো। খ্বাইরম্বন কৈথেল তুমিৎ ফাওবা পাইখিদ্রে, দুকান পুন্নমক থোঙ লোনখ্রে। সিফাই নম্ভনা লম্বীদা কনামতা উখিদ্রে।

ঈ-পাউ অতৈসু হায়নরকই। কাংগী হৈ-রানচিংবা পোৎচৈ লৈরুনি হায়দুনা চৎনখিবা নুপী-অঙাং ময়ুমদা হন্নরক্তবসু য়াওরি। মচা-মশুশিংনা

থিরুগদবসু চখোক্কদবা কিনরে। কনাগুম্বনা হায়রকপসু য়াওরি, — লাই নুমিৎসিদা বোম পোকখায়হল্লিবসিবু। মীচম শিরগা কনাগী করি কান্নরিবা?

চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা নুংথিল ইবেম্মালগা বারী-বাতাই ঙাইহাক শান্নে। ঙসাইদগী হংনীং হংনীং লৈরকপা বা অদু মতাং চারদুনা হংণ্ডি, "ইবেম্মা, ইতৈদুবু কদায় চৎখিগে? ঙসাইদগী উদেনে।"

তাহমীংদবা মচেমদো কদায়দগীনো হেক তাথোকখ্রমান্নে, খুল্লকই, "ঙসি ছুটিনিয়ে ইবেম্মা। ছুটি নুমিৎ অসিদি নতৈখোয় চিনখ্রপোৎনি; ঈরু-মায়থজবা শংপোৎ নত্তে, চাক-ঈশিং ককা নীংশিংপোৎ নত্তে। অয়ুক ঙন্তানা থোকখ্রবনি। কনাগীদনো ফম্মমগনি। হয়েং নোংঙানবা ফাওবনি ফমগদৌরিবা।"

"থাইনগী হৈনবীদো তোকখ্রিবোইরে?"

"কদায়দগী তোক্কদগেনে।"

"নহারোলনা চৈরাক তৌবদগী ফরে-ককা হায়নবদাইনে!"

"কদায়দগী ফরুগবনো? জুবার শান্নরিঙৈদা ফাদুনা নহারোলশিংনা মরু কোক্রুম্নবনি। য়ু ঙাওরিঙৈদা থেংনদুনা নিংথম-থাগী অহিঙদা খোংবানগী ঈশিংদা ঈরুপহল্লম্নবনি। নোং-নিনিদি ফরম্মি, খরা লৈরগা মথি হেক্তা ফোংঙকই।"

"ঐখোয় লৈকাইদদি নহারোলশিংনা চৈরাক তৌবদগী য়াম্না ফরে হায়নৈ।" লৈকাইদা ময়াম্না ঙাংনবদা তাবা পাউ অদু মচেদা তম্মি।

লম্বী-লমখাং চখোক-চৎশিন য়ান্নবরা য়েংঙুচো হায়দুনা থাখিবা নুপামচা অদো হল্লকই, হায়রৈ, "য়ারনি। মী চৎনরে। রিক্সা-ককাসু থোক্করক্কে। লৈকাই লৈকাইদা কাং পুথোক্করকপসু য়াওরে। অদুবু কৈথেলদি হাংদে, দুকানসু লোইনা থোঙ লোল্লি।"

ময়ুম য়ৌনীংবনা খ্রো খ্রো খোৎলবনি মহাক। থীন্দনা মফি-মরোল হোংদোকই।

"ইন্দোচা", ইবেম্মালনা কৌরকই। "নঙগী ঙারুবাকসিদা ঙা য়াওরিবরনে?"

"য়াওরিবনিনে। ঙসাইমখে ইকাউ হেক কাউথোকই মিহুন পুম্নমক থগৎখিবদুদা।"

"হোয়নে য়াওরিনে," ইবেন্মালনা ঙাক্লবাক্তো হাংদোক্লগা হায়রকই। "শারেং অমগা রৌ অনীগা।"

"হাই, করি য়ানোনে?" চঙশিন্দুনা য়েংঙি। মশা পুম্বা শ্বাই লাউই। কদায় মাঙখ্রবা ঙাশিং অদুদি। লোইরেদনা তৌরিসিদি, কোকচাওবী কাদুনা ফমথে। কদায়দা তাহৌরবা জাৎনো? কৈথেন্দা তূশিনবদুদা ওইরমগদ্রা?

ময়ুম য়ৌবদা নুমিৎ তানীং-তমাং ওইরে। লাকত্রে লাকত্রে হায়দুনা মহৈ মহৈ পাখৎনদুনা লৈরম্মি। মহাক উবদা ময়াম অদো শিরুরবা মীনা হম্লকপদা তৌবা অদু মঙায়খ্রে।

নোংঙানবগা নুংতিগী তৌবা মতৌগুম কৈথেল চৎকদবগী থৌয়াং তৌই। মদু উবদা মচানুপী অহন্না হায়রকই, "ইমা, ঙসিদি কৈথেল কারুরনু। ঈরাং মতাসিদা তম্বা ঙমদে।"

অদুবু কৈথেল চৎত্রগদি করিনো তৌদোরিবা! ঙরাংসু শেন তপ-তানা মাঙখ্রে। ঙসি খরা ফুগৎনবা তৌদ্রদি করম হায়না তৌনি। মচানুপীগী মিংজন-শেন, মচানুপাগী লাইরিক লৈনবা ...., অদুদগী......।

খ্বাইরম্বন য়ৌবদা মী খরদি লৈরম্লে। অদুবু তৌরিবা ঈরাং মতাসিদা মী পংকা-কানরকদবদি মান্দে।

ঙরাংগী ঙা খরা অদু য়োম্থোক্লবা চামথোক-খোত্তোক্তুনা মচু-মমেন শঙজিন্দুনা হোৎনৈ। খরা পংতক-শুতকপা মী লাক্লগা মরাইনা লৈজখিনি। কৈথেল পোৎফম খরা খরা হাংদোক্লবা হৌরকই। কৈথেল মতৌ খরা খরা মাল্লকই। মাগী ঙাক্লবাক মথক্তা লৈরিবা শারেং অদু মীগী মিৎয়েং চিংশিনবা ঙম্বদি ঙম্লমাল্লে। নুপা অমা চংঙক্তুনা শেত্তুনা ফাকতুনা য়েংলৈ, অদুদগী করিমতা হায়রমদনা চৎকে তৌরি। শাউনীংমনখ্রদুনা মহাক্না লাউরি, "করিনো তাদা, মমল-মথা অমত্তা হংঙমদনা তুমিন্না চৎপিরিসিবু? খুলাংখাং কৌদ্রি, তুমিন্না চৎপা য়ারোই।"

নুপা অদো ইকাই-ইকাইনা হুজিল্লকই।

তাঙ্গা অদুমক্তদা কৈথেলনুপী মরি-মণ্ডা প্রপ প্রপ লাকই, হায়রে, "ঙাইখো ঙাইখো, ঙারুবাক খুমজিনখো। ঙসি কৈথেল ফম্বা য়ারোই, কৈথেল বন্দ। হৌজিক হৌজিকমক কৈথেল নুপী ময়াম চিফ-মিনিষ্টারগীদা চৎকদৌরিবনি, বাজার মনুংদা সি.আর.পি. থম্বা য়ারোই হায়রুদৌরিবনি। কনামতা চিখবা য়ারোই।"

"ঐবু ঙরাংসু.....।" মহাক্না হাইফেৎতা শোঞ্জে।

"করি? ঙারুবাকতো হৈদোকউরা? অসিবু ইশা ইশাগীরা? লৈবাক্কীনি হায়বা খণ্ডব্রবরা?"

মখা তাবা ঙমদে মহাক। মখোয়না হায়ররিসি চুমদে করম্না হায়গনি। য়ানীংদ্রসু য়ানীংদনা ময়ামগী মতুং ইনবা তাবনি।

কৈথেল নুপী ময়াম হৌদুনা চিফ-মিনিষ্টার উন্নবা চৎলি। পুলিশ ময়াম অমসু মখোয়গী তুংদা খরা মাঙদা খরা চৎলি। ফনা কুইননি চিফ-মিনিষ্টারগী থোঙ্গালদা ময়াম লৈবদো, খরমনা লেপতুনা খরমনা ফমদুনা। নুংশাদুদা হুমাং জ্ব জ্ব শিম্থবসু য়াওরি, মকোক ঙাওরে হায়বসু য়াওনরকই, ঈশিং খৌরাংঙে হায়নবসু য়াওরকই। অদুদগী করি তৌখিবা মহাক করিমতা নীংশিংবা থোকত্রে।

নর্সনা লাক্কুনা হিদাক লিক্লি অদু লৌথোক্কদগী তৌরবা অদুদতা জ্ঞান খংতা তারকই। হিদাক লিক্লি অমগমুক শিন্দোক্কদৌরিমাল্লে।

মমিৎ অদো ফজনা পাঙথোক্লবা হোৎনৈ, মনাক্তা ফল্লিবা ময়াম অদো য়েংগে তৌরি, অদুবু ঙমদে। মখুৎ-মশা অদু থাঙ্গৎকে হোৎনৈ, থাঙ্গৎপা ঙমদে। করিনো তৌরিবসিবু ভাব তাদে। হকচাং পুম্নমক পঙথগ্রবা জাৎলা? হকচাং শিথবী হায়দুরা। মখোয়গী করিনো "পেরা...." করিনো অমা হায়বদাইনে......মমিং অদো নীংশিংবা থোক্তে।

কদোমদগীনো মিৎকুপ অমা কান্নদনা নাহেখোন অমা খোম্থাংঙম য়ৈরে, "বারেদা ঐনা ব্বারিসে!" খঙদে কদোমদগী থোরকপা নাহেখোলনো কনাগীনো, মহাক মশামক্কীবু ওইরিগদ্রা।

# অরোইবা ৱাহৈ

চহী কয়ামুক্কী মতুংদনি ব্রজকিশোরনা ময়ুমদা লাক্লিবসি। দিল্লী, বোম্বে, মাদ্রাজনচিংবদা লৈরিঙৈদদি মরক মরক্তা, চহীগী অমুক্তং ওইরবসু লাক্লম্মী, লাক্লগা মঙা-তরানিতং ওইরসু লৈবা ফংলম্মী। ভারতকী ৱাংমদা পোষ্টিং তাবদগীদি তোয়না লাকপা ঙমখিদ্রে, করিগুম্বা লাকপা থোক্লগসু ময়ুমদা কুইনা লৈবগী তাঙ্জাদি ফংখিদ্রে। মশকতা উৎলম্লগা হেকতা হনখিবনা অয়াম্বনি। ইমুং-মনুং অমদি কৈরোই লৈকাইগী অহন-লমন অমসুং মরূপ মপাংশিংনা খরা কুইনা লৈহন্নীংদুনা হায়, "নঙগীসে ফোটো উৎপা লাক্লিবনিনে।"

অদুবু উপায় লৈতে ব্রজকিশোর। সরকারগী চাকরীগা প্রাইভেট কোম্পানীগী চাকরীগা য়াম্না খৈন্নে। সরকারগী চাকরীদদি থবক ফজনা তৌব-তৌদবগা প্রোমোসনগা থোইনা মরী লৈনদে। প্রাইভেট কোম্পানীদদি থবক ফজনা তৌদ্রবা প্রোমোসন ফংবগী ৱা লৈতে, অদুনা মশামক্কী থবক্লি হায়না থবক তৌবা তাই। থবক ফজনা তৌবগী মপান্ননি চাউখ্রবা মান্টিনেশনেল কোম্পানী অসিদা মহাক্না মথং মথং ফম কাদুনা তোলোব চাউনা চারিবসে।

হন্দক্তি কুইদ্রি ইণ্ডিয়াদা অমুক হল্লক্লবনিনা ছুটি খরা শাংনা লৌরগা ময়ুমদা পোত্থাদুনা লৈগে খল্লে। অদুবু বোম্বেদা অমুক্তা চৎলুখিবা তারি। মার্কেট-সার্ভেগী রিপোর্ট অমা হেড ওফিসতা পীরুখিবা তারি, মসিগা মরী লৈননা অকুপ্পা ৱাফম কয়াসু নৈনরুখিবা তারি। অৱাং-নোংপোক লমদমদা মার্কেট-প্রোসপেক্ট কয়াম লৈবা, এরিয়া ওফিস অমা হাংবগী দরকার লৈগদ্রা অসিনচিংবা থিজিনবা লাকপনি। অৱাং-নোংপোক্কী লমদম অয়াম্বা য়ৌরুরে, মণিপুরদগী ঙসিতা লাক্লিবনি।

টেক্সিদগী মপোৎ-মচৈ থাংদরগা ইমুংদা মহাক্কী কাদা চঙদুনা ফমথবতা ঙায়রি মমানা হংঙি, "কৈদৌরে ঙরাং লাক্কনি হায়রগা? ঐখোয়দি অসোমদা কয়াতা . . . .।"

"ঙরাংদো ফ্লাইট কেন্সেল তৌদুনা লাকপা য়াদ্রবা।" ব্রজকিশোরনা খুমই।

অদুদগী মমানা অমুক অঙাংশিংগী বা হংঙি। মখোয়দি করম হায়না লৈহৌরি, লাক্কে হায়দ্রা . . . অসিনচিংবা। ঙাইহাক বারী-বাতাই শারগা মশা অদু তেকখৎনবা মমায় মমিৎ তাথোকলুরে। মনাওনুপা রাজকিশোরনা পোকপা লৈশাবী পুংকক ফারক্লবী সুমতীনা চা পীরে, "ইপঙৌ, চা।"

চা অদু অমুক-অনীরক চুপ্লতা ঙায়রি কনানো অমনা মপান্দগী কৌরকই, "ও কনা কনা লৈবগে? ইনে, ও ইনে!"

সুমতী প্রপ প্রপ মপান্দা থোকখি, হায়বা তায়,

"হাইমা মামো ওইরে, লৈ লৈ অবোক লৈ।"

"ব্রজকিশোর থুংলরে হায়ববু চুমব্রা?"

"চুম্মি মামো, ইপঙৌ থুংলরে।"

"কদায় কদায়, কদায়দা লৈ? তাবগা উম্ননীংদুনা লাক্লিবনিনে।" দারি মপান্দা সেঙেল লৌথোকতুনা থম্লমলগা মাঙ্গোন্দা কাখৎলকই।

"সোমদা সোমদা মামো।" হায়দুনা সুমতীনা ইমুংদা পুশিল্লকই।

"জয় জয় ইবাই, " ব্রজকিশোরনা মখুৎ লৈবাক শোকতুনা খুরুমই। "অনা-য়েক লৈবিদেকো!"

ব্রজকিশোরখোয়গা বোকুলখোয়গা করি থোইদোকপা থোক্লবা নত্তে, কৈরোই লৈকাইগী সেবোৎ মরী মাইরেন মরী হায়দুনি। অদুবু থাইনদগী মিংগৌদি অদুম নাইনরকই, অদুনা মরী অমদি থোক্লবগুম অদুম তৌরকই।

"হোয়, থোইদোকপা অনায়েকপুদি লৈতে, অদুদা . . . .। ফরে কোল্লা হায়রগে," বোকুলনা খুল্লকই। "নঙ লাক্লে তাবদা উম্ননীংমনখ্রদুনা চংঙক্লিবনি। ঙরাং লাক্কনি-কা হায়না তাবা। ঙসিনা অসুক থেঙলক্লিবসিনা

করিগীনো?"

"নোং-নুংশিংকী ফীভম ফত্তদুনা ইম্ফালদগী প্লেন থেঙনা থারক্লবা। ঐখোয়দি পাইবু পাইররোইদ্রা হায়না নুংশা থীনরুরবনি। ঙরাংসু ফ্লাইট কেন্সেল তৌরেদো। ঙসিসু হায়রিসিনি মথক্তা লৈচিন্না পুংমম মম্বা।"

"হোয়, এরোপ্লেন হায়বসে চেকশিন্দবা য়াদেদো। ফরে ফরে, শোয়দ-ঙামদনা থুংলরিবসে। পুন্নমক ঈশ্বর মানা ফননবা শীনবা ঙাক্তনি।"

ঈশ্বরদা থাজবা থম্বা, হীরম পুন্নমক মঙোন্দা শিন্নথোকপা হায়বা শাস্ত্রগী পাউতাক অসি বোকুলগী লু-তোংদা অঙাং ওইরিঙেদগী হৌনা ঈচেল অমা ওইনা চেল্লক্লবনি হায়বা য়াই। চহী য়ামশিন্নকপগা ঈচেল অসি পাক-শনবা হেঙ্গৎলক্লি। পাঠশালাগী ওজানি বোকুল। ওজা ওইবা হায়বসি, পিক্লসু চাউরসু, সমাজগী ফিদন্নিংঙাই মীশক অমা ওইগদবনি হায়বসি মহাক্কী লেঙদবা থাজবা অমনি। ক্বা চাদে, চুরুপ-বেরী থকতে, য়ু-জুৱারদি লাপথ্রে। ছাত্র-ছাত্রীশিংদা অদু তৌগনু, অদা তৌগনু হায়দুনা পাউতাক পীরগা ওজানদি মদু ঙাক্তবা, মসিনি মহাক্কা য়াম্না য়ানীংদ্রিবা। শম্না হায়রবদা, লৈবাক-খুন্নাইনা পামদবা থবক, লৈবাক-খুন্নাইনা থীনা ঙাঙনগদবা থবক মহাক তৌদে, তৌদনবা হোৎনৈ। মহাক্কা হৌমিন-কামিন্নবশিংনা কর্ম-জন্ম নত্তনা অতৈ থবক ঈনখাং চৎপদা খোংগ্রাউ শেৎপনা নুংঙাই হায়দুনা খোংগ্রাউদা ওনশিনখ্রবসু মহাক্তি ফৈজোম থাদে। স্কুল কাবদা নোংমতা চন্দোন-চৱা থিন্দনা কাবা মহাকপু উদ্রি। অদুনা খুন অসিতা নত্তনা অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গংশিংগী মীপুম খুদিংমক্লসু জাত-ধর্ম খায়দনা মহাকপু ব্যবহার তৌই। শাগৈ-নাতৈ মরূপ-মপাংশিংগীতা নত্তনা অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গংশিংগী য়ুমথোং খুদিং হাও-ময়াং খায়দনা মহাক্কা খঙনৈ, মখোয়গী অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা মহাক হেক্তা থুংলুই।

"নুপী-অঙাংদি য়াওরক্তেনে?" বোকুলনা হংলকই।

"হোয় য়াওরক্তে, বোম্বেদা লৈহৌরি। পরীক্ষা লৈবা য়াওনদুনা পুরকত্রবা।" ব্রজকিশোরনা খুমই।

"হোয় হোয়, পুরকপা য়াদবা মতাং থোক্লগদি খঙদ্রে, অদু নত্রগদি খরা খরা পুবিরকউ। নত্রবদি খুন অসিগা মরী তৎনগ্রনি। অদুগীসু মথক্তা

মখোয়না লাক্লগা ৱারী ৱাতাই তৌরবদা খুন অসিগী অঙাংশিংসু বুদ্ধি-লৌশিং থোক্কদৌরিবনি, ৱাখল-মিৎয়েং পাক্থোক-চাউথোক্কদৌরিবনি। ঐদি হয়েংমক নঙনবু শংলবদি স্কুল ছুটি মতুংদা খুন অসিগী অঙাংশিংদা ৱারী তৌহন্নীংঙিবনি, নঙনা ইংলেণ্ড আমেরিকানচিংবদা উরকপা খঙলকপশিং অদু। অহল্লোনসু তাবা য়াওজনি।"

ওজাতা ওজানি ইবাই-বোকুল অসি, ব্রজকিশোর মতোমতা মপূক্কিংদা খল্লি, অদুদগী হায়রকই, "হোয় ফনি, নুংঙাইবা ৱানি, মতম কুইনগী মতুংদা ময়ামগা পুন্না উন্নবা ফংবা লাইবক ফবনি।"

"ফরে দুদি শোয়বা য়াদ্রে। অদুগা ৱা অমগনা, মগিনা ইমুং-মনুংগীনি। হংচিৎ ইমাগী দিন তারি। নঙ য়াওদবা য়াদে, হয়েং বার্তোনসু য়ৌহল্লকনি।

"হোয়, য়াওজগে, বার্তোনি অমুক তৌরকত্রসু য়ারে।"

"ইনেসু য়াওহনজনীংবনি," ব্রজকিশোর মমারোমদা ওনশিন্দুনা বোকুলনা হায়, "অদুদা আনিসিননে ইমা-ইচা ইমুং-মনুং লোইনা কায়নহল্লে। কর্ম-জর্মদা চঙনহল্লে।"

"হোয়নে ঐসু য়াওনীংবনিনে। ইতাদো নুংশিনে।" হায়রগা ব্রজকিশোর মমা মমিত্তগী মপি তৈথোকই। বোকুল মমাগা মহাক্কা মতা শান্নবনি, য়ান্না লুনা তিন্নজবনি। অহন ওইরকপগী হৌনবী লৈখিদ্রবী মতা অদু নীংশিংলুবদা মমিত্তা পিরাং ঈহৌরকপা খঙহৌদে।

"থাইনা ভান তানদ্রিঙৈদা তৌনরবা আনিদু হৌজিকসু তৌনরি-বোইরে, তাইবংপান্না অসুক শাথীনা হোংলবা ফাওদা?" ব্রজকিশোরনা নুংঙাইতবগা লোয়ননা হায়রকই।

"হোয়নে তৌনরিনে। মসিতা তোকখিনবা তৌবসে য়াদ্রে। অদুবু নঙগীদি বেরা লৈতে। নঙদি মপান্দা লৈবনিনা অমবু ওইরবসু অমবু ওইরসু চঙবা য়াই।" বোকুলনা শেংদোকরকই।

তাঙ্গা অদুদা মী অনীহম চংঙকই, ব্রজকিশোর লাক্লে তাবদা উন্ননীং দুনা। ওজা বোকুল লৈরম্বা উবদা অমনা হায়রকই, "ওজাদি অসিদা

লৈরম্মি, আসোমদনা কন্না খিনহৌরি, ওজাহোয়গী ইবোতোম্বীদো অথিন-অরেং তৌরি হায়দুনা আলিপুর হোসপিতালদা পুখৎকদগী তৌহৌরি।”

“ইহে ওদ্বোকপনি ঐগী থবকসে, ঙাইহাক্তা পোত্থাবা য়াদবনি। হোরেন হুইরেমগী ষষ্ঠী পূজাসু লৈরি। ঐ য়ৌগ্নগে অদুদি।” হায়রগা বোকুল হৌগৎলকই।

“ফরে ফরে চৎলো ইবুঙো।” ব্রজকিশোর মমানা হায়রকই। মচানুপারোমদা অমুক ওনশিল্লকই, “ইবুংঙো নঙসু হোরেন ঙাইহাক্তং য়ৌরুচো, কন্না হায়রম্বনি নঙ লাক্কনি তাবদা। হুইরেমগী চাউয়াইমদো মতম কুইনগী মতুংদা মশু-নুপা অমা ফংজরবনি।

ষষ্ঠীপূজাদগী হল্লক্লগা চাক-ঈশিং চানরগা ময়াম বারী ঙাইহাক শানরগা তুম্নরসি হায়দুনা ইমুংদা চঙনবতা ঙায়রি, কদোমদনো ময়াম খৎন-য়েনবদৌনা বা বা লাউনরকই। মপান্দা অমুক থোরকই মচিন-মনাও অনীমক। মখারোমদা মাল্লি খৎনরিবদো। অঙাং খরা শূমাং ফাওদুনা চৎখি, মখোয়দা হংঙি, “কৈদৌনরে লাউনরিরবসে?”

“পাখং-মচাশিং য়ু-ঙাওরগা ফুন-চৈনরিবা।”

“য়ু য়াম্না থক্লরবা জাৎ ওইরে?” ব্রজকিশোরনা হংঙি।

“হায়দুনা কাম্নদ্রবা জাৎনি।” মনাওনুপা রাজকিশোরনা খুম্মকই।

তাবদা মথবায় অদু চান্নবা নুংঙাইজদে ব্রজকিশোর। ঙসাইতা ষষ্ঠীপূজা মফমদা ময়ামগা বারী তৌমিন্নরম্লিবনি, খুন অসি চাওখৎলে, নুংঙাইরে হায়দুনা। ইলেকট্রিক্কী মৈ লাক্লে, তোতিগী ঈশিং য়ৌরক্লে, জিলাদগী জিরিবাম ফাওবা রেল-লম্বী খুন অসিগী মনাকমক্তদা চেল্লরে, রেডিওদগী হেন্দোকতুনা টি-ভি লৈনরে, টেলিফোন থম্নবসু য়ুম মরি-মঙা য়াওনরে। থাইনা লৈরম্বা ফীভম অদুদগী কয়াম শাথীনা হোংলবা। অদুবু অঙানবা মরক্তা অমম্বসু য়াওরক্লি। অমম্বসি য়াওরমদ্রবদি কয়াতা ফগদবা, ব্রজকিশোর মতোমতা খঞ্জে। মখোয়না নহা ওইরিঙৈ চহী কুনথ্রারোম মমাঙ ফাওবদা খুন অসিদা য়ু থকপদি লায়রদুনা শোকপ-পনবা ফাওবা মাংঙি হায়দুনা খন্নরম্মী। অদুগা হৌজিক্লা য়ু থক্লগা ঙাওশিন্নরবা, ইফোং ফোংনা ফুন-চৈনরবা।

"ইপন্থো," সুমতীনা কৌরকপদা বাখলগী লংলা অদু তংখি। "ফম থারে, অবোক্লা তূম্লসি লাক্লো হায়রে।"

মতম কুইনগী মতুংদা ময়ুমদা লাকপসিদা ঙসিদি করিগীনো খঙদে ব্রজকিশোর মমাগী মনাক্তা তূম্নীংবগী ঈথৌরাংবা অমা খংপোক পোক্লকই। অঙাং ওইরিঙৈদা মমাগা তূম্বা ফংহৌদবদুগী হৌজিক্তা অহন ওইরবা মতম অসিদা পোক্লকপা ঈথৌরাংবরা। ঙসাইনা ষষ্ঠীপূজা চৎলমদাইদা সুমতীদা হায়রম্লবনি, "নবোক্কী মনাক্তা ঐগী ফমদো থাউ, নবোক্কী মনাক্তা তূমগে।"

নীংশিংলকই ব্রজকিশোর অঙাং ওইরিঙৈদা মবোক্কা তূমিন্নবদো। মমানা নাউরোন খূমনবদগী ওইরিগদ্রা মমাগা তূমিন্নবা ইফং ফংলক্তে। জ্ঞান খরা খরা তারকপদা মচেগা মহাক্কা মবোক্কী মনাক্তা অদুম লৈরম্লে। মখোয় অনীতা নত্তে, মপন্না পোকপা মচীন-মনাও অনীমসু। নীংশিং-লকই, কালেনগী ওমচাক্লরবা নুমিদাংদা পাক্লবা লীফক অমা থারগা চাউরবা কাংখলগী মনুংদা মখোয় ময়াম ওন-থোইবদো, মবোক্লা চাউখ্রবা হুমাই অমা পায়দুনা হুন্ন-হুন্নদুনা মশূশিং শুন্ননবা হোৎনবদো। নোংমা ফাদোকসু ফুঙ্গাবারী তানা তানা মখোয় তূমথখি, — হনুবা হনুবী পান থাবগী বারী, পেবেৎকী বারী, কবুই কৈওইবগী বারী . . . . ফুঙ্গাবারী কয়ানি, লোইবা নাইখিদে, হঞ্জিন হঞ্জিন লীরবসু অদুম তানীংখি, তানা তানা তূমথখি। নোংমা ফাদোকসু বারী লোইরবা মতুংদা নত্রগা বারীগী মহত্তা নাউশুম ঈশৈ তাহনখি, —

ও ইমা,
ঐসু খরা লাক্কেগবা।
নোং চুই লাক্কনু,
পে তূপতুনা লাক্কনি।
লম্বেল নাম্লি লাক্কনু,
চৈশু শুদুনা লাক্কনি।

ঈশিং চাউরি লাক্কনু,
হি তোংদুনা লাক্কনি।

. . . . . . . . . . . .

. . . . . . . . . . . .

মশূশিংনা তুমউ হায়বা ইয়ামক য়াদ্রবদা মবোক্কা নিদ্রা দেবী কৌরকই, —

ও নিদ্রা লাকওবা,
ইশূগী মিৎতা তোংলরোবা।

নিদ্রা দেবীসু থীন্দে, তাবগা হেকতা লাকমান্নে, মশূশিংগী মমিৎতা তোংলে। মশূশিংবু লুনা তৌজবী, মশূশিংগীদমক বাজখিবী মবোক অদো নীংশিংলুবদা ব্রজকিশোর মপূক্লিং ঈনৌ নৌথরকই। মবোক অদো হৌজিক ফাওবা লৈরম্লবদি কয়াতা নুংঙাইজগদবা!

তুম্বা চঙবগা মমানা বারী তপ্না তপ্না শাবা হৌরকই, "ইবুঙো, ইমানা নঙোন্দা বা অমতং হায়গে হায়গে খল্লক্লিবসে কুইরবনি। ইমানা নীংলিবসে থুংহন্দবা য়াদবনি। ঐননে কুইনা আশা তৌরক্লবনি।"

ব্রজকিশোর মপূক্লিংদা হাইফেৎ নোকচৈ, মমানা হায়গদৌরিবসে করি ওইরমগদবা মদোমদা থোইনা খন্দনা হায়রকই, "করিগী থুংহল্লোইদগেনে? ইমানা নীংলিবদো করিনো হেক্তা হায়বিয়ু।"

"সিনিমা নঙসু খঙলিবদুনি," মমানা হায়রকই। "থাইনা, ইনেমবোকখোয় অহন-লমনশিং লৈরিঙেদদি নচে-নচনশিং লোইনা জগোই রাস অহুম-মরিরক য়াওখিবা ঙাক্তনি, মকোক চিংবসু য়াওনখ্রিবনি। মতম অদুদদি খুন খুন খুদিংগী জগোইসে কৎনরম্মিদো।"

নীংশিংলকই ব্রজকিশোর, মখোয়না অঙাং ওইরিঙেদা খুঙ্গং অসিদা চহী খুদিংগী অমনা নত্রগা অমনা জগোই রাস কৎনবদো। খুঙ্গং অতৈদসুনি। তৌবতবু মখোয়গী খুঙ্গং অসিনা অতৈদগী চাউবা হেনবনিনা জগোই রাসতা নত্তনা অতৈ অতৈ হরাও-কুম্মৈসু তোয়বা হেল্লি। শূমাংদা

শঙ্গোয়দা মাগোপতা নুমিৎ কয়ানি চুপ্পা জগোই তম্বদো মহাক উহৌরি, খওহৌরি। জগোই রাসগী ঈশৈসু ফনা ফজনা ফাহৌরি। নীংশিংলকই — জিরিগী চীংথাংখোম্বীনা সুত্র ফম্লবা, ভাতৃগী পূর্ণিমা বেন্নাকান্দিগী চন্দ্রজিনীখোয়গুম্বনা গোপী মরক থেৎলবা — অদু ওইরদি লোইরে। মীনা চিং-চায়বা গুম্বপোৎ নত্তে। অদুক য়াম্না তিনখ্রবা ভাবোক অদো চীংথাংখোম্বীনা অমুক্তং হেকথরকপদা তৃমিন তৃমিন। হৌজিকসু কাউদ্রি চীংথাংখোম্বীনা ভঙ্গি পরেং য়ৌরকপদা হেকথবদো —

গগণ চান্দ,
লুকাই আছে গো
চান্দ লুকাই আছে গো।
আজ কালো মেঘের কোলে
এ কিবা চান্দ . . . . ।
তারাগনে যেমনি রাধা সংগে
রাধা সংগে
ঘেরে গোপীগণরে . . . .।
. . . . . . . . . . . . .
নীলমণি কান্তি যিনি
সুরমণি কান্তি যিনি
তোমালো কনক লতা যেনো
জুরাবলরে . . . . .
নীলমণি কান্তি যিনি।

"কৈদৌরে ইবুঙো তৃমিন লৈখ্রবদি, তৃম্লবরা?" মমানা হায়রকপদুদা ব্রজকিশোর জ্ঞান খংতা তারকই।

"কৈসু তৌদে, তুমদ্রিদা। ইমানা জগোই রাসগী বা হৌদোরকপদুদা থাইনা জিরিগী চীংথাংখোম্বীনা সুত্র ফম্বদো নীংশিংলকইবা।"

"নীংশিংলিবোইদ্রে নত্তস্ু। নুংশিদা। নচে-য়াইমনা মকোক চিংবা কুমদুদি কুইনিন্দে চীংখাংখোয়ীগী লক্ষীপুরগী সনাহনবীগা পাদুনা। খল্লরগা মতম অদো নুংশিদকো। হৌজিক্তি কৎলখিদ্রে জগোই রাসকা। অদুনা খল্ল খল্লরগা জগোই অমত্তং কৎকে হায়দুনা নীংলক্লিবসে কুইরবনি। নত্ত, ওন্থোই-কাদি হায়গনু। সুমতীসে খোঙ্গে-খোন্দা নুংশিগ্রে, তাঞ্জা মেঞ্জাসু কৈ, মকোক চিংহনগে খল্লিবা। অদুগা ইশুনুগী অতোম্বী ইন্দিরাসু ফনা চাউরল্লিনি, মহাক্কা রাধা শাহনগে খল্লিবা।"

"ঐসু ইন্দিরা-মমাগা মরক মরত্তা খররিবনি। অদুদা লাইরিক-লাইণ্ড তম্বা কারগদ্রা হায়দুনা . . . .।"

"খত্তদে-খত্তদে, ঐদি হন্দক্কী মেরা বাফুকপা অসিদা নাদ-য়েকত্রদি কৎনীংভ্তি। থা অনী-হুমতা ত্তায়রে। অঙাংশিং লোইনা পুদুনা লাকউ। কয়া কুইনা পুলিখিদবসু খত্তদে। শিগ্রিগুদা ইশুশিংনা জগোই য়াওবদো অমুক্তংদি য়েংখিগে। ঐনা নীংলিবা আশাসি নত্ত অমুক্তংদি থুংহল্লুকো।"

বারী শানা শানা নুংঙাইরবা বাখল অমগা লোয়ননা মমা-মচাদো তুমথখি।

নোংয়াই মতুং পুং কয়া তাররিদবা খত্তদে, লমহুই খোংবা তাবদা মিংকপ থোরকই ব্রজকিশোর। মমাসু মিংকপ থোক্লমায়ে, হংলকই,"তুম্বা য়াদ্রবরা ইবুঙো।"

"লমহুই খোংবো তারিবা। মুংবু নুংশিনে। কুইরে লমহুই খোংবা তাদবা।"

"নখোয়না লৈরিবা লম অদুদা লমহুই খোংবা তাদবোইরে? অনায়েক কল্লমগনিদা লম অদো।"

নীংশিংলকই ব্রজকিশোর অঙাং ওইরিঙুদা অনায়েক কনবা মতমদা অহনশিংনা হায়নবদো, "লমহুই খোংবা তারে, অনায়েক ফরনি।" হায়বদি লমহুই খোংবা তাদ্রদি অনায়েক কল্লি অসিনি।

অহন-লমনশিংনো হায়নবদুগা হৌজিক্কী উমং-বামং ঙাক-শেল্ল, উপাল-বাপাল থাউ হারবসিগা মনুংদা চেল্লিবা অর্থ-মায়বা জাৎলা, ব্রজকিশোর মতোমতা বাখল তৌই। উমং-বামংদনি লমহুইনা লৈরিবসি;

উমং-বামং লৈত্রদি লমহূই লৈবা ওমগ্রে, লমহূই লৈত্রদি লমহূই খোংবসু তাদ্রে। নুংশিংতা অমোং-অকায় য়াওরিবসি উমং-বামংনো শেংদোক্লিবনি। উমং-বামং লৈতবা মফমদদি নুংশিং শেংবগী চাং অসি হেনবা মশানা তাবনি, অদুনা অদুগুম্বা মফমদা অনায়েক কল্লি হায়বসি খঙনবা য়াফল্লি। নীংশিংলকই, অঙাং ওইরিঙেদা মরক মরক নুংখিল পোবোগ্গা মমাগী চীংদা লমহূই খেংনবদো, হূই থৌজিল্লগা অঙাং-শিংনা তান্নবদো। মতম অদুদা মমাগী চীং অসি য়াম্না শোঙলম্মী। থৌজিক্তি ইকোক কোকখ্রে, চীং লুকোকপী ওনখ্রে। লমহূইশিং থৌজিক কদায়দা লৈরিগদবা খঙদে। মনীংগী চীংদি খরা লাপ্পা লৈ, মদুদা লৈরমগদ্রা! মনীংগী চীংবু কয়াম শোঙলিবগে? লমহূইশিংগীদমক নুংঙাইবিদে ব্রজকিশোর।

"য়েংহঙো, ইমা বা হায়গে। নখোয়না বোম্বাইদা য়ুম অমা লৈগনি হায়রিদো, ঐ লৈগনুদি হায়রোই," মমানা হায়রকই, "অদুদা ইপাগী ইপুগী য়ুম-ইংখোল অসিসু কাউবদি চুমদে। হয়েং থবক্তগী পোথারগা অসিদা লৈরগদবনি। অঙাংশিংসু মরী থদংহনগনু। ফরসু ফত্রবসু মফম অসিদা খোয়রী-নাউফম তারিবনিদো। খোয়রী-নাউফম তাফম হায়বসিদি লুপ্লবনি। অদুগীসু মথক্তা শুন অসিদা খুন্দা-লৈতাবা থৌদোকপসি ঐখোয়গী লাই-গুরুশিং অদুননিদো। মখোয়বুসু লঙজবা তৌরোইদবনি। ইমানা হায়রিসে মতম লৈবা থিবিক্তা কাউরোইদবনি ইবুঙো।"

"করিগী কাউগদগে ইমানা হায়ববু।" ব্রজকিশোরনা খুমই।

মচাগী বাহে অদু তাবদা মমা ওইবীগী থম্মোয়না ওমখে লৈতনা পেৈজে, খঙহৌদনা মন্দাকিনীগী ঈহৌগুম মিংলু অনীদা ঈহৌরকই। মমাগী মিংলু অনীদা ঈহৌরক্লিবা মন্দাকিনী অদু মচানদি উদে। মমা-মচা অমুক তুমখে।

উচেক-বায়াগী মখোল তাবদা ব্রজকিশোর অমুক মিংকপ থোরকই। কয়াম কুইরবা নোংঙাল্লমদাইদা উচেক-বায়ানা নুংশিনা খোংবা তাদবা! অঙাং ওইরিঙেদা উচেক-বায়ানা নোংঙাল্লমদাইদা খোংবা অসি, করিসু ওইনা খল্লুদে, খোংফম থোকপগী অদুম খোংবোই খল্লম্মী, মহৌশাগী

মহৌশা ওইনা। অদুবু ঙসিদি মতম কুইনা তারুম্রবা খোঙ্জেল অসিনা থম্মোয়নুংদো নুংশি-ঈথক হৌহল্লবতা নত্তনা কোলোয়-মপাউ অমসু তল্লবগুম তৌগ্নি, বাখল হকচাংদা হরাও-তুজুং অমা পোকহল্লরি।

তুমিন্না মতোমতা হৌগৎলকই ব্রজকিশোর করিগুম্বা মখোল অমত্তা থোকহন্দনা। অহিঙ চুপ্পা ঙাইহাক কাংদনা মিৎকপ থোকতুনা মমানা নীংখিনা তুমখিদবদো মহাক খঙই। অদুনা মমাগী তুম্বা কায়ঙনবা চেক-মোক লাউদনা তুমিন্না মপান্দা থোরকই। মপান্দা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরম্রে। মচীন-মখা শেংদোক্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোরকই। কোম্থোং হেক লাম্থোকপগা অজ্ঞা কৃষ্ণগোপালগা থেংনৈ। চন্দোন-চাবা ঙৌরোক ঙৌনা থিন্দুনা মকি-মরোল ফজনা শেৎতুনা কন্দায়দনো চৎকদগী থোরকপা মাল্লি।

"জয় জয় পাবুং।" ব্রজকিশোরনা খুরুমই।

"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ।" অজ্ঞা গোপালকৃষ্ণনা ওকই, "ইবুঙো ব্রজকিশোর নত্রনে? ঙরাং থুংলবরা? লাকনিদি তাবা। অদো কোয়থোরকউ। পাবুংসু চথোরক্কে। ইতৈমদি কুইনগী মতুংদা মচানুপা অহন উবা ফংবসিদি হরাওজররিনিদো! তাদদো লৈজরম্লদি কয়াতা নুংঙাইজগদবা, মচাশিংনা য়ং য়ং লাউনা পানবসি উবদা।" হায়রগা মপি তৈথোকই, মপি হেক্তা শিম্বুরকপসি অহন ওইরকপগী হৌনবী ওইরমাম্লে।

অজ্ঞা গোপালকৃষ্ণগা ব্রজকিশোর মপাগা লেংগানি, চহী অমত্তগী মচানি। ব্রজকিশোর-মপানা থাদা খরা হল্লি, অদুনা মঙোন্দা তাদা কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মখোয় অনী য়াম্না লুনা তিন্নরকই। ব্রজকিশোরনা বনারসতা লাইরিক তম্লকপসি অজ্ঞা অসিনা হায়বদগী অয়াম্বনি। অজ্ঞা অসি নহা ওইরিঙৈ চহী কয়ামুক কাশীদা লৈদুনা সংস্কৃত অমসুং হিন্দুগী শাস্ত্র কয়া তম্লকই। কাছাড়গী নোংপোক মাইকৈ অসোমদা অজ্ঞামুক লাইরিক হৈবসি লৈতে হায়নৈ, অদুনা সমাজদা মহাকপু সম্মান তৌনৈ। মহাক্না হায়বদগীনি ব্রজকিশোরনা বনারস হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয়দা এম. এ. তমলুবা। মতাং চানরুদুনা ওইরিগত্রা এম. এ. লোইবগা থবকসু মপান্দা ফংদুনা অদুম তৌথখিবনি।

"অদো ইবুঙো," অজ্ঞানা অমুক হায়রকই, "খরা তোয়না লাকউনে। ইপা-ইপুগী য়ুম-ইংখোল অসি নুংশিব্রনে? নঙগী পোকফম-হৌফম খুন অসি নুংশিব্রনে? নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি, জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরিয়সী।"

"অহোয় পাবুং।"

"অদো হৌরেন নুমিদাং চখোরকউকো। পাবুং থেঙখিবা তারে। আ মাসমারাদা চৎকদৌরিবনি। নঙসু খঙলমগনি, মাসমারাগী য়ুম্নাম তা-মোহোরী অদো লৈথিত্রে। খঙদে, লৈবাক অসি মশক নাইবা অহন-কাকন অমত্তা লৈশিল্লকদ্রে। ঙসি শ্রাদ্ধ নুমিৎ থোক্লি। ব্রাহ্মন নিপাল্লা শ্রীমদ্-ভাগবত পাঠ তৌগদৌরি। ঐনা মকোক ওইনা শীন্নুখিবা তারি। থেঙলনি ঐ চৎলগে।" হায়রল্লগা অজ্ঞা গোপালকৃষ্ণ মখোঙ কল্লা থাংদুনা চৎখি, অহন ওইরক্লবসু খোঙথাংদি হৌজিকসু কল্লি।

ঙাইহাক ঙাহৌ ঙাহৌ চখোকলুরগা থোজালদা চংঙকপগা সুমতীনা কৌরকই, "ইপহৌ চা লোইরে, বাবানা ঙাইদুনা লৈরে।"

মচীন-মনাও মাঙোন্দা ফমিন্নে। মৌ-য়াইমনা চা পুথোকতুনা পীরমই, সুমতীসু চঙলকতুনা ফম্লে।

"নবোক্তি হৌগৎত্রিবরা?" ব্রজকিশোরনা সুমতীদা হংঙি।

"হৌগৎত্রি, ঙসিদি কৈদৌরবা খঙদে। নুংতিলীদি শুক্তা হৌগৎপনি।"

"ফরে ফরে তুমজসনু। অদো ইবেম্মা, নবোক্লা জগোই রাস কৎকনি হায়রি কমদৌবা তারি। নঙবুনা মকোক চিংহনগনি, অদুগা ইন্দিরাবুনা রাধা শাহনগনি হায়রি, হন্দকী মেরা থাফুকপাসিদা।"

তাঞ্জা অদুমক্তদা ইমুংলোমদগী মৌ-য়াইমনা পাখৎপোই কন্নিবোই লাউরকই, "সুমতী সুমতী, বাবাদো থুনা লাউ হায়য়ু। অবোক কৈনোমা তৌগ্রে।"

মখোয় অহন্মক প্রপ প্রপ চেনশিল্লকই। মৌ-য়াইমনা মনেমক্তোঙী মপা অদু লোমদুনা কৌরম্মী, "অবোক অবোক।"

মখোয় অহম্নসু চঙশিন্দুনা মপা পায়দুনা লোম্মি, "ইমা ইমা, অবোক অবোক।"

অহন ওইরবী অদু খুন্নক্তে। মমিৎ উইশিল্লি।

অদুদগী খণ্ডহৌদনা ব্রজকিশোর ঙ-খোংনা কপখৎলকই, "ইমা, মেরা বাফূকপদা জগোই রাস কৎকনি হায়বদাইনে। নশূ অনীনা জগোই য়াওবা য়েংনীংই হায়বদাইনে।"

নীংশিংলকই ব্রজকিশোর অহিঙ চুপ্পা মমা-মচা শামখিবা বারীদো, মমানা অরোইবা ওইনা হায়রম্বা বাহেশিংদো।

# চম্মন্নবা যুগ

ফনা থেঙলে মহাক্না য়ুমদা থুংলবদো। পুং মাপল্লোমবু তারন্ননি। মৈসু লাক্তমাল্লে, লৈরক-খুল্লক ইমম-মমই। মমগী মম্লে, লম্বীনগী কুইনা শেম্বিদবদগী কুল্লুক-কুপ্লাক্লে, মখোঙ অদু অমুক অনীরক খুদি থীজিল্লি। অনৌবা লাকপা মী-ককা ওইরবদি ফনা মওং চারোই। লম্বী মতেক অমত্তং চঙবদো অমম্বদুদা ওম্মোক্না নুংঙাইত্রে। থাইনদি অসুম হায়না মন্নমদবনি। মখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা য়ুম অম-মমদা থাউমৈ মুখু অম-নীকা থানবদু অদুম ঙানবোই খল্লম্মী, মদুসু হবা অঙাংবনা থানবা। লেমতোন থানবা ইমুং পংয়াও য়াওনরমদে। ইলেকট্রিক লাকপদগী অমরোমদা নুংঙাইরেদি হায়ববু মৈ লাক্তবা নুমিৎ অসিদি ওম্মোক্না খোয়দৌ শাউগৎশ্রে, অদুঙৈগী থাশিদগী হেন্না মমশ্রে। হৌজিক্কী মোমবতী নত্রগা হবা অঙৌবনা থানবা লেমতোন করিমতা ঙানখিত্রে।

"মণিপুরদদি লোক্তাক্কী মৈনা পুমঙান ঙাল্লিনিদো!"

"কদায়দগীনোদা চপ মাম্নে কাছাড়দা তৌরিসিগা।" বাবায়াইমনা খুমই।

"করিগীনো অসুক য়াম্না থেঙলক্লিসিবু, ইবুঙো?" অহন ওইরবী মমানা হংলকই।

"ঙসাইনা নুমিৎ তাল্লিঙৈনা থুংলরগদবনি। অদুদা মখোয়গী চেক অসিনা হাকমনগ্নদুনা, সিফাই-ও পুলিশ-ও, খুরক হাঙদে, মফম তরামরি-মঙারোমনি, মথং-মথং কৈথেলমানবীদগীনা জিরি ফাওবসিদা। গাড়ীদগী মী পুম্নমক মপোৎ-মচেগা কোম্ননা লোইনা কুমথহল্লগা পরেং শানা লেপহনবা অদুদগী অম-মমতা শেৎতুনা ফাকতুনা চেক তৌবা। চৎহৈপোৎ নত্রেদা চীংলম্বী অসে।"

"প্রেনদা কোক শাইরকপদি কেদৌরি?" মমানা হায়।

"টিকেট ফংদবনিদে। ভাড়াসু চামগাগী মথক য়ৌথ্রে, অদুবু মীসে পংচম্বা চৎনমাগ্রে। অদুদদি গাড়ী লম্বীদা কোক হেক চংথ্রগে হায়দুনা লাক্রবা, তোংজে মরীনদা চত্তবসু কুইরে হায়দুনা।"

"নুংশিদা তোংজে মরীনদো। থাইনা অদুঙে মৌনহা ওইরিঙেদা নপানা শ্রীগোবিন্দ দর্শন তৌরুসি হায়দুনা পুথিবদো, করিমতা অবাবা খঙংপোৎ নত্তে খোঙনা তরেৎনি চৎপদো। মকু, ওইনামলোং অদুদগী খৌবুম . . . . নুংশিথ্রেদা লমদমশিং অদো, লম্বীনা চীংগোনদা লাইরেম মথেক শার-শায়দুনা চৎপদো। অদুদগী লম্মাংদোং য়ৌরমদাই লাইমতোন চীংদোম্দগী মৈতৈ-তম্পাক উবদো কয়াতা নুংশিথ্রবা, পুক্লিং-হকচাং থুক হেক লাউবা, . . . . . মিস্তগী পি তাখিবা খঙহৌদেদো!"

"ঐখোয় ইবোক্কী থাইনা মৌনহা ওইরিঙেগী বারীসে তৌরক্লনি!" বাবায়াইমগী মচানুপীনা হায়রকই।

থাইনা অদুঙে লান হেক লোইরকপগী অদুবাইদা অমুকখক্তং মণিপুর চৎলুবদো মদুতা মবোক্লা তাঞ্জা হেক ফংবগা হৌদোকনি, মী ফার-ফারগা লীগনি। বারী অদু মঙোম্দদি নৌদুনতা লৈরি। অদুঙৈগী মণিপুরগী শক্তম অদু মহাক্কী মফমদদি হোংথ্রি।

"নোয় মাইবুঙোখোয়দি অনায়েক তৌহৌদেদনা।"

"তৌহৌদে, অদুবু মকোকতি শাবগী জাৎতা লোইহৌরে।"

"করিগী"?

"করিগী ওইনি। মতমসিগী ঈরাংসিননিদনা। কাঙবু'মা লাক্কনি লিশিং অদুক পীয়ু হায়রনি, কাঙবু অমমুক লাক্কনি অদুক্তগী তারদি য়ারোই, কাঙবু অমত্তা ওইরবদি থরসু' কপ্পদবা। মারুতী অমা হাকুম লৈবদুসু অহম-মরিরক ওয়ে নহারোলশিংনা পুরুরিবা, মাথা শাথ্রবা পোৎনি। খাঙবা ঙমদদুনা য়োম্হোক্কনি হায়না তৌহৌরি।"

"নহারোলগী ঈরাং'দুবু থরা ফাওবা নেমথথ্রিবরনে?" মমানা অমুক হংলকই।

"কদায়দগীদমাদা, ইরাং হেন্না কনখৎলকপনগীদিনে লখীনা-সিফাইগী চেকসু কনখৎলক্রিবসে। ওসাই ওয়োরসা নুংঙাইতবা থোইদোক অমসু থোকত্রে লায়ীদা। মৈতৈপাঙন মচা অমা সিফাইনা ওয়োরকা থীনা ফুরিত্রে, কাদুনসু থমহৌরে, কয়াতা নুংঙাইখিত্রে।"

থোরাক হেক লাগ্রোক্লগা মৈবা চেক তৌফম অদুদনি। পাঙনমচা অদু মমিং-মনা য়াম্বা সিংই, লোল-জি হৈ, লম য়াম্না তোমনা চৎলবা মী মাদ্রি। কৈথেলমানবীদগীনি মহাক্কা চেক তৌফম খুদিংদা পেসেঞ্জার-সিংগী মপোৎ-মচে থাক্লৎ-থাংদদা মতেং পাংবিরক্রিবা। লমশাঙ চৎলকপগী হৌনবী পেসেঞ্জার অয়াম্বা য়াখনরকই। লমশাং চৎপগীতা নত্তে, লখীনা কস্তবলে, চীং কাবগা কুম্বগা, থেকপগা থোৎপগা, খুগৎকা খুদগদা, মরু ওইনা নুপীশিংদো কনা চোকথনরকই। মথোয়গী মতৌ অদু য়েংবদা নুংঙাইতদুনা চেক তৌরিবা সিফাইদুদা পাখংমচা অদুনা কোক হেক হায়রুই, "লেডিজ লোগোকো গাড়ীমে রহনে দোনা ভাই, বহুৎ থক গিয়া।"

"আরে, মুঝে হুকুম দেনেবালা তুম কৌন হো?" সিফাই অদু ফং শাউগৎলকই।

"শালা মারো, অণ্ডারগ্রাউণ্ডকা লড়কা জরুর হোগা।" নংহৌদে খুপাক্কা শেৎ শেৎ।

"লে য়াও, উসকো বন্দ করো।" ইনবোই ফুবোই তৌদুনা নুপামচা অদো অদুম কেম্প মনুংদা পুশিনখ্রে।

অদুক য়াম্বা পেসেঞ্জার অদো কনামতা করিমতা হায়বা ঙমদে।

"অদুম লৈহৌরবরনে হায়রিসিবু?" মহাক্কী নুপীনা হংলকই।

"হোয়রনে লৈহৌরবনিনে, কয়াতা নুংঙাইত্রে।" অদুদগী মখা অমুক তাথরকই, "নুপামচাশিংসে চেকশিনবা য়ায়েকো। মতম অসে, মথোৎ-মরম খঙদবা চম্মরবা যুগ অমা ওইরে। হায় হাইদনা লচানুপা সনায়াইমদু হৌজিক ফাওবা হল্লকপ্রিসিনিনে।"

সনায়াইমনা বাইক থৌদুনা হজিল্লকপদো কনা থেঙলে।

"করিগীনো অসুক থেঙজক্লিবসিনু?" মপানা হংই।

"ফূনবা খামদোকপা য়াওরুবদগী থেংদোকপ্রবা।"

"কনা কনা করিগী ফূনরিবা?"

"মাইস্লাম তোমালগা চোংথাম বোকুলগা য়ু তপ-তামখৈ থকচিল্লগা ফূনরিবা, হায়রগী মলোমসু খরা লৈনবা জাওনি। মখোয় অনীতা ওইরবদি খরা ফগদবা, য়ু থকমিল্লবা কাঙবু অদুসু খাম্বা য়াওবোই ফূনবা য়াওবোই তৌনবদুদা ময়ামসু খাম্বোই কুম্মৈ য়েংবোই তৌদুনা ওমশিন্নরেদনা। তাঞ্জাদুদা কদায়দগীনো, মতাং চান্নরুবা হায়দুনি, পুলিশকা সিফাইগা গাড়ী মপোং অনী থুংলবগী বানি। কোক্কাই-লুকাইনবা য়াওবা থেংনবদগীদি মখোয় খরা অদো গাড়ীদা অদুম হাপকখ্রে। অদুদগী অদুবাইদা লৈরম্বা পাখং মচামখৈ পরেং শানা লেপহল্লগা অম-মমতা কনানো কনানা থিগংপগী বানি। মণিপুর মচা অমা জিল্লাদা ডাক্তর তমদুনা লৈবা মাইস্লামদা হেক হেক লাকপদো অদুসু ফাখ্রে।"

"নোয়তা য়াওরুনুকো। য়ারিমখৈ চখোকপিরনু। নোয় সিগম্বসিনি হৌজিক মণিপুরদা সিফাইনা পংচিংতা চিংনহৌরিবসে।"

তৌবগীদি মণিপুদতা নত্তে, কাছাড়দসুনি মৈতৈ পাখংমচাশিংবু চিংনবা মিংয়েং অমগা লোয়ননা য়েংনরিবসে। হন্দক লক্ষীপুরদগীগা রংপুরদগীগা লালহৌবা য়াওবা নহারোল খরা ফাখিবা অদুদগীসু চিংনবসে খরমুক হেক্তংখ্রবনি।

নুমিদাং থেঙজিল্লবদুদদি তূম্নরসি হায়দুনা মাগী মাগী ফমুংদা চঙনখ্রে।

তূমথনবা ফূইদ্রি। অহিঙ নোংয়াইগী অদুবাইদা কনা কনানো থোঙ কয়া থীল্লকই।

"কনা কনানো?" বাবায়াইমনা হংই।

"ঐখোয়নি।"

থোঙ হেক হাংদোকপগা মাঙোন্দা পুলিশ খরগা নোংমৈ পায়বা সিফাই খরগা লেপতুনা লৈরম্মী। মৈতৈমচা মানবা অম-নীসু য়াওরি।

"করিগী ওইবিরবনো?"

"ঐখোয় পাউ অমা কংদুনা লাকচরিবনি। মণিপুরগী নহারোল খরা অসিদা লৈ হায়। য়ুম অসি চেক্ তৌবা তারে।"

"ফনি ফনি তৌবিয়ু।" বাবায়াইমনা করিমতা চিংনদনা হায়।

ইমুংগী অঙাং-নুবী অতৈসু হৌগৎলক্রে।

পুলিশসু সিফাইসু ইমুংদা গ্রং গ্রং চঙশিল্লি। অনীহম থোক্লা খায়দোক্লরগা কা-কা চঙদুনা কাংখ-লুখা য়েংখি। উপু-আলমারী লোইনা হাংদোকহল্লগা হুম্বা য়াবা হুমদুনা মাবা য়াবা মাদুনা কোয়থি থি।

করিমতা থেংনদ্রে।

"অসিদি করিনো।"

"ফি ময়োম্নি। মণিপুরদগী পুরকপনি, দুর্গাপূজাগী য়োন্নবা। ঐ ঙসিতা মণিপুরদগী থুংলবনি।" বাবায়াইমনা খুমই।

ময়োমদু হাংদোক্লগা সিফাইশিং অদুনা ফিরোলশিং অদু অম-মমতা শেত্তুনা ফাক্তুনা য়েংই। করিমতা থেংনদ্রে। খ্বাইদগী মখা থংবদা খুদে খরা য়াওরিবদো অমুক ফাকই। করিনো চেজেৎকুম্বা অমা য়াওবগুম তৌই খুদে অমদা থুপচিন্দুনা। থাঙ্গৎলগা কনথবদা চেনা তরামুক পানবা লাইরিকমচা অমা তারকই। ময়াম য়েংনৈ, মখুমদা মুক অঙাংবনা থবানমিচাক য়েকই।

"অসিদি করিনো? নহারোলগী চে-চাং পুবিরিবোইরে!"

বাবায়াইমা চম্মমনৈ। করম হায়না য়াওরম্লিবনো মহাক খঙদে, খুমই, "কদায়দগীনোদা! তশেংনমক ঐ করিমতা খঙদে। খ্বাইরম্বন বাজারদগী খুদে ময়াম তীক্লকপদা অম-মমতা ফাক্তুনা য়েংলকপসু নত্তে।"

"ফনি, থানাদা ঙাইহাক্তং লেঙবিবা তারে। হায়বিগদবা পুম্নমক থানাদা হায়বিয়ু।"

"ঐ হয়েং নোংঙানবগা লাকচগে।"

"কদায়দগীনোদা।" পুলিশ অদো মখোল, কনখৎলকপতা নত্তনা উশিং-থৌওইদবগী মওং অমসু তৌরকই।

ফিরোলশিংদো সিফাই খরনা য়োমশিল্লগা গাড়ীদা থাঙ্গৎখি। অদুদগী বাবায়াইমবুসু গাড়ীদা হাপকৎখি।

# খোম্লাং লমন

"ইবেমা, করিগীনি হায়গে মখোয়না কৌরিদুবু?" ফমদা তাদুনা লৈরিবী কেতুকী-মমানা মচানুপীদা হংঙি।

"খঙদ্রেদা ইমা, করি হায়নবু তমসিবা।" মচানুপীনা নুংশাসোর মপী অমা শাংনা হোৎহরগা খুম্নকই।

মমানা ফমদা তাদুনা লৈরক্লিবসে কুইরবনি। ডাক্তরদসু অনীরকনি পুখৎলুবা, থা অমরোম থা অমরোম লৈরম্বনি। ফগৎলকপগী আশা উরকত্রবদুদা ময়ুমদা পুখরকতুনা ইপা-ইপুগী চৎনরকপী মাইব-মাইবী য়েংহন্দুনা হোৎনরক্লিবসিসু যনা কুইরবনি। মচানুপীনা পংলাপ লাপ্তনা ময়ুম পাম্লম্বসি মরায়বক ফে। নত্রবদি চখোক-চৎশিন তৌদুনা মচানুপীনা মমাগী সেবা তৌবসি ওইথোক্লম্লোই। তৌবগীদি মচানুপীগী মবা-মপুরোইবদুসু মবুক মপাউ ফে হায়বা তাই, নত্রবদি মমাগী মনাক্তা অয়াম্বা মতমদা লৈবসি খরা বারমগনি। নোং-ফাদোক মমানা খজিক-খরাক মশা নুংঙাইদুনা পোখারগদি ময়ুমদা চৎতুনা ইমুং-মনুং য়েংশিল্লুই, কুইরমদনা শৎ হেক লাকই। নুমিৎ নিনি-হুম্নি শুনা মমা থাদোকপা য়াদে। ওরাংসু মরী-মতাশিং অমগী লুহোংবা য়াওদবা য়াদদুনা ময়ুম চৎলুবনি। অহিঙ ময়ুমদা লেকপদু মপুক্লিং তংদানা লেকপা ঙমখিদে। নোং ঙানবগা মমাগী মনাক্তা য়ৌরকপনি। য়ৌরকপগা য়ুমলোম্নবী মনম্মা সখিতোম্বীনা অঙাং থারকতুনা অমুক্তং লাউ হায়দুনা কৌরকতুনা চৎলুবনি।

"তম্মুনে, করি হায়রকপা।" মমানা শোম্লি শোম্লি খঙনীংদুনা তকশিল্লকই।

"য়ুম শায়নি, থা'সিগী মনুংদা চৎনবা তৌরো হায়রে।"

"করি য়ানোনে, চে-চাং ইনখিদুবু ইকুই কুইগ্রিনে। মতম 'দুদা হায়নখিবা য়া'দুবু ........।"

লৈব-য়োলবগী চে-চাং ইনখিবদু কুইগ্রি। চে-চাং ইনবা মতম'দুদা হায়নখিবদি, ইংখোল অসি য়োম্লবসু কেতুকী মমানা হিংলিবা ফাওবদি অসুম লৈজবা অসিনি। মপুয়োইবগী য়ুম-ইংখোল'সিদা অয়োইবা য়াহীপ ভানবা ফংহনখিবা অসিতংনি কেতুকী-মমানা চে-চাং ইনবা মতমদা হায়জখিবা। মদুদা ইংখোল লৈরিবা য়ুমলোম্নবা থাংজমগী রাধামোহন মতৈ-মনাওসু য়াদুনা কেতুকী মমানা খুবী-সোই তৌখিবনি। অদুগা হৌজিক্না, ইকুইবু কুইগ্রি হায়নখিবদু, অদু-অদা লোইনা থম্মগা থা অসিগী মনুংদা য়ুম থালোক্নুনা চৎলো হায়রবা। ঈশ্বর মাতদি উরমগনি। আতুর ভাবা হায়বসি মসি ওইরেকো। কেতুকী-মমা রাখল তৌরমগা মতোমতা মপি তাখিবা খঙহৌদে। হৌখিবা বারী পুম্নমক মীংশিংলক্কই।

ইংখোল মচেৎ অসি মপুয়োইবনা থম্বিরম্বা অয়োইবা সম্পত্তিনি। পুন্সিগী অয়োইবা মিংকুপ ফাওবা মসিমতংদি ভাক্রমগে খনবনি। অদুবু লাইনা অসিনা লাইশক খঙদবা অমা ওইদুনা লাইয়েংবদা শেনতমক চঙবা ফবম-লাকফমদি খঙদবা, কোক শিবিবসু শিবিদবা অসিদনি ফিভম অসি য়ৌরকপ্রিবসি। চহী অহুম-মরি অসিদা মচিং-মচিং চামা লৌ চনি লৌ খঙহৌদনা য়ামশিনম্রিবনি। থাংজমগী রাধামোহন মতৈ-মনাওসু হায়রিমখে চহী খরা অসি পীরকখি। অদুবু শেন য়ামখৎলক্রবদুদদি নোং মা হায়রকখি, "চে অমম্ভংদি ইন্সি। মীওইবা হায়বসি তম্বা ঙমদেদো।"

কেতুকী-মমাসু হায়রিবদু চুম্মি খনখি। মীওইবা হায়বসি ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাউতাক্তে। মীগী শেন তোন্দুনা শিবসু মহাক পামজদে। অদুগা মহাক লৈরিঙেদা চে-চাং শেংদোকপা তৌরমদবনা মরম ওইদুনা হয়েং মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা খনে-চৈনবা তৌবদুসু মহাক পামজদে। হয়াও হয়াও য়াখি মহাকসু চে-চাং-ইংখোল্লবা। অদুবু শেন অদু খরদি হাপ্পু হায়খি। হায়া লৌশিনগ্রবা শেনফম অদুগী মথক্তা লিশিং মঙাখক্তংদি হাম্নিয়ু হায়খি। রাধামোহন মতৈ-মনাওসু য়াখি। মখোয়দি য়াম্না হয়াওরমগনি, হৌজিক্কী চৎনরিবা ইংখোলগী মমল অসিগা তুপ্নরিবা মমল অসিগদি য়াম্না খেন্নখে। কেতুকী-মমা মদু খঙদবা নত্তে,

অদুবু উপায় লৈতে। ময়মদি অহোঙ্গনা চঙলকতুনা ইংখোল অসি লৈনীংলোই। ময়ুংলোমদা খরা শাংজরবসু ময়াক্তদি ইংখোল অসি কুট-তরামঙারোমতলি। অদুবু রাধামোহনখোয়না লৌশিনবদি য়াম্না কায়ে, য়াম্না ওইজে।

চহী খরা মমাংদা ইংখোল অসিগা ময়াক-ময়ুং চপ মান্নবা ইংখোল অসিগী মশা অময়ম্তা ওইরম্বা শরাক অসিসু রাধামোহনখোয়না লৌশিন-খিবনি। মতম অদুদা মমল য়াম্না হোংলা লৌখিবনি। কেতুকী থাজবা মতমদা লুপ্পাবী মমানা উপায় লৈতদুনা ইংখোল মচেং অসি বন্ধান থমখিবনি। মীঙোন্দগী কংগদবা শেন খরা লৈবদুগা লুহোংবগী পোৎয়েং খরা লাকদবা অদুগা পুনশিন্নগা য়াম্না থুনা হন্দোকপগী হিসাবতা। অদুবু হিসাব অদু ফোল তাখিদে। মীঙোন্দা লৈখিবা শেল ঐগীনি হায়না থারুন্দু হায়বদু অরানবা ওইরমদে। হয়েং পীগে হৢংচিৎ পীগে হায়দুনা অদুম তোকখি। অদুগা পোৎয়েং অদুসু পানরম্বা চাং অদু য়ৌনা লাকখিদে। লাইরবী লুপ্পাবী অমগী মচানুপী লুহোংবদবু কনানা কয়াম চাউনা পোৎয়েং পাংঙকপা হৌনবগে। চহী খরা মতুংদা শেল্লেপনে শেন্দোইহনে পাশিন্নরুবদা কেতুকী মমা কোকচাউবী কাখি। ইংখোল মচেং অদু হন্দোকপা ঙম্বগী বা লৈখিদে। অদুনা নিজবদৌনা শেল খরতং হাপহন্নগা ইংখোল মচেং অদুসু খুবী-সোই তৌদুনা পীথোকখি।

অসুক কুইবা অসি য়ুমলোম্নবা ইমুং অনী অসি 'কৈগী মতেং নাপীনা পাং নাপীগী মতেং কৈনা পাং' তৌদুনা লৈমিন্নরক্লিবনি। শেল-থুমগী অবাৎ-অপা মখোয়না য়েংবিরবসু কেতুকী-মমানা মখোয়গী অঙাংশিং শেম্নবিরক্লিবনি, মতৈ-মনাওনা থবক-ইনখাং চখোকখিবা মতমদা ময়ুম শঙবিহৌরিবনি। অদুগা হৌজিক্কা পুন্সি লোইরমদাই তাংকম অসিদা চৎলো হায়না তান্নবা। খঙহন্নপা কেতুকী য়ম্না মথায় নুংঙাইরক্তে। মচানুপীদা ওনশিন্নগা হায়, "য়েংঙোই, নঙোন্দা হায়রক্লিবসে অনীরক ওরেদনা, হন্দকমুক হায়রক্লবদি ইমাগী খুঙনৌ হায়মু।"

নুমিদাং বাইরম সখিতোম্বী লাকই। কেতুকী মমানা বা অদু হৌদোকসিরা খল্লি, অদুবু হৌদোকলুদবনা ফরে খন্দুনা হৌদোকহ্রে। সখিতোম্বীসু হৌদোকনীংদুনা লাকপা ওইরম্বা য়াই। অদুবু তাঞ্জা চাদে

খনখনরা কেতুকী-মমাগী মখোঙ-মখুৎ পায়দুনা য়েংলম্লগা করি কয়িলো খরা ঙাঙলম্লগা চৎখি।

নুমিদাং কেতুকী মমা-মচা বারী শানে। কেতুকীনা হায়, "ইমা মীনা য়াম্না কম্না তকশিন্ত্রিঙৈ অসিদা চৎপ্রসিবা নুমিৎ-থা অফবা অমা য়েংলগা। চে-চাংসু ইদুনা পীথোকপ্রবনি। চে-চাং ইনম্রিঙৈ ওইরদি বা অমনি।"

"ইবেমা ঐসু খল্লিবনি," মমানা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নঙনা নয়ুমদা অঙাংশিং লংশেক্লম্লগা ঐগী সেবা তৌরিবনি হায়দুনা লৈরিবসিসু ঐ খল্লিবনি। অদুদা ঐননে নীংজবা আশা অমত্তংদি লৈজবা, ইবা-ইপূরোইবগী য়ুম-ইংখোল অসিদা ঐগী অরোইবা মিৎকুপ ওইজগে খনখিবা। অদুননি ইমানা ঐগী অরোইবা য়াহীপ তানবা ফাওবা মফম অসিদা লৈবা য়াননবা হায়দুনা ইংখোল মমল ফাওবা শুনা লৌপ্রিবা। চে-চাং ইনরমদাইদসু বাফম অসি মখোয়গা শুগাইনা ঙাঙনরগা য়াম্নখিবনি।"

কেতুকী মখা তাবা ঙমখিদে।

নোংঙাম্লগা নুমিৎ মাঙোন-ময়াই য়ৌবগী অদুবাইদা সখিতোম্বী লাকই, চঙলকপগা হায়রে, "ইনে, বা অমা হায়নবা তারিয়ে ইনেগা।"

"করিনো হায়য়ু, ইবেমা।"

য়াম্না শম্না সখিতোম্বীনা হায়, "অঙাংশিং পাখং-লৈশাবী ফাজিনক্রবনিনা য়ুমসে য়াম্না চিনশিন্নক্রে, ইহোকতবা ইয়ামক য়াদ্রে। অদুনা য়ুম-ইংখোল অসি থাদোকপিরম্লো হায়গে হায়দুনা মখোয় বাবাগ্না ইবানি খন্নরিবা।"

"হোয় ইবেমা, য়ুম-ইংখোল অসি হৌজিক্তি চে-চাংদা মখোয়গী ওইরবনিনা হায়রিদো চুশ্মি। অদুদা কুইদ্রিদো চে-চাং ইনখিবদো। মতম অদুদা হায়ন-য়ানখিবা বাদি, ইনেখু পুজিগী অরোইবা মিৎকুপ ফাওব-তংদি য়ুম অসিদা লৈহনবা ঙসিনিদো।"

"হোয়নে চুশ্মিনে ইনেনা হায়বিরিবদো। অদুদা মতম অদুদা ঐখোয়না খম্নহৌদবা বাফম অমা লৈরম্লবা।"

"পাঞ্জিনা য়ুম-কৈ শাবগী কুঠি য়েংহন্নবদা থা মরি-মঙা লাহোকখ্রদি মখোয় বাবাগী চহী মতাংনা চহী অহম-মরিদি য়ুম-কৈ শাবা য়াদে হায়য়ে, শাগে হায়রগা থা খরা অসিগী মনুংদা শাবা হৌহৌদবা য়াদবা। অদুননি ইনে। ঐখোয়না চৎলো হায়না তাম্নীংবগী বাদি নত্তে।"

"ইবেমা সখিতোম্বী, য়ুম শাগে হায়না নখোয়না ইংখোল অসি লৌবনি হায়বসি ঐ খঙদবা নত্তে। অদুদা ঐদি চে-চাং ইনরমদাইদা শেংনা হায়খিবদুনি। অদুগীসু মথক্তা, ইনেনা হায়রিসে লাম্নদি লৌগনু, য়ুম শানি হায়না তৌরিবদু ইনৌ-নৌবা তোঙানবা য়ুমদি নত্তেদনা, হৌজিক হৌজিক লৈরিবা য়ুম অসিগী কা খরা শন্দোকপগী বাতনি। অদুনা পাঞ্জিনা য়াই-য়াদেগী বাসি দরকার থোইনা লৈতমান্নেদা। পাঞ্জিনা হায়রিবদুদি অনৌবা য়ুম অমা শাবগী বা ওইরমগনি।"

সখিতোম্বী খোন খরা কনখৎলকই, শাউনীংবা মান্নি, "পাঞ্জিগী বাসে খেৎ খেৎতোকপা তৌবিগনু। ঐখোয়দি পাঞ্জিগী মবাসি য়ান্না কিজে।"

"খেৎতোকপগী বা নত্তে ইবেমা। ঐনা হায়রিসিদি চে-চাং ইনবা মতমদা য়াম্নখিবা বাফম অদুগী বানি।"

"অদুদি ইনেনা হায়রিসিদি, ইনে হিংলিমখেদি য়ুম শাবা য়ারোই, সিনিনে। ঐখোয়না পৈশা সুকয়াম চঙনা ইংখোল লৈরুরিসিদি অপঙবা তারেনে। ইনেনা চহী তরা শিদদুনা লৈরবদি চহী তরাসি ঐখোয় য়ুম শাদবা তারি।"

"সখিতোম্বী নঙগী বা'সিদি। ঐসু নোংমদি নঙদৌনা মকারাম্না পাল্লম্লিবনিকো .....।"

কেতুকী-মমানা মখা করি তাথরকখিবা মদু-ককা তাবা তৌদনা মহাক্কী অশাওবদু ময়েক শেংনা, মিৎয়েং অমদি খোঙথাংদা ফোঙদোক্লগা সখিতোম্বী চৎখি। কেতুকী-মমা মতোমতা মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈহৌই, ঐনা ইংখোল অসিদা লাকপদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা কনামতনা অসিগুম্বা তাশোন ওইবা বাহেসি হায়রকখিদ্রিবনিকো।

মহাক্না মৌ, ওইদুনা ওইনামগী ইমুং অসিদা লাক্নপা মতমদা রাধামোহন-মমা মচা অমা লৈরম্মে। য়ুমলোম্নবা ইমুংদা হাম্না লৈরম্নবী রাধামোহন মমানা কেতুকী-মম্মাবু মৌ অমনা চৎকদবা লোনচৎ-শাজং ফজনা তাকপি-তিকপিখি, মনাওত্তা মনাওদৌনা। মশক-মতৌ শাওং-শাম্নাসু হাইফেৎ-লাকফেৎ মাম্নে, অদুনা ময়াম্না লকুবি, নচিম্ননাওদি করম্না য়ুমলোম্ননা নয়ুম পাম্লক্লিবা। মতম অদু ইমুং অনীমক য়াম্না নুংঙাইবমক নত্রসু চাব-থকপা বাংনরমদে। রাধামোহন-মপানা এল-পিগী ওজা ওই, অদুগা কেতুকী-মপানা ঠিকা মচা মচা তৌই।

অদুবু মীওইবগী পুন্সি ঈচেল হায়বসি তম্বা ঙমদে। ঙা মচা মচা ফাবদুনা পেন্নক্তদুনা ঙা অচৌবা ফাগে থৌরাংলকই কেতুকী-মপা। ঠিকা মচা মচাগী শেন্দোং মচা মচাসিনা মশক নাইবা মী অমদি ওইবা য়াররোই খল্লুদুনা ঠিকা অচৌবা অমা লৌরুই। অদুবু থবক শোয়বদগীনি খঙদে, সরকারগী ফণ্ড লৈতবনি খঙদে, বিল ফংখিদে। থাদখিবা শেনফম অদু মতম কুইনা নমশিনদুনা লৈখিবদগী মীঙোন্দগী শেন্দোইগা লোয়ননা পুরুবা শেন শিংবদা লৌ-শিং লোইনা চৎখি; লৌ-শিংতা নত্তনা ইমুং-মনুংগী সনা-লুপা লিক-কোন পুন্নমকসু লোইশিনখি। অদুদগী মাঙখিবা শেনশিং অদু ফুগৎপা ঙম্ননবা হায়দুনা মরূপ অমগা তিন্নদুনা শেন্দোং য়াম্না ফংবা ঙম্বা গঞ্জা কারবার তৌরুই। অদুবু লাইবক্না য়াদবনরা, দশানা ফত্তবনরা অদুক য়াম্বা গঞ্জাদু পুন্নপ বিহার য়ৌরমদাইদা ফাদুনা পুংমাঙ মাঙখি। উচিন-নাচিম্না মখোয় মশাদি নাম্লোকহৌরি।

থৌদোক অদুগী মতুংদা কেতুকী-মপাগী মকোক কৈনোমা তৌবা হৌরকখি। ময়াম্না য়াম্না নুংঙাইতনা শোম্নবা হৌরকখি। মদুদগী চহী অনী ফারমদ্রে, সংসারদগী বিদায় অদুম লৌখ্রে।

লুপ্লাবী ওইরসু কেতুকী-মমা মৈতে নুপীনি, কৈথেলদা য়েনশাং-নাপীতা য়োল্লবসু মচানুপী অনীবু মী ওইনবা য়োকপদি ঙম্বনি, য়োকপা ঙম্ননবসু হোৎনেজবনি। অদুবু খঙহৌদমা কদারদগীনো লাইশক খঙদবা লাইনা অমনা অসুম অসুম শোম্নইক্লকতুনা ফিভম অসি য়ৌরকখিবনি।

ফিভম অসিদা মহাক্কী খোল্লাং থকতুনা মহাক্কী মতম্বাকত্তা চাউখিবা রাধামোহন কাওবদি খরা খহৃকম খোকপনি। রাধামোহনতা নত্তে,

সখিতোম্বীসুনি। মপা-মতোনগী শাইজিন্দা শাইদাংদুনা মমা-মচানা বানা লৈরিঙেদনি কেতুকী-মমানা সখিতোম্বী থেংনরুবা। মমাদু অঙাং ওইরিঙেদগী লেজ্জা ওই করি ওই তিম্নরকপনি। লাইর-চুদংনরবসু সখিতোম্বী-মমাগী লমচৎ-শাজৎ কেতুকী-মমানা পিক্লিঙেদগী খঙলকই। সখিতোম্বীসু মশক-মতৌদা বাম্ভে, অদুনা রাধামোহন-মমাদা হাইফেত্তং নীংশিংলম্নগা সখিতোম্বী অসি রাধামোহনদা চেলহন্নকখিবনি। লৈশারিঙেদা মমা-মচানা লৈরকখিবা ফিভম অদু নীংশিংলুরগদি হৌজিক কেতুকী-মমাগী ফিভম অসিদা মহাক খরা ফাওবদি খম্ফম থোকপনি, নুংশিফম থোকপনি।

অদুবু নোং-নিনি লৈরগা অমুক লাকখি, সখিতোম্বী, হায়রখি, "ইনে, নহান হায়নবদু কমদৌগে খল্লি?"

"ইবেমা সখিতোম্বী, ইনেদা মদুতংদি তকশিল্লকনুবা। ইনেবু য়ুম-ইংখোল অসিদা অরোইবা য়াহীপ তাঞ্জগে। অদু ফাওবতংদি হায়নখিবা মতুং ইম্না লৈহনবিয়ুবা।" কেতুকী-মমানা মথবায় শোক্লা হায়জে।

"খঙদে-খঙদে, মোয় মপানা হায়রুচো হায়দুনা ঙাইহাক কাংদনা তকপদগী ঐ লাক্লিবনি। মিস্ত্রী-ককা লোইনা ঙাঙনদুনা লোইরবনি। থবক পায়খৎপা হৌরবদি ইনেখোয় নুংঙাইরোই।" হায়রম্নগা সখিতোম্বী প্রপ প্রপ থোকখি।

হায়গুম্মদুনা নোং-নিনি লৈরগা থবক শূবা মী লাকই, গুনিয়া তৌবা হৌরকই খা-থংবগী হিংখোল মচেৎ অদোমদা। লৈবাক তৌবগী দং দং মখোলদা কেতুকী মমাগী থবাক মিজ্জন চোংবা হেঙ্গৎলকই, মখোলসু কনখৎলকই।

মমা-মচা বা তাম্নে, "ঐখোয়বু অসি য়ৌরক্লবদি চৎখিবনা ফরে ইবেমা।"

থোঙজিনদা মনা থাঙ্গৎতুনা লৈরম্বদৌনা সখিতোম্বী চঙলকই, হায়রে, "হোয়নে হোয়নে ইনে, ফজনা তৌনরিঙেসিদা চৎখিবনা ফে। হয়েংমক্তি খিত্তং খুয়ৌনমনম্রে, হংচিং অদো চৎননবা তৌরো, নুমিৎসু ফৈ, য়ুমশকৈশনি তরেৎথনিসু পাম্লি।"

"খুয়ৌনদে ইবেমা খুয়ৌনদে, হয়েং হংচিৎ-ককা-ঙাইররোই। চৎকদবা লৈরবনিনা ঙসিমক চৎগ্রগে। শিগদগী নুমিৎ তম্নবা ঐঙোন্দা নুমিৎ-থা অমুক য়েংলুদুনা কৈদৌননি।" কেতুকী মমাগী মখোল অদু কনখৎলকই, মপাঙ্গল অদু খঙহৌদনা খংকন-কনখৎলকপোই নীংই।

"হোয় ইনেখোয়না চৎকে হায়বগীদি খঙদে। ঐদি খরা জ্ঞান তানা হংচিৎ অদো চৎলু হায়জরিসিনি।" সখিতোম্বীনা হায়রকই, হায়রক্লিবদো থনুংদগী থোরকপা নত্তে চিনবানদগীনি হায়বদু অদুম খঙবা ঙমই।

"য়াম্না জ্ঞান তানা ঙসিমক চৎকে হায়রিবনি। হংচিৎ-ককা য়ৌখ্রবদি ইমা-ইচা জ্ঞান পুংমাং মাঙখ্রনি।"

"ইনেগী'সিদি ঐখোয়বু য়াম্না বারৌবগী বানিনা।"

"বারৌদে বারৌদে ইবেমা। করিগী বারৌরুগদগে?"

"ইনম্মা, লিশিং মঙা বাৎলিবদুদি কমদৌবা?" কেতুকীনা হায়রকই।

"ঙসি চৎকনি হায়বদি খঙদবনিনা থৌরাং তৌহৌদ্রেনা। মদুবু..... ইনেনা লৈখিদ্রবা মতুংদা কর্ম নংনবা পীবা হায়নখিবদাইনে।" সখিতোম্বীনা খুম্মকই।

"হায়রুনু ইবেমা, হায়রুনু।" কেতুকী-মমানা মচানুপীদা হায়। অদুদগী সখিতোম্বীরোমদমুক ওনশিল্লি, "পীরক্লে ফরে, পীরকত্রে কৈসু কায়দে। ঐনা হয়েং শিরগা লাইরৈবাক্তগী থৌরকদবসু লৈতে, কিরুনু কিরুনু। নুংঙাইনা পাল্লু ইবেমা, নখোয়গুম্বনা নুংঙাইনা পান্দনা কনানা নুংঙাইনা পানগনি?"

মখা তানা করিগুম্বা অতৈ অমা খুল্লম্বা তৌদনা সখিতোম্বী মশা মতোমতগী মপুক্লিংদা লানঙম-ফিরাল থেৎলে হায়বগী বাখল অমগা লোয়ননা নোকফেৎ তৌদুনা থোকখি।

কেতুকী মমা-মচা থীন্দনা লৈজবা মপোৎ-মচৈ, মফি-মরোল য়োমশিনবা হৌই। মচিন্দদি থোক্তে, মপুক্লিংদদি খল্লি, অসি ওইরেকো খোল্লাং লমন!

# ইন্টরভিউ

টেলিফোন অদু ক্রিং ক্রিং খীংলকই। হন্দক মরক অসি য়ারিবমখৈ টেলিফোন পায়খৎত্রবনি ইবোচৌ, নহারোল ওইরমগদ্রা হায়না কিবদগী - মখোয় ওইরম্লদি অদুগা অদাগা হায়রক্কনি, মাথা শাবা বা ঙাক্তা। টেলিফোন অদু ফনা কুইনা খীংদুনা লৈরক্লবদা লৈরিক্কী মমানা চঙশিন্দুনা পায়রুই, "হেলো। .....হোয় হোয় পীজগে।"

"মন্ত্রীনি হায়য়ে।"

টেলিফোনদো লৈরিক-মমাদগী লৌই ইবোচৌ "হেলো, গুড মোর্নিং সার, তাকপিয়ু।......হোয়, কাউজদে.......য়েংজগে।....হোয় হোয় খঙজে।...... ফনি ফনি, সার।........অহমখক্তনি সার, অদুবু য়েংজগে।.........সার সার।"

টেলিফোন থমখিবগা লৈরিক-মমানা শাউনীংনা হায়রকই, "তৌরক্লবনি মখোয় মন্ত্রীগী হৌনবী। ফম মচা মচা পিওন-চপ্রাসী অনী-হমথক হাপ্লসিদা লংজাদৌনা মিৎয়েং তাশিল্লক্লবনি। মখোয়না অসুম হায়না তৌশিল্লক্লগদি ওফিস অমগী মকোক ওইবা হায়বসি করি কান্নরিগে? তৌবগী তৌবা মখোয় অদুম তৌখ্রো হায়য়ু, মীনা মমিৎ চাউদনবা।" অদুদগী মাগী হায়গদবা অদোমদা ওনশিল্লকই, "খঙদে খঙদে, মন্ত্রী ফন্ত্রীগী অদু-অদা। ঐগীদি মখোয় তরুক অদুগী মমিং মথা লোইনা ইদুনা ব্রিফকেস মনুংদা হাপখ্রবনি। শোয়বা য়াদ্রবনি। কুম্থা-নিফূ পীরম্লবা ঙাক্তনি।"

"ফরেনে, নঙ হেক ওইনা তৌরুরো।" শাউরংননা হায়রকই ইবোচৌ।

"হাইমা, করি ক্তবা হায়রগে? শাউবু শাউজিল্লকইনে।" শাউরবদি বা অদু মাওবা তারে খন্দুনা সুর অদু ওম্বোকই, "ঐনা হায়জবদি, অসিনিদা। মোয় বাবানা ফন্নবা অদুম তৌবিয়ু। তৌবতবু ফম হাম্না হায়বসি তোয়না লাকপা নত্তেদো। ঐখোয়গীসু খরা খরা য়েংহৌসি হায়বনিদা।"

"হোয় হোয় ঐ য়েংগে।" হায়রম্লগা ব্রিফ কেস অদু পায়খৎকে তৌই।

"কদায় কদায় ঐ পায়গে।" হায়দুনা লৈরিক-মমানা ব্রিফ কেস অদু তাপ পায়খৎতুনা মপান্দা পুথোক্লগা ড্রাইভরদা শীন্নে।

মপুরোইবনা গাড়ীদা কাখৎতুনা চৎখিবদো লৈরিক মমা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই। মরক মরক্তা খরা শাউবা খোৎপা তৌরবসু হায়ন-তানবা ঙাংন-শক্লবদি য়াবনি অদুম মোয় বাবা অসে, মপুক্লিংদা খঞ্জে মপুরোইবগী মরমদা। ওফিসার অতৈদৌনা নুপী-অঙাংদা ঙাওশিন্নবগী ঈ-পাউসু থোইনা তাদে। শন্না হায়রবদা লৈরিক-মমানা ঙমতক পাল্লি, মসিদনি মহাক্না মপুরোইববু মচিন্না থোক্লা হায়দ্রসু মপুক্লিংদা থাগৎচরিবা।

মী চাহুম-চামরিরোমদো ইন্টরভিউ' লৌবদা ফনা কুইনা চঙখি। বারসু বানা লোইশিন্দবা য়াদে হায়দুনা সুকলেপ লেপ্তুনা চথবদা পুংমম মমশিনখি। অদুবু লোইশিনবা ঙমহৌরিবসে য়াম্না ফগ্রে খল্লি ইন্টরভিউ লৌরিবা ওফিসার অহম্মক।

ঙাইহাক চা-নুং থক্লুনা পোত্থারগা খন্নবা হৌই, ময়ামদুগী মরক্তগী অহমথক খনদৌরিবদু করম হায়না খনসিগে। তৌবগীদি মিনিট অম-নিগী ইন্টরভিউ অদুদা কনাবুনো মতীক চায়-চাদে হায়না খনবা ঙমগদৌরিবা! অদুক তৌবা হৌনে হায়বগী তৌবা বানি।

ইবোচৌনা ডাইরেক্তরনি, ইন্টরভিউ বোর্ডকী চেয়ারমেন্নি। জোইন্ট ডাইরেক্তর অনীনা বোর্ড মেম্বরনি।

"অদুদি কমদৌসিগে? ঙসাইগী লো পাস তৌবগী সার্টিফিকেট উৎলম্বা নুপা অদু হাপসিরা?" ইবোচৌনা হৌদোকই।

"ইমাইপেমা কদায়দগী, ঐখোয়দা ওনখৎতুনা আইন-ফাইন তাকশিল্লদি তোক্লেদো।" মেম্বর অনীদো মরোল মায়ে।

"ওসাইগী এম-এ অদুদি?"

"ঐখোয়বু উশিৎলোইদবা, থবক থৌদাবা য়ারোইদবা অদুবু গ্রেড ফোর ওইনা হাপসি হায়বরা?"

"ফরে অদুদি ওভার কালিফাইদমখে দিস-কালিফাই তৌরসি। য়ানরেকো।" ইবোচৌ বা অদু শমজিল্লি।

থম্নবা য়াবগী মশীং অদু ফনা য়াম্না হম্বরকই।

"অদুগা ওসাই, য়াম্না স্মার্ট ওইবা শাবা মমিৎ-মনা শঙ্গৎলম্বা অদুদি?"

"হোয় সার মদু থরা বেরা তৌরক্কদবা মাল্লিদা।"

"মদুবু অশেংবা ওইরিগদ্রনে। করি হায়বা মহাক্লা হায়বদুবু, চুম্না চুম্না হাপ্পিয়ু নত্রদি ঐখোয়গী ওর্গেনাইজেসন্না তুমিন্না লেথোক্লোই। অসি নৎত্রা।" মেম্বর অমনমুক হায়রকই।

"মান্দেদা ঐদি অশেংবা। মহাক হাপ্লবদি চুমনা থবক তৌরে, নৎত্রবদি হাবী-জাবী তৌরে, সিনিনে মহাক্লা হায়রম্বদু।"

মখোয় অহম্মক মোত মায়ে। মদুসু তোক্লসি হায়নৈ।

"অদুদি করম করম্বা মিং থঙ্গৎসিগে মাগী মাগী মোত পীনরসিদনা। ইবোচৌনা লোইশিনবা য়াননবা বা অদু হৌদোকই।

"সার, য়াম্না শাংনা ওাংনদুনা মতম মাঙহল্লনুসি। ঐগীদি লৈজরে সিরিয়েল নম্বর কুনমঙা অসি। চিফ-মিনিষ্টরনা কৌদুনা হায়রকপনি, সারদসু হায়খি হায়য়ে।" জোইন্ট ডাইরেক্তর (এ) না হায়রকই ইশম শন্না।

"সার, ঐগীসিসু ঐগী নৎচদে। ডেপুটি চিফ-মিনিষ্টরগীনি। হন্না হন্না হায়রকপনি, সারদসু নীংশিংখি হায়রকই, সিরিয়েল নম্বর বান জিরো সিক্স অসি।" জোইন্ট ডাইরেক্তর (বি) সু শমজিল্লকই।

"অদুদি পোষ্ট অমখক্তা ঙায়হৌরবা। মসিনা কনাগী ওইহনসি হায়বা। মিনিষ্টর অতে অতেসু হায়রক্লিবনি, ঐখোয়গী কন্সারন্দ মিনিষ্টরসু য়ুমদগী থোক্লমদাই ফাওবদা টেলিফোন তৌরক্লিবনি। এম-ও-এস সু লৈরি।" ইবোচৌনা হায়।

"খঙদে সার, সারনা ফননবা তৌবিরো। ঐখোয়গীদি হায়গদবা হায়জরে।"

"ঐখোয়বু অফবা অচুম্বা খরদি তৌবা ফৈদা। মিনিষ্টরশিংনা হায়বতা তৌরদি ঐখোয়না পব্লিক সার্ভিসনি হায়না তৌরিবসিবু অর্থ লৈরিবরা। ঐখোয়নবু অচুম্বা তৌরবদি মন্ত্রীশিংসু ৱা ঙাঙবা ঙম্লোইদা।"

"খঙদে, সার চিফ মিনিষ্টরগী 'সিমদি তৌদবা লুগনিবো। হেক তৌখিদবদা থোকপ'মা তৌরকদৌরিবা জাৎনি। চিফ-মিনিষ্টরদি খরবু ফরি, মাগী লেডি মেকবেথ অদুনি।"

"চিফ মিনিষ্টরদি খরবু হায়না ফরি, ডেপুটি সি-এম অসিনি শাথীরিবদি, হিটলারনি। মহাক্কী অসি হেক তৌখিদবদা ঐখোয়বু লাক্লবদি য়েংঙুনা।"

ইবোচৌ ৱা ঙাঙদে। ফনা কুইনা ৱাখল তৌই। মথং মথং নীংশিংলকই, ঙসাই ওফিস কারমদাইদা টেলিফোন্দা অমুক্তা হন্না কন্সারন্দ মিনিষ্টরনা নীংশিংলকপদো; এম-ও-এস, ঙাংগনি ঙাঙলোই খঙদবা হন্দক্তা মন্ত্রী ওইরকপগী মশোং কারক্লিবা য়াম্না চাউজনীংবা মহাক্না হায়রকপদুসু। ব্রিফ কেসতা য়াওরিবা মিং খরা অদো - মহাক্কী নুপীনা পীরকপা মিং তরুক অদো, মচানুপীনা হন্না হন্না হায়বা মাগা কোলেজ তম্মিন্নবা মমান্নবা অদুগী মচেগী মচানি হায়বদো, লোইনা নীংশিংলকই।

ইন্টরভিউগী লিষ্ট অদুদা য়াওরিবা মিংশিং অদু মথং মথং য়েংথরকই। মিং অদো থেংনরে, সিরিয়েল নম্বর টু-জিরো-টু। শগোলবন্দগী অঙাংনি। মশক মুন্না খঙই। মমা লুপ্পাবীনি। য়াম্না লাইরনা লৈবনি। মপা অদু মহাক্কা তিন্নরকপনি। মমানসু হন্না হন্না লাকতুনা কপচ-লাউজরম্লবনি। খল্লকই ইবোচৌ, মসিবু ওইনা হাপ্পিরসিরা, অতৈমক নৎত্রবসু মহাক্লা

খঙবা লাইরবা ইমুং অমগী হিংনমবা লম্বী শীনবিথিবগী মহৈ অদুদি লেম্না মাঙলোইদনা।

"ফরে, জোইন্ট ডাইরেক্তর অনীগী অদু ইবিরো, অদুগা টু-জিরো-টু অসিমগা হাপচিনবিরো।" উপায় লৈতে, মসিনা ফরে খল্লে ইবোচৌ।

নুমিদাং ফনা থেঙলে ময়ুমদা হল্লকপদো ইবোচৌ। চঙবগা ব্রিফ কেস থম্বাৎত্রি, লৈরিক-মমানা হরাও-হরাও হংই," কমদৌরে, অহুম অদু শেনফম খরা খরা চাউবা অদু ওইনা তৌবিরম্লবরা?"

মচানুপীসু চেনশিল্লকই, "বাবা ঐনা হায়বদু শোয়দনা খনবিরম্মিকো। লিশিং নিফূ অদু ঐঙোন্দা লৈরি।"

"ঙাইখো ঙাইখো, ঐ ঙাইহাক্তং পোথাখিগে।"

"ইবেমা নোয় বাবাগী ফোং ফোং শাবা চা অমত্তং পুরকউ।" মমানা হায়রকই। মপূরোইবদমুক ওনশিল্লকই, "ঙসাই অয়ুক ওস্তাদগীনিনা ময়াম অদু ইন্টরভিউ লৌবদা ব্বাররিনি।"

মচানুপীনা চা পুরকই। চা অদু অমুক্তং ফজনা চূপ্লগা হায়রকই, "ইবেমা, ইপানা কন্না হোৎনবনি। ইচাগীদো য়াদ্রে।"

"হোয় য়াদ্রদি কমদৌনি।" মচানুপীনা থোইনা নুংঙাইতবা তৌদনা হায়রকই।

"ঐনা হায়বশিংদুদি?" মমানা খৌরাংনা হংঙকই।

ইবোচৌবনা ব্বারী অদু অমত্তা খাক্তনা তম্মি মমা-মচাদা। ব্বারী অদু তাবা লোইফাৎত্রি লৈরিক-মমা তিংখাক্লা কাপথোরকপদৌনা কাপথোরকই, "ইস্ করি ব্বানো'সিদি। অমা ফাওবা খনবিরমদ্রবা। ঐ হৌজিক শেন অসুক য়াম্বসি হন্দোকখিবা তারি। লখমী ইমাইবেমনা মখোঙনা থোংদুনা লাক্ল ফাওবদা হলহনখিবা তারিবা? ইস, অমত্তং ওইরসু হাপ্লিরম্বদি য়াবনিকো।" অদুদগী নোং খাকপদৌনা খাক্লকই, "ফরে ফরে, চৎপিখ্রো হয়েংদগী লৈবিরুরো। ঐ সেবা-সেবী তৌবা ঙমজররোই। নঙগী নুংশিতোম্বীদো, নঙগী মরুপ অদুনা শিন্নরম্মি হায়বদাই, মহাক্কী মনাক্তা নুংঙাইনা লৈবিররুরো। মশা-মউ-ককা য়াম্না ফরিদাই, সেবা-সেবী

নীংথিনা তৌজনি। লৈবিরুরো লৈবিরুরো, য়ারদি হৌজিকমক হেক চৎপিগ্রো।"

টেলিফোন অদু ক্রিং ক্রিং খীংলকই। ফনা কুইনা ফনামতা পায়খৎতে। টেলিফোন অদু মতোমতা তুমিন লৈখি। ওাইহাক লৈরগা অমুক খীংলকই। হন্দক্তি লৈরিক্লা চওশিন্দুনা পায়রুই, হায়রকই, "বাবা, মন্ত্রীগী টেলিফোন।"

চওশিন্দুনা টেলিফোনদু পায় ইবোচৌ, "হেলো সার, ....ফনা কম্না হোৎনজবনি, অদুবু য়াখিদ্রে সার ......।"

অদুদগী মন্ত্রীনা শাউনা টেলিফোনদা লাউরকখিবদো লৈরিক মমা-মচাসু তায়, "করি, য়াদ্রে হায়বা। খওগনিদনা মন্ত্রীনা চাউবরা ডাইরেক্তরনা চাউবরা, য়েংনবা তারেদনা।" টেলিফোন অদু দোক থমখিবগী মখোল অদু মমা-মচাসু তায়।

মায়থোংদা করিমতা নুংঙাইতবা তৌদনা ইবোচৌনা মচানুপীদা হায়, "ইবেমা, ওসিদি ইপাগী স্পেসিয়েল য়েনশাং অদু তৌ, ইপা অমুক্তা পেন্না চাগে। ওসিদি অতৈমক ওমদ্রবসু ঐনা খওবা লাইরবা ইমুং অমগী হিংননবা লম্বী ফাৎপিরম্লে।"



